# ৱাহৌদোক।

লাইরিক মচা অসি লৈবাক মমাংদা পুথোকচবদা (পুকনিংদা হ্নামনা অকিবগা লোঃ-ননা) লেংজরিবগী হাঙ্গজনিংবা খবদং লৈজে। —লাইরিক অসিনা অহূম্না কান্নরগনি হাঙ্গবদি উখিদবা মরমনা ঐগী ইশাগী নৈনজবগী মওং ওইনা ইখিবা ৱারেংনা নমনা হ্নাওরে। অদুগা থংলবা মতুংদহ্ ইশা থবা নারুবনা শেংদোকপা ঙমজথিদ্রে। লাইরিক অসি লৈবাককী অহে অশিং পুমনমকনা পাবিবে —দোষগুণ খোইদোকপা লৈরমলবস্ ঐগীদি কবিস্ দাযী লৈজদ্রে অমসুং ষ্টেচতা কপিরাইট ফাওবা য়োনথুবা মরমনা ঐগী করি অমুক তৌনিংঙাই লৈত্রেদি হাঙ্গববু কনা অমন অম্নান অপোঙ্গ তাকপিরকলবস্ ঐনা লন্নাই ওহনা মতুংগী ফোংদোকপা অমদা (করিগুম্বা ফোংদোকপা তারবদি) মাসিগী থবক পুবিবিবা অঙম্বদা খুবমজদুনা শেংদোকনবা লাকনজগনি।

১। মাসি থোমজিনবদা বিশ্ববিদ্যালয়গী অনৌবা কাবিকোলস মতুং ইন্না হৌনবা পুননমক ঙম্বমথে ঙাকচবি।

২। হিরম অমতগী মরমদা ইবা লাইরিকপুদি হিরম পুমনমক শুনা য়াওবা লাইরিকনা ঐখোইগী অঙাংশিংগীদি হেন্না কান্নফম থোকই হাঙ্গনা নিংজে। মবর্মদি চাউথংলবা লোন অতে অতেগুমনা তোঙান তোঙানবা হিরমদা ইবা মেতে লাহাবিক কয়া পোরক্তি।

৩। মৈতৈগী লৈবথা ঙাক্না তম্বনস্ মতমগী মতিকচাবা লৌশিং পোকপা ঙম্মোইগববা হাঙ্গনা থঞ্জদুনা মৈতৈগী মমাংঙৈগী লেবথা হিবম ফোংদোকনবা লাকনব-গুমনা মীবৈবাককী হিবমগী ৱাস্ মফম চানা হাপচিঞ্জবি।

৪। লোনগী মবমদা—মরাইনা চংজরকপা সংস্কৃত থরদি থংনরবা মৈতৈলোননি হাঙ্গনা থঞ্জদুনা থাদোকনবা তৌজদ্রে।

লাইরিক অসি লেংবদা বঙ্গদেশগী মমিং চৎলবা কবি ৺কালী প্রসন্ন ঘোষগী প্রভাতচিন্তা, নিশীথচিন্তা, নিভৃতচিন্তা, ৺রামেন্দ্র সুন্দর ত্রিবেদীগী প্রকৃতি, কর্ম্মকথা জিজ্ঞাসা, বঙ্কিম বাবুগী বিজ্ঞান রহস্য লোকচরিত, শ্রীযুক্ত রবীন্দ্রনাথ বাবুগী স্বদেশ, টৈনিশন, মেকলেগী ইংলণ্ডগী ইতিহাসনচিংবগী ৱাথল অয়াম্বা পুজরি অদুনা মতিক চাওরবা কবিশিং অসিদা পুকনিং শেংনা তৌবিমল থংবা উচ্চরি। হৌজিক মাসিনা ঐনা তমজরিবা অঙাংশিংগী থরদং কান্নরবদি নোম্বা মহে য়ান্নে হাঙ্গদুনা হন্নাওজগনি। ইতি- ।

ইম্ফাল।      শ্রীখাইরাকপম চাওবাসিংহ।

২০।৭।২৫ ইং।

# ꯃꯃꯤ — ফিদম।

হিরম — লমাই।

ফিদম।

# মী ওইবা।

তেংবানবদা জীব পুমনমকনা চপ মান্নবা পান্না অসি কদাইবু হাঙ্গগনি ?—"মশাগী সুংঙাইবা"। জীবশিংগী অতোপ্পা "ধর্ম্ম" অমা লৈবস্ত থংদে, তৌইগুম্বস্নুং মশাগী সুংঙাইনবা হোৎনবা অসিদি জীব অপুম্বগী মহৌশানা থাদোকপা য়াৎরবা ধর্ম্মনি। মরদি অরাম্বা খৌরাংবনা হিংহ্রনা পাননবগী থৌঙ্গনশিন ওইরিবা, অইং অশাবনা মহৌশানা মাখোইগী য়েকনবা ওইরিবা জীবশিংনা মশাগী সুংঙাইনবা হায়রা থন্দনা তৌকম লৈতে। মী ওইবা হাঙ্গবা অসিস্ত জীব অমনি ; অত্নুনা মশা সুংঙাইনবা হোৎনবা, মশাগী ওইজবা থিবা হাঙ্গবা অসি মী ওইবগীস্ত ধর্ম্ম অমনি। অসি ফাওবা মী ওইবগা তোলবা জীবশিংগা খেন্নৈ।

তৌইগুম্বস্নুং জীবনিদি হাঙ্গরগা মীওইবা হাঙ্গবা অসিদি য়াথল্ল লৈবা জীবনি। অতৈ অতৈনা মহৌশাগী হৌনবী অমগী মতুংইন্না মাগী মাগী থবক তৌই। মাখোইনা মাহু

তৌদবা ঙমদে। মাহুগী অফফত্তা হৌনবা হৌনদবা মাখোইনা অমুক খল্লুবা তেৌদে। মহৌশানা যণগী মখোং মরি, মচী অনি পাল্লি, কৈকী ময়া থোই, অতুগুমহুনা যণনা হাজং চাই; কৈনা শা চাই। যণনা ঙা চাবা ফত্তে শজিক চাও হাঈবা অসি মখোইনা লাইরিক অমদগী ফংলুবা নত্তে; অতুগা শজিক চাবগী অযফন্ববা অসি কৈ মচা অমতনস্থু মাইবদা হ বা লৈতে। মাখোইগী মরক্তে কনা অমতনাস্থু হৌজিক ফাওবা অসিদা মাসি মুখ্থনবা নত্রগা শেংদোকনবা হোৎনবা তৌদ্রি। মাসিদা মাখোইগী মনিংমথা তম্বা লৈতে, মাখোইনা তৌদবা ঙমদে. তৌদবা য়াই হাঈরস্থু মাখোইনা খল্লুবা তেদে। মহৌশাগী মতুং ইল্লা যণনা শজিক চাই শগুপ শাই. কৈনা নিরামিষ চাবা হৈতে; বসন্তগী লৈ মনম তেক ফংবগা হয়িংথোইশিংনা হৈরাং লৈরাং থুনা পাঈদবা ঙমদে। মাখোঈনা করিগীদমক পায়রিবনো হাঈবা অতু ফুবা লৈতে, খল্লুবস্থু তৌদে। তৌইগুম্বস্থুং মী ওইবস্থু জীবনিদি হাঈরগা মখোইদি রাখল লৈবা জীবনি। মখোইস্থু জীব অতৈগী মতৌগুমনা মহৌশাগী মতুং ইল্লা থবক তৌই, তৌইগুম্বস্থুং মখোইদি থবক অতুগী মহৈ মমিৎনা উবা ফংত্তি; থোকত্রিতৈদস্থু থবক অতুগী পোরম মহৈনচিংবা পাহুনা থম্বা ঙমই, অমস্থুং রাখল তৌহুনা মহৌশাগী থৌঈনশিন অহুবু মমাই লৈহনবা ঙমই। অহুনা জীব অতৈগী লম্বীদি অমতনি; মী ওইবগীদি ময়ামনি। রাখল, পোথি অমস্থুং

উরু তারুহনা খোকপা লৌশিংনা পুকনিংবু লাকশিনহনা মহাক্কী থুদোং চাগদৌবা লম্বেল থিবা ওমই। মসি মহৌশাগী পান্বে য়াওজবা মী ওইবনা তৌবা তারবা থবকনি।

অহৃগা খেম্নবা অমদি মী ওইবা হাঙৈবা অসি শোল্লবা জীবনি। মহাককাদি অথৌবা ময়া পান্দে. অয়াংবা মখোং লৈতে মী ওইবগী ন -তোংদমু মতিক চাবা পাঙ্গল লৈতে। লৌশিংতনা, হিংহনা পানবগী লানফম অসিদা, মাহাক্কী পান্বেনি। তৌইগুম্বমুং মাহৃহনদি মফম পুমনমক্তা য়ারকতে। মরম না মী ওইবনা তিন্নবা লৈতবা য়াদে করিনা হাঙৈববু অমন দগা অহু ময়াম তিন্নরগা ওমই। মাসিদগী মী ওইবগী জাৎ থোকখি। কনা কনাগুম্বা জীবগী মরক্তা মসি উ লৈ; তৌইগুম্বমুং মখোইদা হৃনথিবা ময়োল অহু মী দ মহৈ মরোং ওইনা য়াল্লে। অহৃগা লৌশিংগী মথক্তা খোইনা অমগী লৌশিং অমদা পীহনা জাৎ অমম না পুনবা য়ানবা মাখোইগী লৌশিংগী য়াখল ফোংদ নবা অশম্বা থুদম কয়াসু শেম্মি মাহৃবু ঐখোইনা লোন । অহৃনা অম মত। ওইরিবৈদা শোল্লম্বা মী অসি তিন্নর ফনবা জীব অমা তই। অদুনা থংলে জীবনিদি হাঙৈর ওগবা হাঙৈবা অসি কম্লুপ নাইবা জীবনি। মহাক জীব ওইবদি মমাংদগী- তৌইগুম্বমুং মাসিদগী মী ও হৌই।

অতুগা অরাবদি—মাসিদগী মী ওইবগী অরা অনা অপুম্বা পোকই। ইংরেজীগী বাইবেলদা হায়বা অমা লৈ, মী ওইবগী মপা মপুনা লৌশিং পাম্বীগী মহে চারকনা পৃথিবীদা অশি-অনাবা হাঙবা অসি পুরকই, মাসি জাংকী ধর্ম্ম শাইরিক্তা শোঙনবা লৈরবস্তু অমরোমদা অচুম্বস্ত লৈ। জীব অতৈ অতৈনা তৌরিবা অয়াম্বা থবক্তা মথোইগী মনিংমখা তম্বা লৈতে; অরাম্বগী অরাবা হেক ফংবদা কৈনা শক্তিগী মথক্তা চোংশিল্লি। মাসি মহাকনা তৌদবা শুমদে; তৌব্রবস্ত মাগী থাইদোকপা মগুণ লৈতে। হিতোপদেশদা কৈ অমনা সংসারগী অরাং অপামক্তনা তৌনিংঙাই লৈতত্রুনা শা, ঙা চাং হোত্তনা তাইবং মীদা সনাগী খুজি দান তৌথি। তৌইগুম্বস্তুং কৈগী ধর্ম্ম শাইরিক্তা নিরামিষ চাবগী অমদি দান তৌবগী কান্নবগী মরমদা থোইদোকপা লৈনরমগনি হাঙনা নিংদে। ঈশোপকী য়ারীদা লমহুইবু নমথাক তৌবগীদমক য়ামনা তাখী য়া হাঙনৈ। তৌইগুম্বস্তুং চিত্রগুপ্তগী পাপ পুন্যগী শাইরিক্তা লমচুইগী থবক অসি চল্লমগনি হাঙবা নিংদে। মরমদি মাসি তৌবদা মাথোইগী মনিংমখা তম্বা লৈতে, মহৌশাগী থৌদনশিন মতুং ইন্না তৌই। অওইবমক মীওইবা নত্তনা জীব অতৈগীদি ধর্ম্ম অধর্ম্ম পাপ পুন্য লৈকম থাক্তে।

মমাংঙৈদা হাঙখ্রে—মী ওইবা হাঙবা অসিম্ব জীব অমনি। জীবগী হৌনবী মতুং ইননা মশাগী মুঙাইনবা থিনবগীদমক্তা

সংসারগী অকনবা লানফম অসি থেংনহুনা লৈরিবনি। ভৌই-হুম্বস্নুং মুশিনবা চৈত্রবা ওকনবা লানফম অসিদা মীওইবগীদি কারি তমুক লৈরি— তহেংস্কগী যনবা হোংনবা। অঙাওবগী চানি, মশাগী মুঙাইনবগীদমক্তা জীবনা মাহাক্কী মাহাক্কী লম্বিদা চেন্নরি। মীগী যনবা হেংনহিরনবা বদাইদা অহাংবা ফংগনি। পুনশিগী লানফম অসিদা মশামক য়েৌনা কপ্তনবা শুমজ্রিবা অসিদা মীগী মথন্নাই বরমনা বনবিরগনি? অওইবমক মী ওইবহুন্না রাবা জীব ওমা লৈত্রে। মহাক্কী মখোং অনি হি অনিদা থাহনা লৈরি। জীবগী হৌনবী মতুংইন্না পারোন-পুরোন্দ-গী মীওইবনা অতৈগী হনবিরুবা তেংকুনা মশাগী মুঙাইনবা থিদবা য়াদে। মাসি মীওইবগীস্থ লম্-তোংদা পকথ্রবা অকনবা পুকচেননি, মাসি মীনা থাদোকপা ঙম্বা পোৎ নত্তে। অহুগা পোক্কুনা ঙাং অমদা তিন্থরবদা মশাগী কান্নগদবা কোঙ্গাই অমা থাদোক্কুনা ঙাং অহুগী যনবস্থু হোংনদবা য়াদে। নত্রবদি মাহু লৈব য়াদে, লৈত্রবস্থু তশেংনবা মী ওইবনা লানফম অসিদা হিংষম লৈত্তে। অহুনা মশাগী মুঙাইবা থাদোকপা তাই, অহুগা অমুক মাহুদি জীবগী হৌনবীদদি কাঙ্গৈরি, মশাগী মুঙাইনবা হোংনবা হেক তোকপদা জীব ওইবা য়াদে। অহুনা মাহু য়াবমখে খামজিনগদোবনি। নিংথৌনা রায়েলি, নশাগী কান্নবা য়াক্তা হৌংগন্থু নত্রবদি জীচৈ, কৈশুমশং, কাঁসি; পুরিংনা হাঙ্গৈরি নশাগী ওইজবতা থিকদে নত্রবদি কুম্ভীপাক-অসিনচিংবা

ওমদ্রবা, থাম্বা য়াদ্রবা মহৌশাগী মুংশিবগী থৌইনশিন্না মেরাথাগী লংলবা অহুমনদি ওইরগা মেংলবা থাবনগুম্না মৈতৈগী নিংশিংফমগী অমরাবতীবু ভালহন্দবা লৈতে। অহুনা ঐখোইনা নিজদনা ফংলবা মী ওইবগী অফবা ফিদম থরগীদমক ওসি ভক্তিগী চন্দোন থিকপা লৈরাং অমা অনিদং কংপস্থু লানফম লৈতে।

অরাবদি ভাগ্যচন্দ্র হাঙ্গবা অসি মৈতৈ জাংকী মতম অহুগী থরাম্মিচাক থোক্তবা অতিঙাদা নাইতোম থোকপা থাগুমনা মঙাল মরিক অমতং অনিদং তেংবাংবিনবা লৈরমদে। থাইনগী দোষ ওইহন্দুনা ঐখোইগী ফিদম ওইহনবনা চুমই। হৌজিকস্থু কুইদনা মঙানি তরানিগী মরকতা ঐখোইনা অফবনি হাঙ্গিহুনা তৌরুরবস্থু তেংবাংবিনবা ফংদে, পুকচেল তিংনা মুংশিরুরবস্থু কনানস্থু মুংশিবগী লমন থুম্বিরকতে, থাজরুরবস্থু কনা অমত্তদগী থাজবগী খুদোল ফংবা ওমদে। অরাবগী থোঙ্গাল লিংশিনবা হেক উবগা তিন্নবা থাদোক্লুনা মাঙ্গ ওনবা অসি ঐখোইগী লু-তোংদা পকথ্রবা রাখলগুম্বনি। জাংপু মুংশিবা, লৈপাকপু চাউজ-হন্নিংবগী অতিংবা পুকচেননা মতমগী খুদোংচাদবা পুন্নমকপু থংনা থংনা কাউথোকহনহুনা মাগী জাংকী থাগৎপা য়াকাই-রোল শকলবদি অতৈনা ভাগ্যচন্দ্রমককী মতৌওমনা মুংশিবা খোংলৌননা মরৈবাকমক থাদোকপা ওমদ্রবস্থু অহুম্বা মীগী তেংবাংবা অমুক্তনদি মতিক চাদে। ঐখোইনা মহৌশানা

মুংশিবা হৈ ; মুংশিন্থনা মিংতগী পি শিন্থবা ঙমই। তৌই-গুম্বম্বুং তাংলবা মিংকী পিগী মগুণ ঙাকপা ঙমদ্রবদি, অদুগা মুংশিরুরগা মু শিরিবা অতুনা ঐখোইদগী কান্নবা ফংদ্র-বদি মাদু মাদুনা করি কান্নফম লৈ হায়বা য়াবগে ? মাদুগী মরম ঈচং থোবা রাংপনি হায়গে হায়রু— ঐখোইদা লৈতবদু ভাগ্যচন্দ্র মহারাজদা লৈ হায়বদু খংনফম প্রমাণগী অরাংপা লৈতে ঐখোইনা মহৌশানা হৌগংলি— লোইবা হৈতে; রাশকই ঙাকপা ঙমদে; পুকনিংনা নিংই— পাংনবা লম্বী থিদে ; হোংনৈ— তুং কোইবা ঙমদে। অতুনা ঐখোইগী অরাংপা উজতুনা নত্রগা অরাংপা অদু কনাগুম্বদা লৈবা উতুনঃ মাগী কান্নবা খংগে হায়রবস্তু অমুক্তং নত্রগা হননা হননা মাঈথীতুনা চেল্লবা তেখাও নিংথৌনা য়োকলিবা ভাগ্যচন্দ্রগী ফিদম লৌরবস্তু অচুম্বা নত্তুনা অরানবা ওইরোই। ঐখোইনা নিংবতনা নিংবা থুংবা ঙমদে হায়বা অসি খংলমলবদি নিংবগা লোইননা থবক্ত খুৎ থিংজিন্দুনা ভাগ্যচন্দ্রগী ফিদম লৌবা রারমমোইদৌবনি।

নিংবগা, থবক্তা খুৎ থাজ্রিভেদা মহৈগী রাখন হান্না শারুরবদি থুংদ্রগা থবক্তী লমদা নিংবা কাইবা পোকই, থুংলবস্তু নিংবগা মান্নলা মুত্তাইবা ফংদতুন, থবক্তী মরীদা হৈনিংবগী চাং ককথে। ভাগ্যচন্দ্রনা তেখাও নিংথৌদা তৌবিমল খংবগী অশেংবা পুক্রচেনগা লোঈননা হায়খি— " মহারাজ ! রারুতুনা ঐগী

মশা মশাগী ওইরবদি অচুম্বা হৌনবী অমনি হাঙ্গবা য়াবা পুকনেন থাদোকতুনা মশাগী শেংলবা লমচৎ অহু শেংদোকপা উরগা ঐখোইনা মুভাইবা নত্তনা য়াবা ঙমদে। মতোননা য়াররোইদোবা নত্রগা য়াবা ঙম্মরোইদোবা থবকনি হাঙ্গহুনা মশানা তাগুবা অহু মশানা খংনা কখোকপনি হাঙ্গ· রবদি ঐখোইনা মহাক্কী মমিং পনবদা পাপ কোকনরিবা অচৌবা মীগী অশেংবা থমোইবু থজদবগী পাপ পুগদৌবনি। মরমদি ভাগ্যচন্দ্রনা পুমনমক্কী অথাবা লৌহুনা নিংথৌ ওইবগী সিংহাসন্দা ফমলবসু নিংথৌ ওইবগী মুভাইবদি মতোনগী তমদনা মশাগীদা খাকপা হৈতে। ঐখোইন মী ওইবগী ফম্বাল থক্তগী থাক কয়া মখৈ কুমথরবা হাঙ্গবহু মীনা তাক্তবসু ইশানা খংবা য়াই অহুনা ঐখোইগী জাৎনা হিন্দুনা থোইদোকপদি মৈতৈনা লাক্কদৌরিব মতমগী ফত্তবা থন্দুনা হান্না কিবা অসি অমরোমদদি অরানবা ওইদনা অচুম্বনি হাঙ্গহুন লৌরুরবসু ঐখোইগী তোংজবতনি।—মাহু তোক্তুনা য়াহৈগী বিচার তৌরুরবাদ অচুম্বা ওইহুনসু ঐখোইগী অমাংবনি। ওন্থোকপনি! কয়াদা নিং- থিজরবা য়াখল্লো! য়াখল হাঙ্গবদা চিংনরবমকস্ত কয়াদা ফজরবা লমচৎনো! মাহুমক্তদা য়ানিংদ্রবসু কয়াদা পুকনিং হূনবগী মশক ওইবা য়াহৈনো? মীনা বসন্তগী কোকিলনা খোংবা তারে; চৈংয়া পামেল য়েনা খোংবা তামনাগী অথুম্বা খোঞ্জেলসু তারে! মুংশিবা ভাক্তনি। তৌইগুম্বসুং মশাগী ওইজবা থাদোকপা ঙম্বা, পাম্মুবা খংদবা মীশিংগী অথুম্বা য়াহৈ তারগা গুক্ষৎপা

ওমত্রবদি শকমান্নদবগুমনা মী মান্নদে হাঙ্গৈবা থোইদোকপদি থম্মোইদা লৈ হাঙ্গৈবা অত্ত ঐখোইনা খংহৌত্তুনা অনৌবা লৌশিং ওইনবা য়াই হাঙ্গৈবদা চিংনকম লৈতে। ঐখোইদা ওন্না তৈনবা উরবস্মু মীগা লাইগা খেন্নবা অসি কদাইদনো হাঙ্গৈবা খংত্তুনা ভাগ্যচন্দ্রবু থাগৎপগী মথক্তা থাগৎতবা ওমদে। লৈবাক মরা তপ্লে, শ্রীগোবিন্দ লি খৎলে। গোবিন্দ পালা শেমলে, রাসেশ্বরী পালা শেমলে। অস্নুমনা অপাম্বা লৈতনা, পুকচেল ফজনা লিংখৎলবা লৈবাকনা মপুক তপনা ঈশৌ লাংবা হৌনদে। মৈতৈনা অনৌবা থরাই ফংবগুম্না অমুক পুনশিগী অনৌবা লম্বী অমদা চংশিন্দুনা চাউখৎপগী মপু ওইরে। হৌজিক মৈতৈনা পাললিবা অসি মতমগী অমস্নুং তিন্নবগী মরীনা অয়াম্বদি ফত্রবা শকফম ওনখ্রবস্মু অফবা শরুকমখৈদি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী লমন তোল্লিবনি হাঙ্গৈবা অসি খংদবনদি থংত্রে, অখংবমখৈনদি হৌনবা মত্তুংইন্না পুকনিংদা নিংশিংদবা ওমদত্তুনা মহাকপু নত্রগা মহাক্কী মমিংবু ঈকাই খুমনিংদবা তৌদে।

কনাগুম্বনা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজবু থমোইগী অখোৎপা পুকচেনদি ব্রাৎপনা তৌগদৌবা থবককী অফবা, নিংবা থুংবা মহৈ ফংত্তুনা চাওখৎপগী খুভম ফংবা য়াবা মতৌ ওইবনি নত্রগা ওইবরা হাঙ্গৈত্তুনা মপুকনিংদা চিংনবা পোকলবস্মু মাত্তু অচুম্বনি হাঙ্গৈত্তুনা ঐখোইনা থাজরুবা ওমদে। তেংবানবগী হৌনবীগুমনা মী ওইবা অমগী কান্নবা অত্তু অমগীদি

ফিদম




অমাংবা ওইত্নুনা নাকল অনিমক্কী হান্নবদি তোঙ্গনা খোজে হাঙ্গবা য়াদে। ঐনা নংগী নরল হরাললবদি অংগীদি থাং-লবস্মু তেংবানবা অসিদদি ঐগীদি অমরোমদা তোংজরি, অদুগা ঐগীদি তোংজরবস্মু নংগীদি অমাংবনি। খুদমগী অফ ফত্তদি রা অমনি; থমোইগী অথোংপা পুকচেল অসি পামলবস্মু মাহু থাদোক্তনদি কান্নবগী অদুস্মু ধর্ম্মগী লম্বীদা করিগুম্বা অমাংবগী শরক কুপ্‌না মপুগী য়াথং নীংবা ঙাকনবগীদমক তৌরগদোবা থবক্তা পাংবা ঙমদবস্মু য়াই। য়েকনবগী যকোকনা পুং অমা ফাই হাঙ্গবা অসি রাহৈগী লৈতেং ওইরম্বস্মু অচুম্বস্মু মওইহললো তৌইগুম্বস্মুং ঐখোইনা ইমিংনা উংহোদ্রবস্মু মহাভারতকী লানজিন্দা চান্নবা ভক্তি কংক্ষম থোকপশিং উরুরগা, নিংবা কাইরবা অর্জ্জুনদা শ্রীকৃষ্ণনা পাউতাক পীবগুমনা, নীংশিংত্নুনা লান্দা মাঙ্গ ওললো হাইবা ঙমদে। ভাগ্যচন্দ্রগী মতুংগী পুনশিগী মরমদা তারবা মীনা ভাগ্যচন্দ্রবু অর্জ্জুন শাহন্দুনা "ন কাঙ্খে বিজয়ং কৃষ্ণ. নচ রাজ্যং সুখানিচ" হাঙ্গদুনা হাঙ্গহল্লবস্মু ঐখোইস্মু য়েংলিবা মীশিং অদুতস্মু নব্বনা চুম্বা মাল্লে থাজদবা ঙমদে। তৌইগুম্বস্মুং লান্দি তোকপা য়ারমদরে; মরমদি ঙাকপিবগী মতিক চাবা মতম চুপপা থমোইদা য়োকতুনদা থম্লমলবস্মু ধর্ম্মগী মরীদদি চাওথংলগা নিংথৌ ওইবগী মরীদদি হম্ববা য়াই। মরমদি নিংথৌগী হৌনবী হাঙ্গবা অসি অকুপপ-

দগীসু অকুপপনি। ধর্ম্ম অহুমককী ঈকাই থুমনবা ঙাকপা ময়ানবগীদমক থোইদোক্লা মুংশি হৈতবগী থবক ওইরবা লান অহুমক তৌদবা য়ারক্লে ; অহুগা ঐখে ইনা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজবু কম্হৌরবা লাম্মীনি হাঈহুনা চৌংথংখোম্বা হাঈহুনা খংবতা নত্তানা লাইবু নিংবা, কবি অমসু পুকচেল থোংলবা ভাবক অমনি হাঈহুনসু খংদবা য়াদে ; মরমদি মৈতৈগী তাংলবা মিংকী পি অসিগী চেম্বরককম ইফুংপু ভাগ্যচন্দ্র নত্তনা কনানো ? মহৌশাগীনি হাইয়ু, মতমগী শাশিন্নবনি হাঈয়ু অফবা পুমনমককী ককোক্তি ভাগ্যচন্দ্রনি।

জাংপু ফত্তবগী লম্বীদা চংশিনবা উরগা নত্রগা মাহু উত্রবসু জাং অহুবু অমুক হেন্না ফবা লম্বীদা চিংশিনবিবা ঙম্বনা করিগুম্বা অফবা মগুণ লৈরবদি ভাগ্যচন্দ্রগী মফমদা হাকনা হম্বা নত্তে। তৌইগুমবসুং ঐথোইগী জাংপু শেংদোকপগী থবকতা খুৎ থিংজিনবিরবা ভাগ্যচন্দ্রগী মওংদি অতৈগা মান্নদবা অতোপ্পা শকফম অমা উহুনা ঐথোইনা মুঙাইবা নত্তনা য়াকফম লৈতে। মরমদি লৈরম্বা লমচংপু মাংহন্দুনা শেংহনবগী থবক ঙাক্তদা য়েংলবসু লৈবাকতা ঈরাং হৌই ; মরম অহুনা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা লৈরম্বা অহু কাঈদনা থমহুনা মাহুদা অফবা মতৌ ঙম্বা মথৈ ঈনশিন্না লাকনহনা লাইগী থুংমককুমনা থাগৎনফম ওইবা থবক হিরম 'পুমনমকতা উংলি। অহু হাঈ হাঈহুনসু

ঐখোইনা ভাগ্যচন্দ্রগী অনৌবা ফোংদোকনবগী পাঙ্গল য়াৎপরা হাঙ্গিদুনা ঐখোইগী অচৌবা নিংথৌ অসিগী মগুন ময়েং তাথিগনি হাঙ্গিবগীশু হাকনা কিরুগনু। হৌখ্রবা অমশুং লৈরিবা মৈতৈ ওইবগী মতৌ অমসুং মৈতৈগী কীচৎ পুমনমক হননা হননা লৈনরিবা অত্থপকী মতিক ভাগ্যচন্দ্রগী ফোংদোকপগী ওইথোকতবা পাঙ্গলগী মরমদা ঐখোইনা অনৌ অনৌবা ফোংদোকপা থোইনা য়ারোই।

·

মরম পুমনমক অসিনা অমসুং অসিদগীশু হেন্দোকপা মরম পুমনমকনা ঐখোইনা ঙাস ভাগ্যচন্দ্রবু লৈবাকতা অফবা নিংথৌ—য়ায়েনশাদা! অচুম্বা নিংথৌ—জাৎকী শেংদোকপগী হীরমদা মরম উরবা শেংদোকপীবা মী—ধর্ম্মগী মরীদা ইন্দ্রি থুদুম চল্লবা সাধু—অনংবদা পীনহৈবা—পুকচেল চাউগনি হাঙ্গিদুনা থাগত্তবা ঙমদ্রবশু থোইদোকপদি মাহাককী অচৌবা, অকনবা, অফবা, অচুম্বা নিংবিবা, লৌনফম ওইবা, ওইজবা ফিরম পুমনমক ফংদুনা তৌবিমল থংবগী থুদম্মথৈশু উৎপা ঙমই। মসি খল্লুরবদি মী ওইবগী পুকচেনবু থাগত্তবা ঙমদে—ঙসি ভাগ্যচন্দ্রনা অত্তোনবা অনংবগীদমক মুংশিহৈবগী পান্বোম তিংথোকতুনা কোনবিরম্রে; ধর্ম্মগী মরীদা পুন্থ তৌরকলবা পান্বোম অনি থাঙ্গৎতুনা জগোই শাদ্রে; মরৈবাককীদাক মাকাক য়োন্দনা লানফমদা নোংশাগী লাল্লাও লাৎদ্রে; তৌইগুমশুং তৌবিমল কাউহৈদ্রবা মী

ওইবগী পুকচেননা অতৈমক ঙমদ্রবস্থ মহাকপু অহুমক ঙমদ্রবস্থ মহাককী ভাগ্যচন্দ্র হাঙ্গৈবা মিংকমবু নিংশিংহুনা অরা মুংঙাইবদা পুকথেম ফংহুনা মহৈ য়াননরি। পৃথিবীদা লাকলগা চাহুনা, হুমহুনা, নোক্নুনা, চংহুনা, মিংশেনদা শকফম মথৈত্তা য়েংহুনা পৃথিবীদগী হনথিদ্রবা নত্রগা তেংবানবদা অকনবা ইরৈদা তাউবা কৌবীশিংনাংঙমনা থোকউবদা তাউথবদা নত্তনা মতমগী ইপাককী তোর্ব্বান লেঙোই মথক্তা মুত্রবা থোঙ্গল থনমহুনা মাহাকনা পোকপনা তেংবানবনা মুঙাইবগী জগোই শারবা ভাগ্যচন্দ্রবু নিংশি'বগী ফিজিদগী হুন্দোকলম্বা ঙমদহুনা ঐথোইনা পোকপগী মহৈ য়ান্নরে। ঙসি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা ঐথোইগী লৈবাককী লমজিংবিনবগী দমক লৈত্রবস্থ পুকচেন চাউবা গ্রেষ্টোননা হাঙ্গৈবঙমনা ঐথোইদা অফবা ফিদম পুমনমক থম্বিহনা চান্নবা মরুপ কুমনা কুম্বী কালেন থাইদনা লেঙ্গোন্নরি। মাহাকনা মণিপুর সনা লৈবাক্তা থাবিরম্বা ফিদমগী অচৌবা পাম্বী অতদা মৈতৈনা মাইগৈ মরিগী চেকলাঙমনা চংনফম ওইহুনা হিংহুনা পানবগী মরমদা মৈতৈগী চাওথংপা খুভম ফংবা য়াদবা লৈত্রি ভাগ্যচন্দ্রনা মৈতৈদা পোকপা অসি ভাগ্যচন্দ্রগী নত্তে, অওইবমক মৈতৈ ঐথোইগী লাইবক ফবনি।

---

# থোঙ্গবা অমস্তুং মশাগী ইকাইখুমনবা।

নোল্লুকপা হন্থনা চৎপা মীগী মীচং ওইনিংদবা তেংবানবদা কনা য়াওবগে? মরমদি মাহাকনা ঙাংথোরকপা মরাহে, চৎলকপা মচৎনা লাঙ্গফাইরেন্থাগী তময়া পামেল য়ৈনা থোংবা তামনা অমদি ওলাংথাগী চন্দন চাইবা লৈরাংগুমনা মীগী থম্মোই ইংননবগী মশকনি, ভক্তি অমস্তুং নুংশিবনা মাগী থমোইদা ততুনা চেল্লবা ইচেলনি। অসিনচিংবা নোল্লুকপগী কাউবা য়াদ্রবা,অফবা মগুণ পূমনমক অসি খল্লরগা মাগী মীংচৎ ওইনিঙোইদোবা কনা য়াওবগে? ইশাগী ওইজবা, মীবু উশিত্তবা, ইশাগী ইকাই থুমনবা পুমনমক থাত্থনা নোল্লুকপদা শিন্দম চংনিংবা অসি মহৌশানি। মশাগী ওইজবা অমা লৈত্রবস্তু মছপানবা লিনগুমনা মীগী থমোইদা চিকলুরিবা মরম লৈনা মীগী মনীং মথাতস্বা, ইকাই থুমনবনচিংবগী মথকতা থরদং য়ৈথাঙ্গবা ভমলগা পেল্লরিবা অথোঙ্গবা হাঙ্গবা পুকচেল অসি ইংনা পানশি হাঙ্গনা ব্রাশক তেমশিংনরিবা ঐথোই খাইগী লম্বীদা থাকলবা শৌগী মশকনি হাঙ্গবস্তু ঐথোইনা য়ানিংই। তৌইগুম্বস্তুং অদু হাঙ্গ হাঙ্গত্নস্তু মীওইবগী পুকচেল অসিমদা তাথীবা ঙাংঙুবস্তু ঐথোইনা পামদে। মী ওইবগী পুকচেল হাঙ্গবা অসি য়ামই, কয়ানরুমনা লৈগুম থোংলি,

মাত্থু খল্লুবদ স্থংশিদবা ওমদে; কয়া মরুমনা কললি, মাত্থু খল্লুবদা পুকনিংদা থৌজান অমস্তুং স্থংশিবা পোকত্রবস্থ ভক্তি অমস্তুং অকিবা পোকই। অত্থুগা মশাবু ইকাই খুম্নগে হাঙ্গরবদি মহাকপু মীথোই মীহেক্লী, মহোনদগী ব্রাংতে হাঙ্গনা নিংদবা য়াদে মাত্থদি অথোইবনি। অওইবমক মাসি থৌজানশুমনা মীগী অব্রাবদা পেথবা লৈতে, স্থংশিবুগানা লালানববু ঐগী ওইহনবস্থ লৈতে। অথোইবা মীবু মীনা স্থংশিদবগী অথোইবা মরমদি অসিনি।

থৌগুম্বস্তুং অথোঙ্গবা মীনা করি হাঙ্গরি?—নোঙ্গ্রুকপা, মীনপ্পা লৈবা মীবু মীনা স্থংশি হাঙ্গবা চুমই। মরমদি চংজরকপা মীবু চংনফম পীবা হাঙ্গবা অসি ধর্ম্ম থংবা মীশিংগী মশিননি। অথোঙ্গবা মীবু মীনা স্থংশিদবগী মরমবু মশানা পামজদবনা কংদবনি মশানা স্থংশিবা, মীগী থৌজান ইপাম পামজদবা মী অত্থুদা কনানা মপুকথোকনা স্থংশিবগী খুদোল কংলগনি। মশানা খল্লা তোপতোপ তোবা অত্থুনা মীনা মাবু য়েংনিংদে। থৌইগুম্বস্তুং মাত্থু হাঙ্গত্থনস্থ শোগী ইকাই খুম্নবা অথোঙ্গবা ব্রাথনবু ঐথোইন তাখিরুবা ওমদে। স্থংতাই য়াইফবা হাঙ্গবা অসি মী পূমনমক্কী মাব্রাইবকতা মাম্লনা তমদবা শুমনা নোঙ্গ্রুকপা লমচংস্থ মী পূমনমককী মুকমদা মাম্লনা চনবৈ হাঙ্গনীংদে। স্থতাই য়াইফরিবৈগী মতমদা অথোঙ্গবা পুকচেন অসি থাদোকউ, কৈ। মরমদি

মপান ফরিদৈ, খংনবতা ঙাইরিদৈদা নকনবা মরী হেক থোকলিবা, চিস্বান থোইরুমতা তৌবদা খল্লরিবা চামনা ওকতুনা খেকনা নোকলিদৈ, অমদি মরম লৈতবা মুংশা মপী অমতং হেক তাবদা মী চামগী মাইথোং ব্লাবনা মকশিল্লিবা মতম অহুদা মীগী মথোং চুপলুরবস্থ ফত্তবা লৈতে; মতম অহুদদি মাহাকপু নোল্ল্কপনি, তাইবংপানবগী ফিদম লৌনফমনি হান্নহুনা থাগৎনগদোবনি। অহুগা মাহু তৌবনস্থ চুমই। হেংবানবদা কনানা কনাবু মুংশিনৈ হাঙ্গনি? মুঙাইরম্বা মীস্থ মরাইবক থীবনা অমুকতং লৈখা হেক তারকপদা মতুনা মব্রাবু হননা য়েংনিংদে মমা য়েনবু মচাদা মুংশিবা ব্লাঙাংবা কাউথি; মরুপ মপানা কাউহুনা য়েনবু নিংশিংবিদে। মতম অহুদদি মাহাক খোংথাং মশীং থীহুনা চত্তবা য়াদে, ব্রা অমতং ঙাংগদোবদা মঙারক খস্থদবা য়াদে। নংলিদৈগী মতম অহুদদি মাগী নোল্লুকপা, মুংশিবা, মব্রাহৈ ফজবা. মীবু থাগৎপনচিংবা পূমনমক মশাগী ওইজনবা চীরোননি হাঙ্গহুনা মীগী নোকনফম ওই। মতম অহুদা অথোঙ্গবা ব্লাখল লৈত্রবদি মীওইবনা কয়া হস্থবা তাবগে হাঙ্গবা অহু খন্দুনা য়েংউ।

অওইবমক মশাগী ইকাই খুমনবা অথোঙ্গবা ব্লাখল অসি হৌবানবা অসিদা তাউহনা লৈবা পোংগী মশকনি। অপাম্বগী মতমদা থোংঙাকপগুম ঙাকপিই, অব্লাবা তারবদা মরুপ কুমনা কোনবিই চাওখৎপগী লম্বীদা মীওইববু চিংশিনবিই।

মরমদি মশাবু ইকাইখুম্নরিবা, ত্তেংবানবনা নামা লেপত্রবসু ঐ লৈরি হাঙ্গহুনা মাঙ্গরোং য়ারিবা মীশিং অহুগী রাখল থবক পুমনমক শোইদনা মীথোই মীহেল্লমগনি হাঙ্গবা অহুদা চিংনক্ষম লৈতে। মাহাকনা মীগী চাওখৎপা অহু করি পামহৌনক্লক্ষম লৈবগে? মাহাকনা কোননা থুপনা ত্তৌবা হৈতে, অমমবদা ক্ষুবা খংদে, অমুককী মক্ষমদা চামরক শিবা তারবসু মতিক চাদবা মক্ষমদা লেপলুবা ত্তৌদে। মরাক চামা ত্তাইবা ফি শেত্তুনসু, মীগী মত্তেং ক্ষনা কাম্লগদৌবা লৈহুনসু মাহাকনা মীগী থোংজিনদা লেপলুবা হৈত্তে। অসিগুম্বা মী ওইবগী পুকচেল অসিগী অমরোমদা ক্ষনা ক্ষত্তবা লৈহুনসু মাসি থাদোককদৌবনি হাঙ্গহুনা ঐথোইনা পাউত্তাক পীনিংদে। মাসি অওইবমক মী ওইবগী পুকচেনগী লৈত্তেং অমনি।

কনাগুম্বনা লাইগী নোংদমদগী মী তরাগী মরকত্তা হেক শীংথানবা য়াওবগা মী উদে, খোং লৈপাক তানিদে। মাহুদি চাউথোকপনি। অহুগা কনাগুম্বা অমনা গুমগদৌবা মরম উদনসু মরাহৈমকত্তনা চাউথোক্লুনা মীগী মুংশিদন-বগী মক্ষম ওই, মাহুসু নাপননি। মতিক নত্তনা মগুণ হাপ্পা অসি অপাংবগী থবকনি। ঐগী লৈজবা অহু উৎ-লুবগী করি কাম্লবা লৈবগে? মীভোন্দা উংপদি লৈত্তবা মীগী থবকনি। মরাইবক থীবদগী কনাগুম্বদা অসিগুম্বা

পুকচেন অসিনা হেক পকখ্রবদা মাহাক্কী মচৎকা লোইননা মশক্কী নিংখিজবা ক্ষাউবা মাংখি, মাহাকনা ঙাংখোকপা মরাহৈ থুদিংমকনা মীগী থমোইদা ত'শোন খীনবগুম মুঙাইতে। মাসি মীওইবগী লমচৎকী অচৌবা মরাল অমনি। তৌইগুম্বমুং মীগী থমোইদা মুংশিবিনবা ওইবা অওইবা মহৌশাগী ধর্ম্মগী মথক্তা মীওইবগী থমোই অমমুং পুকনিংবু মীনা শোক্কদৌবদগী ঙাকলিবা অথোক্সবা পুকচেন অহুদি অরুবা পুথ্রীগী ইশিংদা তাবা অনৌবা মুমিৎকী মঙালগুমনা মীগী মিৎ থকনবগী মশক ওইদে; মাহুনা খৌজান, মুংশিবনা চিংবগী মতৌগুমনা মীগী মুংশিবমক মকম অয়াম্বদা ফংবা ঙমদ্রবমু মহাক্কী মচৎ অহু থন্দুনা য়েংলুরগা অকীবগা লোইনবা ভক্তি অমা পোক্কনি হাঙ্গহুনা ঐখোইনা নীংই। অথোইবা পুকচেল অহু তাখীরুবদি থাপনবু থমখো; ঐখোইনা মাসিবু মীওইবগী পুকচেন পুমনমককী মমল নাইত্রবা লৈতেংনি হাঙ্গনিংই। মীওইবগী পুকচেনদা থোনাকবা, ইচংথোবা, অকনবা অথাংকনবনচিংবগী অরাৎপা লৈবা পুমনমক মেনশিনবিই; ইকাইগদৌবা চোপকদৌবা পুমনমক্কগী কনথৎপিই। মহাকনা কনবনা করি হাঙ্গর-গদগে হাঙ্গবা অহুগী অকিবা লৈতে। মাহু কিরুবদি অয়াম্বনি হাঙ্গহুনা ঐখোইনা তাখীনৈ। অয়ম্বা মীগী থবক মশক থোকতে মহাক্তি মীনা তাবপা লম্বীতদা চৎলি, মাগী জগোইদি মীনা য়ৈবা তালগী মতুং ইন্না শাবনি,

থবক পূমনমক্তা লাইনা পীবিরকলবা মাগী লৌশিং অত্থুগী শিজিন্নকম খংদে হাঙ্গৈবদি হাঙ্গৈকত্থুনবু অরেম্বনি। অয়ম্বা মীগী মাঙ্গৈথোংদি অরেপ্পা লৈতে; অরাবদগী মুঙাইবদা মুঙাইবদগী ইকাইবদা অসূমনা মাগী পুনসিগী পুংজা খূদিংদা তত্তানা ওললি। তৌইগুম্বস্নং মশাগী ইকাইখূম্নবা অথোঙ্গৈবা মীগী পুকচেন্দি চেদা য়েকপা লাইগী মশকনি। তেংবানবগী থাগৎপা থাদবা অসি মহাককী মফমদদি কাকনা থোংবা নজ্রগা নারকতা কপ্পগুমনা কান্নদবগী মশকনি। মহাকনা থোদোক খুদিংমক্তস্থূ শোঙ্গৈদনা মীমাংথাই। মরমদি মশানা মীঙোন্দগী শোত্থবা হৌনদে হাঙ্গৈনা নীংলিবা মী অত্থুনা মীনা ঐগী ইতুং ইল্লশমু, ঐগী ইতৌ তমজশমু হাঙ্গৈনা নীংদবা য়াদে।

অত্থুগা মীওইবগী পুকচেন পূমনমক্কী মরমদা মুন্না খংলবা কনা কনাগুম্বনম্ম হাঙ্গৈ জীব অতৈ অতৈনগী ঐথোই মীওইবনা হেন্দোকলিবা, মাথোই লৈত্রবদি মীওইবা হাঙ্গৈবা মিংথোল অসি ফংবদা ঐথোইনা মতিক চারোইদোরিবা থোজান মুংশিবনচিংবা পুকনিংগী লৈরাংগুম্বা অথোংপা পুকচেনশিং অসিনা মরী থোকপা লৈত্রবদি মহাকনা অমরোমদা ফনা ফত্থনস্থ ঐথোইনা অথোঙ্গৈবগা মরী থমনীংদে। মাসি অচুম্বা রানি; তৌইগুম্বস্নং মাসিদস্থ ঐথোইনা হাঙ্গৈনীংবা অমা লে—মীগী অরাবা অমা মহৌশানা ঐথোইনা মিংলুদা পিগীমথৈ শিস্থবা ওমই মনাক্তা চৎত্থুনা অরাবগী রাহৈ অনি মরিদং ঙাঙুবদি লাই; মাসি থোজানগী

বকনি । মুংশিহৈবা মীনা মাহাকনা মুংশিরিবা মীশী মনাক্তা চংতূনা মুংশিবগী থাহৈ অমা অনি ঙাংবদি লাই; মাহাকী মুংশিবা ফংনবা চান্নবগী খুদোল পীরুবা মথৈ মুংশিধনা ওমই। তৌইগুম্বমুং অরাবগী অরাবা কোকনবা, মুংশিবগী পাম্মুবা থবক পাংনবা মতাং য়ৌরকলবদা কনানা মাঈরোং য়ারবগে? অততায় য়ৌরকলবা মশাবু থৌঙমদবা মীনি হাঈনা নীংবা মীনা করি কান্নফম লৈবগে? ঐখোইনা রাশকপা ওমই, ঙাকপা ওমদে। তৌবা তৌই, লোইবা নাইদে। পোথি তৌই থবক্তা খুং থিংজিললুবা ওমদে। হিরম পূমনমক্তা তৌশিন্নবগী মতৌ উংলি। অসিনচিংবা মফমদা মশাগী হকাইথূম্নবা য়াওদনা ঐখোইনা করমনা থৌজান মুংশিবনচিংবা পাংবা ওমবগে?

---

## নুংঙাইবা ।

তেংবানবদা নুঙাইবা পামদবা কনা য়াওবগে? মী ওইবগী পুকনিং অসিনা মহৌশানা নুঙাইবগীদমকতা লাং-তকৃননা লৈরি। মিং অসিনা মহৌশানা তেংবানবগী নীংথিজবা অসিদা লুপ্তুনা লৈনীংই। নাকোং অসিনা অরাম থৌরাংবগী লোঈননা উচেককী নীংথিবা কোলোই, বীণাগী অথুম্বা খেঞ্জেন, অঙাং নারাগী মতেক ওইবা স্বর অমসুং চান্নবগী মুংশিবা কোলোই মপাও তানবগী দমকতা খোইরাংহনা লৈ। লৌশিং অমসুং রাথম্না মান্নবা

হিরম অমতংগীদমক্তা করিগুম্বদা নোংমদোন য়েনা পাইখৎলি করিগুম্বদা সমক্রুগী ঈপাকতা চোংথৈ, করিগুম্বদা লোইবী চীংখাং য়েনা কাখৎলি। খংবা তাবা অমা লৈত্রবস্থ মী ওইবনা করিগুম্বা অপুনবা অমগী থৌইনশিন মতুং ইন্না মহৌশাগী নীংথিজবা অসিদা লুপ্তুনা লৈনিংই। মঙ্গমদি অসি পুমনমক অসি মরম অমমম্বদা মুঙাইবগী ঈচেন ঙাক্তনি কবি, পুরাণ পাঈবা, ল্যাইরিক লেংবা, লৌশিং শিংবা পুমনমকনা পৃথীগী মুঙাইবা পুমনমক থাজুনা পুকনিং হবচাং পুমনমক লৌশিংগী মপু ওইরিবী সরস্বতীগী খুয়াদা কথোকলি। ওলাং থাদা মাখোইগী ওলাংবা লৈতে, নিংথম থাদা অইংবা নাইদে; তেংবানবগী অৱা মুঙাইবদগী মাখোইনা থাপনা লৈরি। তৌইগুম্বস্থং মাখোইনা লৌশিং অসিগীদমকতা অশ্বপ লাংতকনরিবা করিগীনো? অতৈ করিস্থ নত্তে; লৌশিংগী মহুং অসিদস্থ মুঙাইবগী ইফুং ফাওরি। মচাগী মুংশিবনা শুঙ্কাৎলবা মমা মপানা মুংশিবগী পান্থোম তিংথোকতুনা কোললি; চান্নবা মরূপনা চান্নবা মরূপকী লেংবান্দা কোনতুনা চান্নবগী ৱারী শারি। মুংশিবনা মুংশিরিবগী মফমদা নাপচিকনা থমোইগী অথুপ্পা পরাই তৌরি, মাসি করিগীনো? মরমদি মুংশিনবগী মঙ্গং-দস্থ মুঙাইবগী ঈথক হৌরি। অস্থমনা ঐথোইনা হিরম পুমনমক্তা উবা কংই— করি অমুক হাঈগনি সংসারগী অৱা অনানচিংবা পুমনমক থাদোকতুনা মীচিক নাচিকথোন তাত্রবা

নারকতা লাই নীংখ্রবা লম্বোইবশিং অসিস্থ মশাগী করিগুম্বা খোৌরাংবা অমগী মখা পোনদুনা অহিং মুংথিল খাঈদনা তেংবানবা মপু ঈশ্বরদা তেংবানবগী মঙ্গলগীদমকতা তত্তুনা নিবিরি, মরমদি ঈশ্বর নীংবা হাঈবা অসিস্থ মুঙাইবগী ঈপাকনি।

তৌইগুমবস্থং মুঙাইবা হাঈবদি করিনো? হোৌজিক অসিদা অয়াম্বনা অপেনবনা মুঙাইবনি হাঈবস্থ য়াওই। তৌইগুম্বস্থং পেনবা হাঈবনা করিনো? মী ওইবগী অমুক পেনবা হাঈবা লৈরিব্রা? অপেনবনা মুঙাইবনি হাঈবা অসি অমরোমদা ফনা চুমদুনস্থ অপেনবদগী অরাবা পোকই হাঈবা অসিস্থ অরানবা নত্তে। মরমদি মী ওইবগী অপেনবগী লমথুংক্ষম নাইদে। মসি ওইরবদি মুঙাইগনি হাঈবা অদু হেক ওইবদা থমোইদা অপেনবা পোকই; তৌইগুম্বস্থং পেল্লবদি অনৌবা রাথল অমা অমুক লাকদুনা শোঈদনা অরাবা পোকহললি। অদুনা তেংবানবদা মুঙাইবগী আশা তৌরুবদি অরেম্বদা তাই। তেংবানবদা মুঙাইবগী লম্বীনি হাঈদুনা লৈরিবা অসিদি লমলোং চামা চামা ফাংলে; তৌই-গুম্বস্থং চৎদুনা য়েংলুরগদি অরাবদা ঙাক্তা তারুই। থাউমৈগী মৈরিনা ইঙান ঙাননা চাকলি; মাহু উবদা মৈরানবীগী থরাই পুবা ঙমদে; মহাক্না ঙাইহাক কোঈপাই পাইরগা মৈরি তমনা চোংশিললি মাদুনা থোকপদি—চাকথোকপা। মী ওইবগী মুঙাইবস্থ অওইবমক মৈরানগী মশকনি। মাহাক্না

তেংবানবগী মুণ্ডাইবগী লাইরানা শুঙ্খাৎতুনা "মুণ্ডাইবা, মুণ্ডাইবা" হাঙ্গৈদুনা লমখোং থুংনা চংলুরগা মমৈদা অরাবগী ঈপাকতা লাকতুনা চোংথরে। মরম অদুনা মুণ্ডাইবা হাঙ্গৈবা অসি মীওইবগী লাইবকতা তম্মমদত্রা, পামজবগী অদুক "মুণ্ডাইবা মুণ্ডাইবা" হাঙ্গৈদুনা লাওজত্রা হাঙ্গৈনা নীংবসু করি লানক্ষম লৈবগে ?

অদু ওইরবদি তেংবানবা অসি অরাবগী মশকনি হাঙ্গৈবা তারে। তৌইগুম্বসুং মাদু লাল্লি। এখোইনা উই তেংবান বদা খাঙ্গেশেংবা মুণ্ডাইবা ফংদবগুম্না অশেংবা অরাবসু লৈতে' করিনা হাঙ্গৈববু অনি অসি খাইদোকনবা য়াদে। অমা লৈত্রবদি অমসু লৈতে খাং অমগী মাঙ্গৈগে অমদা কুৎশিনবা অদু মাঙ্গৈগে অমদা পোন্থোকই। কুৎশিনবা অদু লৈহল্লোই হাঙ্গৈরবদি অশোনবসু মাংখি পোলহল্লোই হাইরবসু অকুৎপা মাংখি। অনি অদু লৈত্রবদি মাগী খাং ওইবা তোকতুনা য়োৎপাক তাই। অদুগুনদুনা তেংবানবা অসিদা অরাবা মাংহনগে হাঙ্গৈরবদি মুণ্ডাইবসু লৈতবা তাই; মুণ্ডাইবা লৈত্রবদি অরাবসু মাংখিবা তাই; অদুগা অরাবা মুণ্ডাইবা অনিমক লৈতবা তেংবানবসু রাখননা লাপ্পা ফংদে।

অদুনা অমরোম্দা মুণ্ডাইবা হাঙ্গৈবা অসি অরাবগী মহৈনি মমৈদা মুণ্ডাইবা ফংনবগীদমক অরাবা শেম্বনি, পৃথিবীদসু মুণ্ডাইক্ষম য়ামনা লৈদি হাঙ্গৈরগা মাসি অমুক মথল য়ামই।

নানা অযুক সুংথি তূনা নোমদুনা ফংজবা থরা অংগী ঙেৎন্দগী হন্না নংবা অতোন মী অমদা থরা থাইবা অলগা মথল্লাই সুঙাইবা ঙমই, কনা অমনা মতোনবা পান্থে লত্রবা মী অমগী খয়াংতগী মুন-না াবগা মচাককী থল্লবা পুক অছ নবগী মশক ওই। নিংথৌ সুঙাইনবগী মকতা সিংহাসনদা ফম্মি, লাইরবস্ম সুংঙাইনবগীদমক্তা নামলি। মহৈ হৈবস্ম সুংঙাইনবগীদ ক্ত। চাংজৌ নাইত্রবা হৈগী ঈপাক্তং ঈবোঈরি ঙসিনচিংবা। অস্থম তৌদুনা মী ঈবা অসংকত্ত্বু সুঙাইগনি হ.ঈব ব্রাথল অসিগী মথা পাল্লবস্ম সুঙাংবা হাঈবা অসিদি অমতা তিন্নদে। সুঙাইবা খল অনা মেবা থাগ হিগী থাবল অমদি চন্দন খিকপা লৈরাংগুমনা থমোইদ অই বা পোকহললি, অদুগা মথল অমগী সুঙাইবনা অহানবা থেংনবদা পুকনি হকচাং পূমনমকপু শুম্নাংলি, মমৈদা লমজাউ খোননা চাকপা লম্মৈগী মতৌগুমনা মীগী থমোই, পুকনি থল্লাহ অমস্মুং মমৈথংদা হকচাং য়াওনা চাকথেকতুনা মাংহললি হৌজিক্তি তাক্তবস্ম খংলে কবস্বা সুঙইবনা পামনফম থোকপগে? সুঙাইবা মথল অনি অসি থংনা চ পা ঙম্বা মী অত্থনা তেংবানবদা সুঙাইবনি।

# খম্বা অমস্তুং নোংবানগী পাউতাক।

( যথা ধর্ম্ম তথা জয় )

ধর্ম্মনা মাইপাকলগা চুঙাইবা অসি মী ওইবগী মহৌশাগী ওইবা পুকচেন্নি মী ওইবা হাঙ্গৈবা অসি পংই, মী ওইবনা করি খংফম লৈবগে, তৌইগুম্বস্তুং থমোইগী অথুপ্পদা লোত্তুনা লৈরিবা করিগুম্বা উবা ফংদ্রবা পুকচেন অমগী থৌঙ্গৈনশিননা মীওইবনা মহৌশাদগী ধর্ম্মনা জয় ওইরগতা পুকনিংদা চুঙাইবা পোকনৈ। ঐখোইনা ম'হাকপু পাপ চেনবনি, অমস্তুং ধর্ম্মগী মনম ফংদ্রবনি হাঙ্গৈদুনা নোকনরিবা মীশিং অদুস্তু ধর্ম্মনা মাঙ্গৈথীবা উরগা মবুকতা রাদবা ওমদে। রারিতাবা, পেনাতাবা মী পুমনমকনা মাসি মুননা খংলিগনি—যুধিষ্ঠিরদগী স্তু ঐখোইগী থোইনা কান্নবা লৈতে, দুর্যোধনদগী স্তু ঐখোইগী থোইনা মহ'ম তাবা লৈতে; তৌইগুম্বস্তুং যুধিষ্ঠিরগী ধর্ম্মনা মাঙ্গৈথীবা হেক তাবা মতমদা ঐখোইনা অখংবা, খংদবা মুপী নহা খাঙ্গৈদনা পুকনিংদা রাদবা ওমদে। মরমদি ধর্ম্মবু মুংশিবা হাঙ্গৈবা অসি মীওইবগী মহৌশাগী ওইবা পুকচেন্নি। অস্তুমনা পেনা ইশৈদস্তু—নোংবাননা ঐখোইগী লৌরী য়ুফম কাদা থোইদোকপা শোকলবা লৈতে। তৌইগুম্বস্তুং খম্বগী ধর্ম্মনা মাঙ্গৈথীবা হেক উবদা ঐখোইনা কপ্পুবা ওমদে। অস্তুমনা ধর্ম্মগী মীচং চংব, ধর্ম্ম চেনবা মীগী নাকনদা চোংবা ধর্ম্মনা মাঙ্গৈথীরগা রাব, ধর্ম্মনা জয় ওইরগা

হৱাউবা অসি ঐখোই মীওইবগী মহৌশানি। মসি লৈবক্তনা মীওইবস্মু মীওইবা হাঙ্গিবনি; নত্রবদি তাইবং মীস্মু মখোং অনি পানবা অঙকপা শা অমা ওইরমগদৌবনি। মী ওইবনা কৌশিংগী অহানবা মঙাল হেক ফংবদগী হৌজিক ফাওবা মপানা মচাদা, ওজানা পোক্রৱাদা গুরুনা শিষ্যদা, ময়াম্মনা মনাওদা অহননা অঙাংদা ৱারী লীবনা ভাবকতা —যথা ধর্ম্ম তথা জয়ঃ— ধর্ম্মনা লেংদবা উপাননি, ধর্ম্মনা মাঙ্গপাকপা অসি মহৌশানি ধর্ম্মলৈবা মফমদা কৃষ্ণ লৈ; কৃষ্ণ লৈবা মফমদা জয় ওইবা অসি মহৌশানি হাঙ্গিদুনা পাউত্তাক পীনরি! মাসি মীওইবগী লল—তোংদা য়েকশ্রবা থাজবা অমনি।

ঐখোইনা অস্মুমনা ধর্ম্মনা মাঙ্গপাকপা পাম্মিদি হাঙ্গিববু তৌইগুম্বস্মুং ধর্ম্মনা জয় ওইবদি খুদক খূদকতা নত্তে— জয়দি ওই তৌইগুম্বস্মুং মমৈদা মতুং কাইনথংদা। ধর্ম্মগী জয় অসিনা খুদক খূদকতা ওইরবদি ফনা পুগোৎ চারমগদৌবনি। হেক হূরানবগা বৃত্তীপাকতা ওস্থরবদি নিংথৌগী তোভানবা কৈশুমশং অমা চংদবা য়াগনি, দান হেক তৌবগা অতিয়াদগী মাহুগী শরুক অনি হেনবা সনা মতুম থাদরকলবদি পৃথিবী অসি সদাব্রতগী শং ওইরমগদৌবনি তৌইগুম্বস্মুং মাহু নত্তে ধর্ম্মনা জয়দি ওই, তৌইগুম্বস্মুং মমৈদা, মতুং কাইনথং- দনি। অস্মুমনা তেংবানবদদি ধর্ম্মগী জয় অসি মফম

অয়াম্বদা উবা ফংদে। অতুম ওইনমক ঐখোইনা হাঈনীংই "যথা ধর্ম্ম তথা জয়" পাপনা মী ওইবগী মিংতা উফুস চাইবা ওম্মি, নিংথৌগী মফমদগী নাম্থোকপস্তু ওম্মি, মী ওইবগী জাৎ পুমনকপুস্তু নমথাক তৌব ওমমি, মাহু অহানবদা মতম খরদনি তৌইগুম্বস্থুং মনৈদা শোঈদনা ধর্ম্মগী লাংদা থুরৈ। ওসি নত্রবস্থু হয়েং হয়েং নত্রবস্থু হুংচিং মাহুদা নত্রবস্থু মনৈদা, মতুং কাইনথদা। মাসি মীনা শেম্বা অচেম্বা ৱাহৈ নত্তে, মী ওইবনা মহৌশাগী নিয়ম মতুং ইননা ফংলকলবা অরিবা ৱাহৈনি মাহু নত্রবদি মাসি মী ওইবগী ৱাখনগী লাংদগী নাম্থোকপ ঙম্মোই দৌবনি। মী ওইবনা মাহাককী মতম কুইনা তানশিল্লকলবা ৱাখল অমস্থুং লৌশিংগী পাঙ্গননা খংবা ওমই পাপনা পাপকী মতিক খোকপা দগুি ফংই হৌজিক নত্রবস্থু হোরেন মতুংদা, কাইনথ দা।

খম্বা খোইবীগী মরু ওইবা ৱাবু মুংশিবগী শাইথেন খম্বা অমস্থুং থোইবীনা মপোক কয়ারকতা তোন্নরকলবা মুংশিনবগী লম্মন খুমনবা লাকনবা—মহৌশাগী হৌনবী কাঈদনা, ধর্ম্মগী লম্বীদা—অচুম্বা, ভক্তি, নিয়ম, মুংশিবা পুকচেন তিংবগী পাম্বৈনা— ধর্ম্ম নত্তনা খংদ্রবা থোংলেন চাউবা, ফৈরোইজাম্বগী পাম্বৈনা, মরকতা নোংবাননা নত্তবা থবক অমস্থুং পাপকী পননা থিংহুনা খম্বগী ধর্ম্মগী

চাং য়েংব—মুংশিনবগী পাঙলনা য়ৈখাঙবগী পন পূমনমক লাস্থোকপা- ধর্ম্মনা জয় ওইবা, জগৎতা ধর্ম্মগী পাঙল উৎপা- যথা ধর্ম্ম তথা জয়। তৌইগুম্বস্মুং খম্বা অমস্মুং নোংবানগী ৱারী তাবা মীনা খংই—ধর্ম্মনা জয় ওই—তৌইগুম্বস্মুং মমৈদা, মতুং কাইনংদা খম্বগী ধর্ম্মগী মপুনশিংগী শরুক অয়াম্বদা ধর্ম্মনা মাঙথীবা উদুনা মপুকনিংদা অৱা মুংশি য়ানবৈ। পূরেনবনা কৈ তরেৎ নমতুনা ফাবা, নিংথৌনা ঙাংখবৈমা পীবা, মথং মথং খমনু অমস্মুং খম্বা পোকপগা, মাচুগা লোইননা খুমনগী ইমুং অতুদা তরুনা ধর্ম্মনা চাং য়েংবা হৌই। খমনুস্মু খম্বগী মতিকচাবা মচেনি। খম্বস্মু খমনুগী মতিক চাবা মপ্নানি। কেপে কপ্পুক চাউই, মোইরাং য়েকনা চাউই— খম্ববু মথেন ফাত্রিবা মথৈ মপান থোকহন্দবা— মজা ইবেম্মা থোইবীনা মতা মিংনাইদবা খমনুগা চান্নবা মতা শান্নবা ষণ শেনভৈদা থোইবীগা উনবা খম্ববু কাপ্পোননা কুপপা পুমনমক অসিগা লোঙনা লোঙননা ধর্ম্মনা জয় ওইরবদি তেংবানবদা ধর্ম্মগী পাউতাক পীবা লাঙরমগদৌবনি। তৌইগুম্বস্মুং ধর্ম্মগী জয় হাঙবা অসিদি খূদক খূদকতা নত্তে—মমৈদা মতুং কাই-নথংদা ৱাথন থেনবা মীতনা ধর্ম্মগী মরীদা চিংনবনি। ধর্ম্মগী জয়না খূদক খূদকতা ফংলবদি ধর্ম্মনা কদাইনো নত্রগা ধর্ম্মগী মগুণনা কদাইমথৈ কাঙদবা হাঙবা অদু ৱাখল চাউবা মী পূমনমকনা থন্দনা য়েংবনা মতিক ওই।

হৈরাঙচৈংগী রা তাও, কাও ফাঙৈগী রা নিংশিংউ। মাহুদগী থক্ষগী চাং য়েংবা হৌরে, থোইবীগী পরিক্ষা হৌরে। মোইরাং খোরী কৈখেনগী মুঙ্গাঙ্গ চেগাঙ্গ মরকত্তা শমুখোংদা য়েংপগী রা তাররদা কনানা কপ্তবা ঙম্বগে? চিঙ্খুবগী ফত্তবা রা তাম্রবা মজা ইবেম্মগী তুম্ন লোইথাবা—পাংতা কুমন্তনা ইনখোনবা, চীংদা কাহুনা শীংজনবা—শল্রিক চনিংখোম্বীনা ওংপা তাররদা কনাগুম্বনা ধর্ম্মনা মাঈথীবা উহুনা পুকনিং লাংতকনবম্ব য়াই। তৌইগুম্বস্থং তংথখো ধর্ম্মনা জয় ওই-বদি মমৈদনি, মতুং কাইনথংদ'ন। রাগম্ব, মজা ইবেম্মা লোইকারে—শিজনা লোইরোই কারকলে' কাকতাগী মুংশিং নামিবা তপনা শিংলু, নিঙোনবু মৌগী শিংদা চনগনি "অধর্ম্ম" গা অমুক খেংনরে। নোংবানগা অমুক মাঈয়োকনরে। কুম্বী তেরাথাদা অমুক নোংবাননা অঙোম পাম্বগী অঙোবা পে থানহুনা ঙাইরি-অমুক চাং য়েংবা। শজিবু কৈগী ময়াদা হুপ্লিনবা!! অম্বমনা ধর্ম্মনা মখোং মরিগী মরকতা নামা তেকহুনা থাংলি। তৌইগুম্বস্থং ধর্ম্মগী জয়দি শোঈদবনি—হৌজিক নত্রবস্থ হোরেন, কমশি নত্রবস্থ নোংমৈ, মমৈদা মতুং কাঈনথংদা। নীংবু নীংলবদি অহুপা নীংবা অহুনবু চেংলবদি ঙমনবা পাম্বৈম্ব লাকই; মুপীগী পাইরককী লৌশিংনা নোংবানবু মাঈথীহললে—মজা ইবেম্মনা লাঙ্গোই শগোল থৌরকলে। অঙোম লৈরকতা চংদ্রে। রারগম্ব হৌজিকতি কৈবাউ লাকলে,

খম্বা নোংবান অনিগী মরকতা মতুং মতুংদা শোকনরকলিবা লুতাইতবা য়েংথীনবগী লানফম অসি হন্দক লোইরগনি। ধর্ম্মনা জয় ওইরগনি— মতুং কাইনথংদা ধর্ম্মনা মাই পাকলগনি। খম্বনা ধর্ম্মগী পরীক্ষা পুমনমক ভুমলে, ধর্ম্মনা জয় ওইরগনি; মৈহুম মোরক থুংলরে, কৈবাউ লাকলে—খম্বা নোংবান: চংলো, মপা থোঁদাং য়েংনরো— ধর্ম্মগী থোঁদাং য়েংনরো তৌইগুম্বসুং অচম্বা কৈ নত্তে। মপোক মপোক নোংবানগী লমন থুমগে লাকনরকখবনি ধর্ম্মগী কৈনি। —ধর্ম্ম কাঙ্গগনু নবুধৌ থাংজিংগী রায়েল য়েংনরো, ধর্ম্ম কাঙ্গগনু— লাইগী কৈনি।— যথা ধর্ম্ম তথা জয়। কংলা পুংজাও থীললে— মোইরাং প্রজা পুমনমক খোইরেস্তাকতা তিললে— খম্বা নোংবান! চংলো। ধর্ম্মগী পরীক্ষা তৌনরো, ধর্ম্মগী চাং য়েংনরো। কৈবু কিদবা কনা থাওবগে? কোংয়াম্বনা থৈ, তৌইগুম্বসুং কৈনা থিত্তনা উনে। খম্বনা থি, কৈনা থৈহনা চেনলি। ধর্ম্ম মমাংদা উনব ভুমদে। ধর্ম্ম চেনবগী ওম্মোকপা পুকচেননি। নোংবাননা খম্বনা কৈথেংনসনু খম্বনা হাননা শিশনু কৈগী পাঙ্গল নৈথেকশনু হাঙ্গহুনা থুভম য়েংই। খম্বনা কদি খললি—ইতাও শোককনি, ঐনা হাননা থেংনগে। মীচা শিশনু নীংলগা ইচা হাননা শিই খম্বা ধর্ম্মগী জয়দি শোঙ্গদবনি— রারকপা কুইরে অমুক রারগনু, যথা ধর্ম্ম তথা জয়। ধর্ম্ম কাঙ্গরগনু— নোংবানগা পাম্বাগা থেংনরে।

চংও, নতাওগী তাবাংও! কন্দবা, পাংদবা নোংবান নত্তে। কৈগা মতিক থোকপা লানফম থেংনরে। মোইরাংসু খমোই পান্দবা জাং নংতে, লৈবাক মচাশা, চৌজিক্কি নাংক নমতুনা চংলো', মোইরাংচাসু মাংফদে, খুমনচাসু শিফদে। অরাবদি— খম্বগা থেংনরুবদদি নোংবানদি লোইরমলে। খম্বনা পাম্বা কৈ অতুবু তানথোকতুনা মতাওবু তম্পাকতা পমথংলে। নোংবাননা খম্বদা মাহাককী অরানবা পুমনমক ডাকপিয় হাঈহুনা নিজরকই। ইতাও কৈগী হুনা নতাওগী থব্রাই থাবা তারে; ঈশিং খুজোক অমতং থকপা যংলবদি শিরবসু হুণ্ডাইগদোবনি; তৌই-গুম্বসুং ইতাও! শামুখোং যেৎপা, কাও ফাইভেগী রা খল্লুন্দা নোংবননা খম্বদগী ঈশিং ফংফম থোকতে। অসি তারবতদা পুমনমকনা নোংবানবু মুংশিবা ঙমমে— মরমদি নোংবানগী মরান চুমমে ধর্ম্মগী মুংশিবা থংলে। খলবসু থংদেবসু ধর্ম্মবু মুংশিবা হাইবা অসি মী ওইবগী মহৌশাগী ওইবা পুবচেননি। অঙোম মচা অথৌবা রাগম্ব— খম্বসু ধর্ম্মবু কিবা মীনি। থব্রাই পেননা ঈশিংগী খুজোক থকলো। অম্মুংনা লৈবাক মীয়াম চংতুনা নোংবানবু লাঈকননরে। খুমন অমুদোন নোংয়াই শাজৌবা! চংলো। পুকচেল চাউবা মোইরাং সোভানা খাম্বদি চুমই- মোইরাংগী মাঈরোং শনিবু কোরৌ শীংবুম অমতদা মাংমিল্লগদোবদি কল্লকই। তৌইগুম্বসুং পৃথিবীনা ধর্ম্মগী জয়গী মরমদা চিংনরগনি।

নবাই তাবাংবা য়াগম্ৰ। চংলো হন্দক য়েংলশি— যথা ধর্ম্ম তথা জয়। মাহুনস্ৰু ওকত্ৰি, ধৰ্ম্মগী মগুণ চাউহললু। মো'রাং খোংলেন অথৌবা! খোঙ্গেন ব্ৰাংনা লাও— "হা নোংয়াই শাজৌবা! নপা ইতাও পুরেনবদি কৈ ওংদে নমতুনা ফাই। নংদি কে মচা অমতং ফাবদা খুংলাই পাইরিব্ৰা।" খোংলেননা হাঙ্গৈবস্ৰু লানদে মচাগী মগুণ চাওখংহননিংবা অসি মহৌশানি। নোংবান চাউবনা চোংথোকই— পারি ইবুংঙো! নপাগী ব্ৰা তারুগম্ৰ, কনানা কৈবু চংনা নমতুনা ফাবা ওম্বগে? চাওবনা হাঙ্গৈবস্ৰু চুপই, চুংশিবা মীবু কনানা মাংহননিংবা য়াওবগে? থম্বা খোংলেনগী ব্ৰা তাও! ধৰ্ম্মগী মগুণ চাউহললু! ধৰ্ম্মনা নংগী খূলাইনি, কিগম্ৰ "যথা ধৰ্ম্ম তথা জয়"। থম্বা চলে, পাম্বাকৈ অহু পনগী অকোইবা থুংনা চেললে ধৰ্ম্মগী মাংদা কনানা খাংগনি— থম্বনা কৈ নমলে; মবাই ফৈরোইজাম্বা, চংলো, নশেনগী তাবাংও। মোইরাং নিংথৌ পুরিক লাই, মনাও ইবুংঙো যুবরাজ মজা ইবেম্মা কংলো, থম্বন জয় ওইরে। ধৰ্ম্মনা জয় ওইরে।

অসি য়ৌরবতদা পেনাগী ভাবক পুনমকনা চুংশা শোর হনখৈ। অস্ৰুপ কুইবা অসি ধৰ্ম্ম নতুবদা চৎলকলে, মতুং কাইনথং অসিদা মংগাককী পাপকী মতিক ওকপা মহৈ চাবা উরবতদা খুইনা পেম্লরি। থম্বদা মাহাককী মতিক চাবগী

মনাগী মশক ওইনা "মোইরাং থোইবী" পীবা থোংলেম্না থোইবী ময়োল ময়োল তানবা, মাহাকনা নীংবা থুংত্রিবমথৈ মনা নীবা পূমনমক তারবত্তদা ভাবোকশিংনা অৱাবা— মতম কুইনা তাবদা মুংঙাইরক্কনবা পূমনমক কোকনৈ। ধর্ম্মচেনবশিংগী থবোক হাঙ্গৈবা অসি ওম্থোকপনি। অস্মমনা নোংবান মাংখ্রবদা খম্বনা মুঙাইবা ওমদে। নোংবানগী "মচন" তালোই মঙানা মপুরোইবগী লমন খূমগে লাকপা উবদা খম্বনা মিৎলুদা পি শিম্বদবা ওমদে। মাসি য়ৌরবদা খম্বা অমস্থং নোংবানগী মরমদা—যথা ধর্ম্ম তথা জয়—ধর্ম্মনা জয় ওই ধর্ম্মনা লেংদবা উপাননি হাঙ্গৈবা অত্ত থংহুনা মীনা ধর্ম্মবু থবোইগী লাইশংদা ঈরাৎলি। মাসি পৃথিবীগী মুঙাইবনি অমাংবা নাইদবা মুঙ ইবনি। মাত্থুদগী হেন্না মুঙাইবা অমস্থং হেননা অচংবা থৃভমদি ঐথোক হিন্দুগীদি লাইরৈবাক্কনি। খম্বা নোংবানগী রাতস্থ নত্তে, কৌরব পাণ্ডবতস্থ নত্তে ঐথোই হিন্দু পূমনমকনা অমুক হেননা মুঙাইবা রাথন তৌহুনা তেংবান বগী ঈপাক অসি লাম্থোকপা ওমনরি; মপিগী নীংথিবা, ফজবা, মুঙাইবা, অচংবা পূমনমক স্বর্গগী থাকতুনা থমলি — যথা ধর্ম্ম তথা জয়। ধর্ম্মগী মরীদা হিন্দুনা রাৎপা লৈবরা?

---

# হরিশ্চন্দ্র অমস্থুং শৈব্যা।

হরিশ্চন্দ্র মহারাজ অমস্থুং শৈব্যা মহারাণীগী ৱারী ভারবদি মাত্থনা ঐখোইদা ৱারীগী ওইথোক্তবা মুঙাইবা পীবি হাঙবদা নত্তনা পীনহৈবা, ৱাশক চেংপা অমস্থুং মপুরোইবা মীংবগী অঙকপা খুদম্নসিংবা উংত্থনা ঐখোইবু মীওইবগী লম্বীদা অমুক চংশিন্নবা পাউতাক পীবিই। ভারতকী মুমিংকী মশক ওইরবা কবি বাল্মীকিগী অমৃতগী মশক ওইরবা কলমদগী চেন্থরকত্থনা মাসিনা ভারতকী অমস্থুং ভারত্ত লৈবা মীশিংগী অত্থদগী হেন্দোকত্থনা ভারতকী লাপ্পবা চিদাই অসি ফাওবদা কদাইমথৈ কান্নবা তৌবিবা অমস্থুং কদাইমথৈ লানথিবা ঙম্বা হাঙবা অত্থ ৱাথল চাউবা মী পুন্নমকনা থংই। বাল্মীকিগী হরিশ্চন্দ্র নিংথৌগী পীনবদা হালেংদবা, অঙকপগী মশক ওইবা ৱাশক চেংপা, শৈব্যা মহারাণীগী ওইথোক্তবা মপুরোইবা নিংবগী ৱারী অসি তেংবানবদা অমস্থুং তেংবানবা অপুম্বগী সাহিত্য লাইরিকতম্থ অতাংবনি।

মহারাজ হরিশ্চন্দ্র হাঙবা অসি অযোধ্যা লৈবাকী নিংথৌনি, মহাকী ওইথোক্তবা পীনহৈবা অমস্থুং ৱাশক চেংপগীদমক চারত্তা মখিং চংলমঈ। করিগুম্বা মরম অমগগী বিশ্বামিত্র

মুনিনা অশাওবা পোকতুনা হরিশ্চন্দ্রদা সনা কোমুংগা লোইনবা লৈবাক অপুম্বা নিরমঈ; পাম্মুবা লৈরবা নিংথৌনা মুনিদা মপুকনিংদা অমকপা লৈতনা লৈবাক অপুম্বা কথোক্লে। কৎপা লোইরবদা মুনিনা দক্ষিনা নিরকলে। তৌইগুম্বসুং হৌজিক্তি হরিশ্চন্দ্রগীনি হাঈনভাই পোৎ লৈৱে। মরম অদুনা মুনিদা থা অমগী মতম নিরদুনা কোমুং মমুংদা মহারাণীদা তমাগে হাঈদুনা চংশক্লে। ওস্তোকপনি! মিকুপ মঙদংগী মমংদা অযোধ্যাগী নিংথৌরেননি হাঈদুনা নিংথৌরেনগী সিংহাসন্দা ফম্লম্লিবা হরিশ্চন্দ্রনা হৌজিক চম্বেন্দা চৎপা চাক্লিবদগীসু হেন্না তোল্লে; হরিশ্চন্দ্র হাঈনিভাই লৈত্রে। তেংবনবদা মপুরোইবা হাঈবা অসি নুপীগী লাইনি; মপুরোইবগী ধর্ম্মগী খুদুংইনবা অমসুং মপুরোইবগী ধর্ম্মগী লীচৎ পুমনমক্তা তেংবাংবা হাঈবা অসি নুপীগী তৌগদৌবা মকনি হাঈবা অসি শৈব্যা মহারাণীনা ঐথোইগী ইমাংদা অরাবা খুদম অমা উংতুনা থম্বিরমলে। শৈব্যা মহারাণীনা পুকনিং অরাবা লৈতনা মপুরোইবগী ধর্ম্মগী থাক্তা রাশক ভাকপগী থবক্তা মপুরোইববু থৌগৎতুনা নুপীগী হৌনবী ভাকে হাঈদুনা লেপ্লে। নিংথৌ মহারাণী অনিমক মচা রোহিতাশ্ববু পুরদুনা বারানসী তমনা শান্দোরকলে। মকম অদুদা মুনিনা হননা হননা দক্ষিনা ভাক্লবদা হরিশ্চন্দ্রগী তৌনভাই লৈতবা মতৌ উরবদা শৈব্যা মহারাণীনা হাঈরকই "মহারাজ! নুপী হাঈবা অসিদি মপুরোইবগী নুভাই য়াইকবগী শরুক ফংবদা নত্তনা অরাবগী শরুক ফংকম

থোকই ; মহারাজনা ননাই ঐহাকপু য়োনবিরগা ঋংবা :শল অতুনা মুনিগী দক্ষিনা কৎপিখো। মপুরোইবগী মুঙাইবদা হয়াওবা অরাবদা অরাবগী শরুক য়াওবনা মুপা ঐখোইগী মুঙাইবনি।" হরিশ্চন্দ্রনা মাত্ব তারবদা অরাবগী ঈচেল অত খাম্বা ঙমদতুন' মিৎলু অনিদা শিঙ্গরকঈ অমসুং সঙ্গোইংনা কীঙ্গ-রক্তুনা ননবগুম্বা অরাবা রাইে অতু তারতুনা পুকনিংদা অরাবগী মৈনা চাকলবসু অতোপ্পা পাৈ অমা লৈত্রবা মরমনা ধর্ম্মগীদমক রাশক ঙাকনবগীদমক পীনহৈবগী নিংথিব' থুগম তেংবানবদা উৎনবগীদমক মথরাইদগী হেননা মুংশিরবী মহারাণীবু কাশীগী ব্রাহ্মণ অমদা য়োললে। মাতুনসু মুনিগী দক্ষিনা কোম্লদতুনা মশামকপু পোৎলোইফমগী চণ্ডাল অমদা য়োংলুনা দক্ষিনা কংথি। পীনহৈবগী অংকপ' থুদমনি।

অসুমনা শৈব্যানা বামোনগী ময়ুমদা মীনাই মুপাগী থবক তৌতুনা লৈখি ; হরিশ্চন্দ্রনা গঙ্গাগী তোর্ব্বানদা পোৎ-লোইবগী থবক তৌতুনা লৈরে। মতম খরা হৌখ্রবদা নোংমা রোহিতাশ্বনা ব্রাহ্মণ অতুগী লৈ থিনবগীদমক উমদা চংখিরম্মী। খংহৌদনা রোহিতাশ্বদু লিন অমনা চিকতুনা শিরে। ওন্থোক-পনি। অসুমনা অরাবদা তাতনা লৈরবা অসিদা মচাগী নিংথিবা মাইথোং অতু উতুনা অরাবা কোঙ্গাই অমা কাওনরম্মী ; মতুংদা অরাবগী মৈনা মৈরি চামা থোকনা চাকলবসু মুংশিরবা মচা অমতং মপুরোইবগী মুংশিদগী থূদম ওইনা লৈবতনা অরাবগী

মৈ অহু লেম্নরম্মী। অহুগুম্বা মচা অহুবুসু লাইনা লৌশিন-বিথ্রবদা শৈব্যাগী থমোইদা করম্না অরাবগী ঈচেল অহু খাম্বা ঙমত্রবা ঈরৈগা লোইননা চেন্নিগত্রা হাঈবা অহু হাঈহুনবু অরেম্বনি। শৈব্যানা মচাবু কোল্লহনা অরা তেংথারোন শকপা অহু তারবদি কল্লবা মুং য়ৌনা পেংকনি। ওহ্নোকপনি! অরাবা হাঈবা অসি বিধিগী হৌনবী মতুংইন্না নাইতোম লাকতে। মপুবোইবা খাইনবগী মৈ মুত্রিভৈদা মচা কাঈনবগী অরাবা লাকতুনা তিল্লরে। মুপী ওহবগী মপোক্তা অসিদগী হেন্না রাবা অমুক করি লেরিবগে? শৈব্যানা রাবনা অচুমবনি। রোহিতাশ্ববু চিকপা লিল অহুমকনা চিকতুনা শিগনি হাঈহনসু শৈব্যানা মথরাই পাম্মুবা লৈরোই করিনা— অসিগুম্বা অরাবদা তাহুনা লৈরিবা মুপীনা মথরাইদগী হেন্না মুংশিরবা মচা কাইনবা তারবদা য়ারবদি চংশিন্দুনা শিববু কোন্নিংদবা কনা য়াওবগে? শৈব্যানা কপ্পদা অরানবা লৈতে। লৈপাক অনগী মবেম্মা ওইহনা লৈরম্লিবা, নোংমতং খুয়া লৈপাক তাবদা তিংখং নেংপঙম খল্লমলিবা, অয়ুক্পী মেংলবা মুমিংকী মভান্না য়ৌবদা লৈরাংগুমনা থোংলগা মাঈথোং অহদা হুমাংগী মরিকনা শিন্থবা শৈব্যা মহারাণীগী রাজি থমখ্রো; অসিগুমনা মপুরোইবা খাইনবগী অরাবা ঈচেননা থুম্মাংতুনা লৈরিভৈ মতম অসিদা অমুক মচা খাইনবগী অরাবা ঈচেন অমসু লাকতুনা তিল্লরবদা, করম্বা মুপীগী অথোংপা থমোইনা থাংবা ঙমগনি? সনজ্জীং নিংথাইহুনা

নন্দুনা শিরবদি শৈব্যাগী সুভাইবা নত্তনা অরাবা ওইরোই। অরাবগী ঈপাকতা তারবদা মাচুদগী হেন্না রাবা অমা নত্তনা অরাবা কোকপিনিভাই লৈতে। পৃথিবীনা চামা খোকনা চেকখাইদুনা শৈব্যাবু লৌশিনবিরবদা শৈব্যাগী সুভাইবা নত্তনা অরাবা ওইরোই। মরমদি— অস্নুমনা অরাবদা তারবদা মীওইবনা শিববু কৌবা নত্তনা, শিবগী সুভাইবা রাগল তৌবা নত্তনা করমনা অরাবগী মৈনা চাকলবা থমোইবু ঈংহনবা ঙম্বগে ?

অস্নুমনা মতম থরা তেংথারগা মহারাণী শৈব্যানা ব্রাহ্মণগী য়াথং মতুং ইননা বারানসীগী পোংলোইফম গঙ্গাগী তোর্ব্বান তাননা চৎথিরম্মী। লাইগী নোংদম হাঈবা অসি অঙকপনি। —হরিশ্চন্দ্রস্ম শৈব্যানা তমলকপিবা তোর্ব্বান অদুদা লৈরমলে। শৈব্যানা হরিশ্চন্দ্রদা মচাগী সংস্কারগী দমক হন্না হন্না হাঈজরকই। অনস্নুং মরক সবকতা মচা রোহিতাশ্ব অমস্নুং মপুরোইববু কৌরদুনা কপ্পা তাবদা গঙ্গামক্ত ঈচেন হঙ্গৎনা চেনখিঈ। অসি পুমনমক তারবদা হরিশ্চচন্দ্র নিংথৌনা মমাংগী রারী পুমনমক মথং মথং নিংশিংলকতুনা শৈব্যাবু খংবা ঙমলে নিংথৌ মহারাণী অনিমক মফম অদুদা মতম থরা কপমিন্নরবা মতুংদা মচাগী শীং অদুদা শিন্নিগনি হাঈদুনা লেপনরে।

ভাইখো, হরিশ্চন্দ্র মহারাজ র শক চেৎপগী, পুকচেননাবা ৈচতনা দান তৌবগী চাংয়েংবা অসিদা লোমলে। মীগী মতম

হাঙ্গৈবা অসি মান্নবা চত্তে ; অমুক খ্বাবা অমুক মুঙাইবা মীগী পথাপনি। ঙাইথো, ধর্ম্মনা জয় ওই হাঙ্গৈবা অসিনা চু-লবদি মাহুগী মতিক চ'বা মত' ওইরকলে তেংবানবদা পীনহৈবনা করিগুম্বা কান্নবা কৈরবদি মাহু উৎনবা মতম ওইরকলে। খ্বাশক ঙাকপা ঙম্বগী, পীনহৈবগী ওইথোক্কব' মশাগী কান্নবা, মশাগী ওইজবা মশাগী মুঙাইবা শ'দোকপা ঙম্বগী চাংয়েংবা অসিদা লোইরে। ঙাইথো, মুংশিরবা নচা রোহিত শ্ব শিরোই। মতমগ অকিবগী মশক ওইরবা পাঙ্গল অড ধর্ম্মগী মকমদদি ক'ম্নরোই। হিংলি'ঙদসু পৃথিবীগী মুঙাই যাইফবা অপূম্বনা মহারজবু ঙাইদুনা লৈবি; শিরবসু লাইরৈবাককী স্বর্গগী মুংঙাইবা অপূম্বা মহাবাজগী থাকতুনা থগলি।

অমুম তৌরিঙৈগী মতম অসিদা বিশ্বামিত্র মুনিনা হরিশ্চন্দ্র মহারাজগী খূজেং পাইদুনা থামলে। মচা রোহিতাশ্ববু মুনিগী লাইগী মশক ওইরবা মন্ত্রগী পাঙ্গলনা হিংহনহন্দুনা হাঙ্গৈরকই, "মহারাজ ঙসি পীনহৈবগী, খ্বাশক চেৎপগী চাংয়েংবা লোইরে; অযোধ্যাদা অমুক লেংদুনা সমজ্রুনা কেঙ্গৈরবী পৃথিবীগী নিংথৌ ওইদুনা পানবিরুরো। হরিশ্চন্দ্র মহারাজ! মহার'জগুমনা পীনহৈবা নিংথৌদি মযাংদসু থোক'খ্রি, মতুংদসু ল কল্লরোই। ঙসি মাহুগী চাংয়েংবা লোইরে। পুকনিংদা মাহুগী অওইবা থংলে; লাইনা শিল্লকপা থবক পুমনমক মতোল লোমলে, অযোধ্যাদা লেংবিরো।"

---

# থৌজান।

মীওইবা হাঙ্গবা অসিমক্তবু মহৌশানা মশাগী কান্নবা থিবা জীবনি। মাহাকনা মশাগী নত্তনা অতৈ খংদে, মশাগী নত্তনা অতৈগী মন্না থিকুবা ঙমদে। মাসিদা মহাককী দোষস্থু লৈতে; মরমদি মশাগী কান্নবা থিবা হাঙ্গবা অসি জীব পৃমনমককীমক থাদোকপা য়াদ্রবা ধর্ম্মনি। মাসি মীওইবগী মতৌওমনা জীব অতৈগীস্থু লৈবা ঙাক্তনি। মশাগী কান্নবা ন্নাথনবু থাদোকলবদি মাহাককী চংনফম লৈতে। তৌইগুম্বস্থুং মী ওইবদি মশাগী ন্নাথনগা লোইন লোইননা মীগীদমকস্থ কথোই অহেন নাইনা খঙলি। মাসি মীওইবদা মহৌশানা পীবিরমলবা লননি। নংনা মীগী শরুক অত্ নমহুনা চারবদি মাহ থৌজানগী থবক নংতে; নারককী কৈস্থ লামলবদি অত্মমনা তৌই। তৌইগুম্বস্থুং নংনা নংগী চানবা অত্মকতগী নঙোন্দগী হেন্না লামলবা কনাগুম্বা অমদা পীজহুনা নশানা খরা অন্নাবা থাংলবদি নহাক থৌজান হৈবা মীনি। নংনা নশাগী অন্না হুঙাইবগী লম্বীদা চংতুনা নশাগীদমক কপলিবা, নশাগীদমক নোকলিবা অত্ থৌজান নত্তে। মাহুদি তেংবানবদা লেংলপালিবা জীব লিশিং লিশিংনা মশাগী হুঙাইবা থিবদা থন্নাই মাংনরিবশিং শত্গী মরকতা নহাকস্থু অমনি হাঙ্গবা থংনবতনি।

তৌইগুম্বস্নুং নহাকনা মীগী মুচাইনবগীদমক নশাগী কোঙ্গাই অমা থাদোকতুনা মীগীদমক কম্মিরবা, মীগীদমক নোকপিরবদি নহাক থৌজান হৈবনি হাঙ্গৈতুনা থাগৎনবা য়াই। মীওইবগী জীব অতৈগা থেম্নবদি অসিদনি। অওইবমক মীওইবনা জীব অতৈ অতৈদগী হেন্দোকলিবা পূকচেন পূমনমককী মরকতা থৌজান হাঙ্গৈবা অসি অপোইবা অমনি। ঐবু মুংশিবা মী অতুবু ঐনা মুংশিব ঙমই। ঐগী ইচা, ঐগী ইপা ইমাবু ঐনা মুংশি, তৌইগুম্বস্নুং ঐনা অতু নত্তবা অতৈবুদি করিগী মুংশিরুগনি? মশক ফজবা, মগুণ চেনবা মীবু নংনা লুনা তৌই; তৌইগুম্বস্নুং মিংকী, পূকনিংগী শুদ্ধংনবা করিস্নু লৈতবা মফম অতুদা ননা মুশিরুবা ঙম্বা? মচৎ ফজবা, মরল মথুম লৈবা মী অতুদা লৈহিথিবা থৌইমুঙমনা মীনা কুম্বী কালেন খাঙ্গৈদনা ইল্লি; তৌইগুম্বস্নুং শোকনি দ্রবা, অরাবগী ঈপাকতগী মকোক থাঙ্গৎনবা উপায় লৈত্রবা মী অতুদা কনানা মুংশিবগী চীরোল তৌরুবা ঙম্বগে?

থৌজানগী থবককা মিংচৎ পাম্বগী থবককস্নু থেন্নবা লৈ। মবমাদ মিংচৎ পাম্ব হাঙ্গৈবা অসিদি মশাগী ওইজবত্তা থিবা মী থবদংগী ধর্ম্মনি; অতুগা থৌজান হাঙ্গৈবা অসিনা তেংবানবগী অচৌ অপিক খাঙ্গৈত্রবা মী পূমনমক্কী ধর্ম্মনি। ঐখোইনা থৌজানগী অওইবা মরম থিগে হাঙ্গৈরবদা থরদং কাখৎতুনা য়েংদবা য়াদে। পীনহৈবগী অহৌবা

পুখোল তারগা ঐখোইনা থকৎনিংদে। মরমদি পীনবগী
মুংশিবা খোঞ্জেল য়াওবনা খোঞ্জেল অছুনা মীগী পুকনিং
শুম্বৎপমথৈ ওমই; তৌইগুম্বমুং মাহুদা অরাবদা তারবা
মীগী অরাবা কোকনবা মুংশিবা খোঞ্জেল য়াওবরা অমমুং
খোঞ্জেল অছু থমোইগী খোংলিদগী থাঙ্গেশেংনা খোকলকপা
মক্লা হাঙ্গৈহুনা য়েংনিংই; নত্রবদি মাহু থাগৎনফম য়ৌরব-
মকম খৌজানগী থাঙ্গৈ শেংবা থবক নত্তে। অখোৎপা
রাহৈ অনি মরিদং তারগা, মরম লৈতবা মিৎকী পি
উরগা অমদি অর্থ য়াওদবা মুংশা শোর মপী তারগম
ঐখোইনা মিপাইরুবা ওমদে। মহাক্কী মুংশি হৈবগী মতৌ
অছু উরগা ঐখোইনা থাগত্তবদি ওমদে। তৌইগুম্বমুং
মীগী অরাবা উরগা মহাককী থমোইদা লোৎতুনা লৈরিবা
খৌজালগী অওইবা রাখল অছু ফোংদোকপরা মহাককী
থরাই অছু মাগী অরাবমক্তুনা মরাঙ্গৈ লুকপরা হাঙ্গৈহুনা
ঐখোইনা য়েংনিংঙি। নত্রবদি মাহুনা তাইবং মীনোক
চংগদোবগীদি কোকইদি হাঙ্গৈবু মাহু খৌজানগী থাঙ্গৈশেংবা
থবক্তি নত্তে। পীরগতা পীনহৈবা কপ্পগতা মুংশিহৈবা
হাঙ্গৈবমু ঐখোইনা য়ানিদে। খোইহৈনবা তাল্লিবী শানৌ-
শিংনা শকয়েং মিংশেন্দা মশাগী নিংথিজবতা চেপনা চেপনা
য়েংবগুমনা, থাবন ফরবা অহিংনা মশাগী মুত্তাইবদা
মশানা নোকচবগুমনা, নারককী মুংশিংনা মশাগী রাবদা
মশানা কপচবগুমনা খৌজাল হৈবা মীনা মশাগী রাখস্তদা

মশা লুপতুনা লৈ। কনানা করি হাঈগনি ——— থাগংকত্রা, মিংদা থীগত্রা হাঈবদা মাথোইনা থৌশারুবা তৌদে। তাইবং মীনোক, মীনা ইকাই খুম্নবা, অর্বাবা মুত্তাইবা পূমনমক অসি মাঙোন্দদি ক্ককপা থোংবদগী হেন্না নিংঙ্বা তৌদে। মপান্দা ফনা কনবা মী ওইতুনম্ন মাহাককী থমোইদি কালেনগী .লৈনা শংপা লৈরাংগুম্বনি মাহাককী রাখন্দি তেংবানবগী কান্নবগী মশকনি। ধর্ম্মু হাঈবা অসি মাঙোন্দদি থোইনা লুবা ন.ত্র । লৈপাক লৈমা অসি মাহাককী থুয়াগী উফুল তাবা মরমনা মী-ওইবনা লৈবদা মতিক চাবা লম ওইরিবনি, নত্রবদি মাসি নরককী মশক ওইগদৌবনি। মাহাকনা ঙাংবা মরমনা মীওইবগী লোন অসিনা অরা মুত্তাইবগী মতমদা মীওইবগী থরাইবু ইংহল্লি; নিংবা কাঈবা মতমদা অনৌবা আশা পীবিরি। অদু নত্রবদি মুংশিনবা লৈত্রবা লমদম অসিনা হিংতুনা পানবা য়ারোইদৌরনি। অওইবমক থৌজাল হাঈবা অসিদি মশাগী ওইজবগা মরী থেকপা লৈতে। মিংচৎ, ইকাই খুমনবা হাঈবা অসিদি মাহকনা তৌরগা থৌজানগী থবক অদুগী মতুং ইনরনি। লুবাক্তা হান্না কেতুকীবু মিৎনা উবমক ফংত্রবসু মাগী মুংশিবা মনম অদু ফাওই। ওলাংথাদা তোর্ব্বান্দা ফম্বদা মুংশিৎনা শিৎপসু উদে; ঈরৈদা ঈথককী জগোই, উনানা লেংবা য়ৌনা উবা ফংদে; তৌইগুমবসুং নামিবা মুংশিৎ অদুনা য়ৈরবদি হকচাংদা

অইংবা পোকই; থোজাল হাঙ্গবা অসিস্থ অতুগুম্বনি। কনাগী থৌঙ্গনশিন য়াংদনা, মশাগী কান্নবগী পাওতাক লৌকদনা, অব্রাবগী স্বরাবা হেক উবদা, অনংবগী অনংবা হেক থেংনবদা থোজানন মীওইবগী থমোইগী লোকতগী চেন্থরকই :গ মুখীগী মচিন্দগী গঙ্গাগী তোরৈনা হুম্থ-বক্লংদা লমখাংদা যমুনা, সরস্বতীনচিংব তুরেনগা তিন্নহুনা ঈরেন ফাবগুমনা থোজানস্থ মীওইবগী থমোইগী লোকতগী চেন্থবকহুন মমৈদা স্নু শিবা ভক্তিনচিংবং তিন্নহুনা তেংবান-বগী স্নুংশিবগী ঈপাকতা তাবৈ। তওইবমক মাগী ঈরৈ, ঈচেন, ঈথিন ফংবতনা তাইবংপানবদা মীওইবনা পানবা য়াবনি।

অব্রাবা মীগী অব্রাবা তেংথারেন তাবগ থোজানগী মিংলুদা পিগা চহুম শিন্থবা উই; অনংবা মীগী অনংবা মতৌ অহু উবগস্থ থৌজানগী থম্মোইদা অব্রাবা পোক্রবা ওমদে হাঙ্গবস্থ চুমনি। তৌইগুম্বস্থং তহু ওইরবদি থোজানগী পুকচেন অসিনা মী স্নুংঙাইবা, মীগী অক্ষবা উরগা স্নুংঙাইতবরা, কল্লকউবরা নিহৌরুবরা হাঙ্গবস্থ য়াই। মাহু নত্তে। মাহু তৌরবদি থোজাননা মশাবু অরানবা শীংদা চল্লি: কপ্পতনা থোজানগী মশিল্পি হাঙ্গবা চুমদে, থোজানস্থ স্নুংঙাইবা হৈ। মীগী স্নুংঙাইবা উরগা থোজানগী থমোইস্থ স্নুংঙাইবা মবা ফল্লি অমস্থং মপা চাবা য়েংহুনা ব্রাহ্মে অনি মরিদং ঙাংহুনা মীগী পূকনিং থোপং-

পম্নু হৈ। অদুগা মাসিগা অকনবগী পুকচেনগা মরী থোকপা লৈতে হাঙৈবস্নু লাল্লি ; কপ্পা হাঙৈবা অসি মুপীগী ধর্ম্মনি হাঙৈবা অসি য়ানিংদে ; মাসি ঐখোই মীনা খংজবস্নু পৃথিবীগী মমাংগী য়ারিগী লাইরিক অপুম্বনা সাক্ষী ওইরি। মরৈবাক মুংশিরবা রাণা প্রতাপসিংহনা চিতোরদা মুসলমানগী লানগম ফীরান থেংপা উরগা খংহোদনা মিত্তগী পি শিন্থখি। তৌইগুম্বমুং প্রতাপকী থমোইদদি অকনবগী মৈনা চাকতুনা লৈ, মরৈপাককী অরাবা মতৌ অড উরগা মহাকনা থৌজানগী পি শিন্থদবা ওমদে। লানদা মাইথীরবা পুরু নিংথৌনা আলেকজেন্দারগী মমাংদা নিংথৌগী মতিক ওকপা নাপল তৌরবদা আলেকজেন্দারনা অতৈ পুমনমক তোকতুনা থৌজানগী থবক তৌদবা ওমদে। অওইবমক অকনবগী থমোইস্নু থৌজাননা মপুং ফাহল্লি অথৌবগী মিংকা পিনা চোঙ্গিবা লৈবাক অতুদি অমরোমদা ফনা চাওখৎতুনস্নু মাহাককী করি মুংওাইফম লৈবগে ?

থন্দনা য়েংলুরবদি পৃথিবীগী ধর্ম্ম অপুম্বগী মরু ওইবা মস্ত্রস্নু থৌজাল্লি। খ্রীষ্ট ধর্ম্মগী অচৌবা গুরু পুমনমকনা অতৈ অমমক য়াজ্রবস্নু থৌজানগী অমৃত থকতুনা মীগীদমক কল্লিবা মীগীদমক নোকপিবা অসি মীওইবগী মপোক অসিদা মিংনা উবা স্বর্গনি হাঙৈরি। অসিগুমতুনা পৃথিদা মমিং চংলবা বৌদ্ধ ধর্ম্মস্নু থৌজানগী মথকতা ওাক্তনি। ঐখোইগী ধর্ম্মগী থৌরম পুমনমকস্নু অয়াম্বদি থৌজালগী মথক্তনি। অওইবমক

থৌজানগী থবক অসি লৈত্রবদা পৃথিবী অসি মীওইবনা লৈবদা মতিক চারোইদৌবনি। ধর্ম্মচেনবা ধর্ম্ম খংবা মী পূমনমককী অশিংবা লৌশিং অওকপা মতিক মগুণ অপুন্বা অসি থৌজানগা তিন্নরুবা ঘরমতনা অহিংগী থাবনগুমনা জীবগী অন্নাবা কোকহনহনা অয়ানবা খুভম ফংনবগী লম্বীদা চিংশিনবিরিবনি।

---

# মোইরাং থোইবী।

মো রাং থোইবী হাঙবা অসি মৈ:ত ব্রাহৈদা, মৈ:তৃ ইশৈদা তুংদা লাককদৌরিবা মৈতৈ লাইরিকতা লৈথেং অমনি। ফজবগী পান্দমনবদা মোইরাং থোইবীগুম্মি হাঙ-রগা মৈতৈ গুপীগী পুকনিংদা মুংওাইবা পোকনরি। মরমদি ঐথোইন, তাই, মোইরাং থোইবী হাঙবা অসি ফজবগী ফিদমনফমনি। অন্নবা ইশিংদা শাংপা থম্বাল চাঙবা অসি মীগী পুকনিং হূনবগী মশকনি। মতম অতুগী কেগে মোইরাংদা শাংখিবা লৈরাং অতম্ব অতু মওাই। অতুনা মহাক্তি থম্বাল মানবী সনানি। মাসিম্মু থোংলি, মাসিম্মু নৌই; মাসিম্মু নিংথিজৈ মাসিম্মু ফজৈ। গুপী হাঙবা

অসিমক্তবু লৈরাংগা পান্দমনৈ। তোইশুম্বস্তুং লৈরাং পূমনমক মান্নবা নত্তে—কনানা গোলাপনি, কনানা লৈহাউনি, কনানা মালিকানি, কনানা মালতীনি, কনানা কেতুকিনি, কনানা থম্বালনি। মাসিদা মাগী অপাম পামদা খেন্নবদি লৈ। তোইশুম্বস্তুং লৈরাংগী থোইদোকপা গুণ অমা লৈ—লৈ হাঙ্গবা অসিমকবু অথোৎপগী মপুনি। মচা ইবেম্মস্তু অত্থু মঙাই। খুংখিল লৈথখ্রবা হুমিৎকী মশেক খরদং লাংবদা "থম্বাল মানবী মাঙ্গিথোংদা থুনা চংশৌ লাংঙি।" থম্বগী থোংগান্দা হৌবদা নাচোম নাইন কোমহুনা লৈপাক্তা তাই। মাসি চপীগী হৌনবা অথোৎপনি; তোইশুম্বস্তুং নিংথৌগী মচা অমতা পোকপী থাদোইগী য়ানা অমনি। অহুনা মৈতৈ চংশেদা "নৌদা নৌবী অনৌবী" হাঙ্গহুনা থাবদা করিগী হেন্দোকনা হাঙ্গবা থোক্তনি? মসি মপানগীনি—ফজবদা, নিংথিবদা, অনৌবদা অপেনবদা মোইরাং থোইবীগুম্মি হাঙ্গরগা লোইরে। মাসি উগৌদ্রবস্তু মৈতৈগী পূকনিং পূমনমকত্তা য়েকতুনা লৈখ্রবনি। তোইশুম্বস্তুং মাসিদি মপানগীনি নিংথৌগী মচা ইবেম্মা অসিগী মন্নুংদা নিংথিজবনা অমুক হেন্না পুকনিং হুনবগী মশকনি। নিংথৌগী মনাওনা পোকপা, অমদি মাচানুংদা নাইতোম শাৎপা লৈরাং ওইবনা লৈমানিংথৌনচিংবা পূমনমককী থবাই শকলবা অমস্তুং মরম পূমনমক অসিমক্তনা পোকপদগী হুঙাইবা নত্তনা অরাবা উরক্তহুনস্তু মোইরাংগী থোইবীদি অরাবা মীগী থম্মোইদা

চাকলিবা অহু খংবা ওম্মি। থৌজানগী পি হাঈবা অসি মুপী ওইবগী লৈতেং ওইহুনস্থ হন্দকী ১ফম ল্সিংদি হাঈবা মরোইদৌবস্থ লৈ। তৌইগুম্বস্থুং ইশগ্ না থোইবীদ থৌজানগী মশকনি। খমহুনা খোরি কৈথেন্দগী হল্লকপগী মতাং অমদা ঐখোইনা তাই। মুমিদাংব্রাইগী কান্নি। মুমিংনা নোংচুপ চীংয়্র থাংখরে। কোরৌ হনবগী ঈশৌলাংবা লৈতরে, নামিবা মুংশংন হৈরাং লৈরাংগী মনম পুহুনা তপনা তপনা শিংলি। হয়েংদি লমরোন চাক চানবা মুমিংনি। মজাইবেম্মনা শেগুন-চিংবা মনাই অচানবী পুমনমকক্তা লোঈনহুনা ফাগি জুগাই তৌনহুনা হকচিক লাংবা লেংথোকই। মতম অসিদা অতৈ ওইরবদি লম্বী অরাপ্পদা মোংন চংলিবী মিংনাইদবী মতাদা স্নামিংয়েং তারুদবস্থ য়াই, অসিনচিংবা।

তেংবানবদা থবককী পাঙ্গল লৈবাদ মুপাগীনি, মুপীগী নত্তে। মুপী হাঈবা অসিদি অথোৎপা অনৌবগী মশক্নি। য়েংউ, মোইরাং থোইবী হাঈহুনা নিংখিবা অনৌবা অপেনবা পুমনমকক্তী চংনফম ওইরবা অসিনা থবককী লমদা মুপাবু গেল্লগনি হাঈবা অসি কনাগী থাজফম থোকপগে? তৌইগুম্বস্থুং মাসিদা মুপাগা মুপীগা খেন্নবা অমা লৈরি—মুপানা মশা কল্লি, মুপীনা থম্মোই কল্লি। তৌইগুম্বস্থুং থম্মোই কনবা হাঈবা অসিদা থম্মোইগী অথোৎপা পুকচেন ব্রাংপা খংনবদি চুমদে। মুপা হাঈবা অসিনা মচৌশানা থবক ওম্মি। মুপীনা থম্মোইগী

করিগুম্বা থৌঈনশিন অমগী মতুং ইন্না থবক ওম্বনি। থবক্তা ঈচং থৌবা অসি মুপীগী মহৌশাগী ধর্ম্মনি; মুপাগীদি থোকপবা থৌথোক অমগী মতুং ইনবনি। অসোমদা য়েংউ। —কবোগী লমদমদা। তুমুলাকপগী মচা সন্দ্রিকচংনিংথোম্বীগী কল্লক য়েংথিবগী মৈরাননা, কনানো—পাত্তা কুমহুনা ঈনথোল লোঞ্জোল্লিবসে? কনানো—অরাংবা লোইবী চীংথাংদা কাখত্তুনা শীংজন কোকথোং পুরিবসে? ওম্মোকপনি, হে মুপা ওইবগী পুকচেল! মাসিবু মোইরাংগী অমতা পোকপী থাদোই; নৌদা নৌবী অনৌবী থাউদন মানবী তথোংপী অহুনি হান্দবা কনানা থাজগনি? অহুগা ওমুককা য়েংথো —কুম্বী তেরা থাদা। কনানো লাঙ্গোই শগোল থৌহুনা কৈগী মাংলা শজি অমোমনা চেনবগুম চেল্লিবসে— মাসিসু মমাংগী থম্বাল মানবী সনা অহুনি। তুমুগী লমদমদা অরাবা হৌনবমথৈ ফংলকলে; লম্বীদা য়েকনবগী লাংদসু থুরুরে। মুপামকনসু থবককী লমদা তৌগদৌবা থৌরম নিংশিংদবা য়াই। পাইরককী লৌশিংসু মুপীনা হেল্লি। অপুনবা থৌঈনশিন অহনা থম্মোইদা অরাববু রাদবা ওম্বা; য়াজবসু থাংবা ওম্বা মুপীনা হেল্লি। অসুপ অরাবদা তারবদি মুপীমকসু মাগী তৌগদবা অপুম্বা নিংশিংদবা য়াই। অরাবা পুমনমক কাওথোকখিহুনা মাহ হেক লেনবগা ক্বাকতা মুংশিত্তা তাথীরা হাঈকুরি। মাগংবনসু কৈদৌদে! ক্বাক্তা মুংশিং লামিবা অকনবা ঈপোম হৌদে। মুরা লৈরাংমানবীবু মৌগী-

শিংদা চঙ্গহনবদি লাঙ্গোই শগোনগা শানৌগী পুচেনগননি। মতৌ অস্নমনা থম্মোইগী অকনবা পূকচেন অদুনা যোইরাংগী থোইবীনা অরাববু অরাবনি হাঙ্গীনা শীংথাখিদে। নুপীনা ওমদবা করি লৈরবগে ?

অদুগা নুপানা মহাককী পাম্মবা, নুংশিবা, চান্নবা পোৎ অৎবু নুপীগী মতৌওমনা অদুপ থম্মোইদা চিংশিনবা ওমদে; অদুপ শুজ্ঞাত্তুনা মশাবু কাউবা ওমদে। ত্তেংবানববু নিংশিং-দবা ওমদে। মরমদি নুপাগী মচৎতি পাকপদা চাংজো নাইত্রবা ঈপাককুম্বনি, অদুগা নুপীগী থম্মোইনা লুবদা লেপ পৌ ফংত্রবা ঈপাককুম্বনি ! নুপানা মাহাকনা পাম্বা পোৎ অদু থম্মোইদা থম্বা ওমলগা মথ্রাই নুঙাইবা ওন্মি; তৌইগুম্বস্নং নুপীনা মাহাককী অপাম্বা অদু থম্মোইদা লাৎপগা লোইননা মিৎথক্তো থম্মগত্তা পেন্নি। মরম অদুনা থম্বনা মিৎয়েংগী রাংমা হেক থোকখিবগা মচা ইারেম্মনা থম্মোইগী মস্নংদা লোৎত্তুনা নুপীগী রাথলগী পান্নলনা উদবা পোৎপূ উবা ঙম্মি অমস্নং রাথন্দগী থোকপা পোৎ অদুবু অওইবনি হাঙ্গীনা নিংত্তুনা মাপা ত্তোৎনবা পাম্মি। নুপীনা মপানগী য়াওদনা পেনবা ওমদে। পেনা ইশৈদা তুমু লোইথাবনচিংবা পন্দুপত্তা থোইবীনা রাবওমনা থম্বদি রাদে হাঙ্গীবস্ন যাই। মরমদি নুপীনা মাহাকনা পাম্বা অদুদা নত্তনা অতৈদা পুকনিং চংলুবা ওমদে; মাহাকনা পামদবা অ দুগদি মাহাকনা ত্তোৎননিংদে; মাহাককী মমিং মনমদা ত্তাবদা

মশাদা মৈরিনা চুবগুম্মি। মাতুগীদমক থবককী অফ-ফত্তা, অৱাম্নুঙাইবা, অসিনচিংবা খল্লুনবা মতম ফংদে। মুপীগী পুকচেল চেত্তে হাঙৈরিবা অতুমক মফম অসিদদি ওন্নাতেনৈ; অতুগা খম্মোইগী অপুনবা থৌঙৈনশিন অমনা পুকচেল অতু ঈশিংগুমনা ব্রাহৈদা, থবক্তা, শাক্তৎতা, মিৎয়েংদা ফোংদোকই চাঙৈবমখৈদি চুম্মি। তৌইগুম্বসুং মুপাগীদি অতু নত্তে; খরদং লৈবা খম্মোই অতুসু লৌশিংগা তোংনৈ। মুপীগুমনা খম্মোইগী অকনবা থৌঙৈনশিননা য়াথ্রবমকসু লৌশিং পোখ্বিনচিংবা মথং মথং লাকতুনা মাতুগী লম্বীদা পন ওইনা হক থিংলে। মরম অতুমক্তনা খম্বনা খম্মোইগী থোদোক পুমনমক খামতুনা মাহাক্কী তৌরিবা অবস্থা মুংশিরবা নিংথৌগী মচা মুপী অসিনচিংবা অসি মথং মথং ওইনা খস্থদনা পাম্বৈ লৈতে। মাসি মচা ইবেম্মা অতুগদি কয়া থেন্নরবা হাঙৈবা অতু য়েংফদ থোকই।

অতুগা মুপীবু খমরোমদা করমনা লৈরাংগা পান্দমনরুগব ? অথাংকনবদস্থ মুপানা মুপীদগী করি হেল্লি অথাপপা লম্বী চৎপা, অতৎপা লৈতনা হকচাংগী ইন্দ্রিবু শিজিন্নবদা মুপানা মুপীদগী হেনবসু খংদে; তৌইগুম্বসুং ৱরাম্বদা চাকহেনবা; থৌরাংবদা কংতুনা থাংবা অসিনচিংবা উদনা ইন্দ্রিগী অৱাবা থাংবা অসিদগী মুপীনা হেল্লি। অতু ওইরবদি হাঙৈয় অনি অসি কদাইনা লুগে—অমনা পুক থম্না চারগা অৱাবা থাংবা—অমনা থকপা চবা লৈতনা অৱাবা থাংবা। মাসি অচম্বা

মিৎনদি উবা ফংদবস্থ য়াই। মুপীগী অৱাৎপা গুণ পুমনমক অসি মহৌশানা অথুপ্পা মকমদতা লৈ। মাসিগী মৱমদা জন্তুসিংমসিং মিলনা হাঙ্গিখিবা অমা লৈ। পৃথিবীবু কনানা মুংশি-হৈতবা, মপী লৈতবা অকোকপা লৈকং-লানি হাঙ্গবগে? অওইবনক মুপীনা তে'বানবগী য়োকচবীনি।

ভাসিনচিংবা অয়াম্বা ৱাথল অমস্থুং পাউতাক মোইবাং থোইদৈগী থংনঙাই তমনঙাই লৈ। ঐখোইনা অতেনবা ৱারে, অসিদা ৱারীগী মতাং য়েননা হিরম পুমনমক ইরবদি শাংদাকখিগনি হাঙ্গবগী কীবনা মাদু তোৱগে। মোইরাং থোইবীগী ৱাবী পাব পারগা মথাদা ইরিবা অথুপ্পা হিরম কয়ামকম অসি ফংঙি।

১। মুপাগী মশা কল্লি, মুপীগী মশানা থোংলি।

২। মুপানা মপাঙ্গল অচুগী পাঙ্গলনা থবক ঙম্মি, মুপীনা থম্মোইগী থৌঙ্গনশিন্না থবক ঙম্মি।

৩। থবক্তা ঈচং থোৱা অসি মুপাগী মহৌশাগীনি মুপীগীদি থোথোক মতুং ইনবনি।

৪। মুপীনা মৱম পুমনমকতা মপানগী পাম্মি। মুপা-গীদি মাচুম্ম লৌশিংগা তোংনৈ।

৫। মুপাগী ৱাথন্না লৌশিং অমস্থুং পোথিগা লোঙ্গনৈ অচুগা মুপীগীদি মুপী ওইবগী থম্মোইদগী মহৌশানা পোকচবনি।

৬। মুপীনা পুকনিংগী অথোংপদা মুপাদগী হেল্লি।

# হজরত মহম্মদ।

খৃষ্টাব্দ ৫৭০ শুবা অসি আরব লৈবাক্কী য়াইকবা খোকথিবা শক অমনি। ইথং খংহোদনা পারস্যগী পুরিং-শিংনা মতম কুইনা লাৎলক্লবা মৈ মুৎথিরম্মী; খংহোদনা আরব লৈবাক শীনবা থুংনা নোংথাং কুপ্পগুম ঙানথিরম্মী। মরমদি মতম অদুদা লৈবাক লৈমনা পাপকী অরুম্বনা ব্লাবা অদু উবদা অমদি মতম অদুগী মকম অদুদা লৈরম্বা মীশিংগী ধর্ম্মগী মন্নীদা ব্লাৎপা অদু খংদুনা অচৌবা লাইপোককী মশক ওইরবা নুপা অমা মকা সহরদা পোকখী। তৌইগুম্বস্নুং ওস্থোকপনি। মচাগী থাবু ঙমজনা নিংথিরবা মাঈখোং, মচানা পৃথিবী অপুম্ববু নোংমা পাপকী কুণ্ডদগী লানবিরগনি হাঈবা অসি মহম্মদপু পোকপা মপা আবদুল্লা বুদি উ অমস্নুং খংদু হাঈদুনা তমখিদে। মপানা যোক্নুনা চাউরবদি মপানা হিংদুনা লৈরবদি পৃথিবীদা মঙ্গাকনা পাংথোক্কে হাঈনা নিংদুনা লাকইবা থবক অদুদা অপনবা ওইরগনি হাঈদুনা মপাগী মশক খংতৌদ্রে; মাদুনস্নু ওক্কেদুনা চহি অনি মমাগী মুংশিবগী চাং য়েংলগা মপুরোইবা খাইনবগী মৈনা চাকলবী মমা ইবেমমা অ'মেলাবুম্নু লাইরৈবাক্তা থাথিরম্মী। অদুনা নহা ওইবগী হরাও কুম্মৈ চেনবা

চোংবনাচিংবা পুম্নমক মহম্মদনা মপুগী ময়ুমদা তৌথী। মপুনা শিথ্রবদা মহম্মদনা মহাককী মতোনগী ময়ুমদা পুন-শিগী অনৌবা থাক অমদা কাখৎলে! নহা ওইরিঙৈদা য়াউশেনবনচিংবা অনংবা অৱাবগী থবক তৌহুনা! অমস্মুং মতম লৈবথিবিক্তা অনংবগতা তোংনহুনা লাইরবগী অৱাবা পুম্নমক মুন্না থংলে। লম্লোনবগীদমক মথুড়াগা লোইনহুনা সিরিয়া, দামস্কস্, বাগদাগনচিংবা মফম অয়াম্বদা কোইহুনা মতম অহুগী মফম অয়াম্বগী অবস্থা পুম্নমক থংখী। মাহাকনা লম্বীদা চম্বীগী ডাকু মফম মফম থূদিংদা ফর'নবা চিঙ্খিবা নমথাক তৌবা অমস্মুং ধর্ম্ম কাঙ্গবা মচৎ চৎপা পুম্নমক উহুনা থমোইদা ভমলৈ লৈতনা রখী।

মতম অহুদা আরবতা খোদিজা কৌবী পুকচেল শেংলবী লুখ্রা অমা লৈরম্মী। খোদীজা হাঙ্গবী অসি নহা ওইনা লুখ্রাদি ওই হাঙ্গবগা মহৌশানা মতুদগী ওইবা য়াবা মরাল পুম্নমক অমতা শোকলমদে। মহম্মদনা মাহাকপু মাহাককী মতিক চাবা মুপী ওইগনি হাঙ্গনা খন্দুনা মতম চানা লৌশিন্দুনা পুনাশিগী অনৌব লম অমদা চশিল্লে, মরমদি খোদীজা হাঙ্গবী অসিগী য়ামনা মরল মথুম লেরম্বা মরমনা মাহাকপু লৌবদগী মহম্মদনা তেংবানবগী শেংপা চাবনচিংবগী অৱাবা পুমমমকতগী কোকতুনা নিংঙাঙ্গদনা ধর্ম্মগী ৱাথল তৌবা ঙমখী। মতম অসিদা লতোপ্পা জাৎকী

মীশিংগা উনতানতুনা ধর্ম্মগী হিরমদা খনাজন পাশিল্লুরবদা মহম্মদকী পুংনিংদা ধর্ম্মগী মরীদা নরককী মশক ওইরবা আরবতা অনৌবা ধর্ম্ম অমা শন্দোক্কে লেপখী। মরম লৈতনা মুক্তিবু লাইনি হাঈনা খন্দুনা মাংবু ঈরাংপনা কাল অতুগী আরবকী অথোইবা ধর্ম্ম ওইরম্মী। লেবাক মনুংগী খংনচৈনবা য়াথোক লান্থোকপনা আরবতা মুদাইফম লৈরমদে। খুদোং চাবা অসি উতুনা নোংচুপলোমগী খৃষ্টানশিংনা আরবতা খৃষ্টানগী মতিক মগুণ অচৌবা লিংখংকে হাঈতুনা হোৎনরম্মী। মহম্মদকী অশিংবা লৌশিং অমসুং তুংগী খৌরম উবা পোখিমক নক্তবদি আরব অসি মনুংগী য়েকনবা ওসমান অমসুং খৃষ্টান খরগী হৌনবী মহে য়ান্দুনা গ্রীকশিংগী মখা পোনখিরমগদোবনি। মাসি দগী মহম্মদকী মিংচং অসি আরব লৈবাক অপুম্বা শীনবা থুংখী।

মাসিদগী মহম্মদনা ধর্ম্মগী য়াথননা শুদ্ধাংখিতুনা তেংবানবগী তুম্বা চাবনচিবা য়াংল পুমনমক কাউখী অমসুং মীচিক নাচিকথোল তাপ্রবা হিরাত চীংগী অচীকপ চীংদোনদা চত্তুনা ধর্ম্মগী য়াখল তৌখী। বুদ্ধদেবগী মতৌগুমনা মতৌ অমুমনা চহি কয়া ধ্যান তৌরুরবগী মতুংদা ধর্ম্মগী মন্ত্র "একমেব অদ্বিতীয়ম্‌" ঈশ্বরদি অমতনি হাঈবা লাইয়া অংস ফংখী অমসুং লৈবাক অপুম্বা লাইয়া অসি

তাকপিগে পুকনিংদা লেপখী। তৌইগুম্বসুং মহম্মদকী মমল নাইত্রবা পাউতাক অদু খরনা লৌখী, খরনা ধর্ম্ম থুগাইবা কাফেরনি হাঈদুনা মাহাকপু মতিক চাবা দণ্ডি পীবনা চুপ্মি হাঈদুনা মপুকনিংদা লেপখী। মমৈদদি মক্কাগী মীশিংনা ওৎপনা খাংবা য়াদদুনা মহম্মদনা মদিনাদা চেংলে। মফম অদুগী মরাইবক ফবা মীশিং অদু মপৈ মপৈ ওইনা মহম্মদকী ধর্ম্ম লৌখী। মমৈদা মহম্মদনা লান্মী লিশিং তরা পুদুনা মক্কাদা লাকলে। মাহাককী য়াথংনা মফম অদুদা লাইগী মূর্ত্তি শাদুনা লাৎলম্বা পুমনমক তোকলে। মতৌ অসুম তৌদুনা অশেংবা তীর্থ মক্কাদগী ইসলাম ধর্ম্মগী অব্বব মঙাল অদু আরবকী মফম পুমনমক্তা শন্দোকখি।

মহাপুরুষ মহম্মদনা পোকপ অসি আরব লৈবাককী য়াইফবনি; অদু নত্রবদি পৃথিবীগী ইতিহাসদা জাৎ অসিগী মমিং ঙসি অসিগী মমাংদনা মুংখ্রগদৌবনি। মহাককী ধর্ম্মগী অফবা মগুণ অদুনা হৌজিক ফাওবা পৃথিবীগী মী অপুম্বা শুঙ্কৎনরি। মাহাককী ধর্ম্মগী পাজলতনা লাকপা ঙমত্রবা বেদুইন জাৎপু অমসুং মতম লৈবা খিবিক্তা লান খংনচৈনবতা তৌদুনা লৈরমলবা আরবকী জাৎ অতৈ অতৈবু থৌথোক থুদিংদা লীচিং অমতা ওইহল্লমদুনা পৃথি- বীদা নামা ত্থাবা য়াবা জাৎ ওইহনখী; অমসুং

নত্তনত্তবা থাজবা, লাইগী মূর্ত্তিবু ঈরাংপনচিংবা ধর্ম্মগা মরী থোক্তবা চংনরম্বা পুমনমক ককথংত্তুনা লৈবাকতা থালৈশংবা "খোদা" ঈশ্বরগী সিংহাসন থাবিরমবা অসি মাহাক নত্তনা কনাগী পাঙ্গল লৈবগে? অস্নুমনা পৃথিবীদা ঈশ্বরগী য়াথং মতোম্লোমনা পাংথোকলগা মহাপুরুষ মহম্মদনা ইংরাজী শোক ৬৩২ শুবদা নোঙ্গাথী। মহম্মদ শিবগী পাউ তাবদা মদিনা সহরগী য়ুমথোং খুদিং অরা তেংথাবগী খোপ্রেননা নিরথী।

অমত্তা শুইবা ঈশ্বরবু ঈরাংপা পাপতা লুপ্তনা লৈরবা আরবপু কনবিবা, ত্তিন্নবা য়াত্রবা আরব জাংপু য়ুমগাঈনবগী ফত্রবা পুকচেল কোকহনদ্বুনা অমত্তা ওইবগী, লুংশিবগী, চান্নবগী থৌরিনা পুনবিবা অসিনা মহম্মদকী তেংবানবগী লীলানি, তেংবানবা অসিদা মহাকপু পাংলু হাঈদুনা থারকপনি। মাহাকনা মপুনশি চুপ্পা ঈশ্বরগী অমম্লুং মীগী সেবা তৌদুনা লেনথী। মাহাকনা চংজকম লৈত্রবা মীগী চংনকম পীবা অরাবা তারবা মীগী অরাবা কোকনবা লাকনবা, পান্নে লৈত্রবা মীগী মতেং পাংবদা হনবা লৈখিদে। "সত্যং ব্রুয়াৎ, প্রিয়ং ব্রুয়াৎ, ন ব্রুয়াৎ সত্যম প্রিয়ম" হাঈবা অত্থু মাহাকনা মপুনশিগী মিকুপ খুদিংদা কাঙ্গদনা শাকপা শুমথী। মহাকনা হিরাতকী অচিকপা চিঙ্খাদা মদিনাগী শিষ্যগী মরকতা, মক্কাগী

য়েকনবগী মরক্তা লুমলবা খোঞ্জেননা খোঙ্খাং থৈনা লাউখী "জীববু মুংশিন্নু, নংস্ম ঈশ্বরগী মুংশিবা ফংগনি। অফ-ফত্তবা খাঙ্গনু—মীবু মুংশিবদা লিককনু। ফত্তবদা অফবা লমচং চংপনা মীগী ফনবগী পান্থৈনি। মাসিদগী হেন্না মীগী করম্বা থংনঙাই লৈরিবগে?"

---

# মণিপুরগী ইতিহাস।

মণিপুরগী ইতিহাস অশেংবা ফংবা, অসি মতম অসিদা খরাইমকনা পামনরবস্ম ফংবদি ফনদা নত্তে য়ামনা লুরি। ঐখোইনা লাপখ্রবা কলিকাতাগী কৈথেনদা থৌনা মণিপুরগী ইতিহাস হাঙ্গনা থোনবা লাইরিক অহুম মরিদং য়োল্লম্বা উরগা ঐখোইগী চিদাইদা লৈখ্রবা পিকলবা লৈবাক অসিদস্ম মীরৈবাককী রাখন চাউরবা পণ্ডিতশিংগী রাখন চবিরে হাঙ্গদুনা হরাওজবা মথৈ ওস্মি। তৌই গুম্মসুং পাকববদি মাহুদা মণিপুরগী অচুম্বা খংনফম থোকপা রাদি শরুক নিপাল থোকলগা শরুক অহুমদগী হেননা ফংদহুনা অপাবা কয়ানা নিংবা কাষ্টরিরোইদগে হাঙ্গবা অত্তুদি ঐখোইনা থংদ্রে। অসিদস্ম নত্তনা মত্তিক চাউরবা তৌবা

ওম্বা পণ্ডিত কয়ানস্মু মণিপুরগী মরমদা থোইদোকপদি ইতিহাসগী মরমদা ইথ্রুনা মাখোইগী হৈশিংবা উৎনখ্রে। তৌইগুম্বস্মুং মাথুদা মণিপুরগী ইতিহাসগী ৱাদি কদাই? ওস্থোকপনি। মৈতৈ লক্ষ মরি মঙা অসিগী মরকতা মণিপুরগী ইতিহাস হাঙ্গীবদি মৈতৈগী ইতিহাসগী অৱাবা দশা অসি উথুনা ৱাবিবা ওমদে। মীরৈবাকতা য়েংল্লম্বা ইতিহাসদা ঐথোইনা করি করি উই?—কনানা লেংবা ইতিহাসদা, মণিপুর হাঙ্গীবা অসি থাইনা বভ্রুবাহনগী লৈবাকনি, মৈতৈ কল্লি, মৈতৈ ফঙ্জে, মৈতৈ হৌনবা খংঙি, মৈতৈ লাইনি মৈতৈ তৌম্লি অসিনচিংবা। মাখোইগী লাইরিকতা থাইনদগী হুজিক ফাওবা অসিদা মৈতৈবু থাগৎপা নত্তুনা থাদবা অমতা উদে। মাখোই অসি অপ বা মীদি থোক্তে; মাখোইনা মাখোইগী মরৈবাক কুমনা য়েংলককনি, লাইরিক অমা লেং-উবদা চামনা মিংয়েং চংলককনি, হাঙ্গীবগী কিবস্মু খংদে; মাখোইবু ভারততা লৈবাক পুমনমকনা য়াগনি হাঙ্গীনা নিংবদি লান্দে। মরমদি মণিপুর হাঙ্গীবা অসি ভারতবর্ষদা কুইনা লৈজরকলবা লৈবাকনি। কনা অমনা করি হাঙ্গীরি— মণিপুর হাঙ্গীবা অসি হিন্দু লৈবাকনি। মৈতৈ হাঙ্গীবা অসি মঙ্গোলিয়াগী জাৎনি। মাসিদা গরিবনিৱাজ কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। গরিবনিৱাজ হাঙ্গীবা অসি পাণ্ডব লোননি অথুনা মাসি মুসলমানশিংনা হাপ্পিরকপগুম তৌবা মাল্লে অসিনচিংবা। মাখোই অসিস্মু অপংবনি হাইরুবা য়াব্রা?

অসিগুম্বা অমক অশুকপা ঙাক্তা য়াওবা অসিনা মাখোইগী লাইরিক অমু চৎপা হেল্লি। ফোংদোকপা (আবিষ্কারক) হাঙবা মিং অসি পাম্বনা কনানা ঐখোইগী মণিপুরগী ইতিহাস লেংবদা মাহুগী ৱাদি তোকলহৃনা সংক্রে মপানগী মনফুর বন্দরগী ৱা লে'ঙি! কনানা মহীশুরগী অৱাংগী মদাইরম অমা তাগ্না পুই। ইতিহাস লেংবশিং অসিগী অৱাবা, নোম্বা, কনবা, অথাং—কনবা উরগা ঐখোইনা ম'খোইবু থাগৎতবা ভমদে, অরুবদি—লাইরিকস্তু শিংনবা লেংদবা য়াদে, লৈবাক ৱায়েল চলকদৌবস্তু কিই, মিংচৎ কংগনি হাঙবগীস্তু মপুক লাংতকনৈ। জাংকী ইতিহাসগী মরমদদি পংলবা মৈতৈ. ইংরেজনচিংবা মহে হৈরবা মরুপ থরগস্তু তানবগুম তৌই। অমুগা লৈবাক মীয়ামদা য়ামনা থিরুরে হাঙবা অসিস্তু উত্তবা য়াদে, অনৌ অ.নৌবা ফোংদোকতুনা মীবু ঙকহন্দবস্তু য়াদে: অস্তুমনা ইতিহাসনা ৱাবগুমনা অরেংবস্তু ৱারিগদি হাঙবস্তু ঐখোইনা খংদবদি নত্তে

ঐখোইনা মমাংদা ইতিহাসনি হাঙহুনা লেংখ্রিবা লামাই নিফু অমা য়াখ্রে অমা পানবা লাইরিক অহুস্তু মণিপুরগী ইতিহাসগী শরুক থরনি হাঙবদি লান্দে। তৌইগুম্বস্তুং মাহুনস্তু ঐ:খাইনা অমস্তুং অতোপ্পনা নিংবা থুংবদি থোকক্রি। মাহুদা য়ামনা খংকম লৈ হাঙহুনা থাগত্তবদি য়াদে।

অদুনা ঐখোইনা মণিপুরগী ইতিহাসগী অস্নুম্বা অরাবা অসি কোকপিনবা লৈত্রবরা হাঙ্গিদুনা পুকনিংদা য়ামনা রাই। তৌইগুম্বনুং রাকে হাঙ্গিবমখৈ মগাই ঐহাক নহাক মহাক কনানা কোকনবা লাকনরুবে হাঙ্গিদুনা থুম্বা ওম্বা য়াওগত্রা?

তৌইগুম্বনুং অদুম ওইনমক থাইনগী মৈতৈশিংনা করমনা পাম্বা. ইপা ইপুশিং অদুনা কনানো অসিনচিংবা অসি ঐখোইনা মহৌশানা থংনিংই, অদুগা থংদবস্লু য়াদে। করিনা হাঙ্গিবনু মপা থংদবা মচা হাঙ্গিবা অসি য়ামনা চোপ্পা অমনি। ঐখোইনা নিংবা কাঙ্গিরে— মরমদি থাইনগী লৈরম্বা শাগে কয়া মরুপগী মৈহৌরোলনচিংবগী রা অসি তোঙান তোঙানবা শাগে ওমসুং নিংথৌগী মমিং মথা নত্তনা জাংকী মরমদা কুপশিনবা রা য়াওদে। অদুগা মৈতৈ পুরাণ থংগুবস্লু ঐখোইগী ইতিক লৈত্রে। মরমদি মৈতৈ পুরাণগা ইতিহাসগা য়ামনা খেরবা লৈ— ইতিহাস হায়বা অসিদি হৌখ্রবসিদু লাক্কিনি। অদুগা অয়াম্বনা নিংবা থাদোকদুনা মৈতৈগী থাংনগী রাদি অমম্না কুপ্পুনা লৈর-গদৌবনি হাইদুনা লেপ্পনৈ। ঐখোইগী মরক্তগী কনাগুম্বা অহনমনগী মনাক্তা কম্বা ওন্দবা খরনদি থংজি, বব্রুবাহননা সুবাহু, সুবাহনা ধর্ম্মাঙ্গ, ধর্ম্মাঙ্গনা হেমাঙ্গ, হেমাঙ্গনা যবিষ্ঠ লোকই অদুদগী মথং মথং মহারাজ কুলচন্দ্র ফাওবা অসিনি তৌইগুম্বনুং মাহুস্লু শক তারিখ পুংকম য়াওব্রা? কনা

অমনা শল্লাই—তরেৎমককী মমিং মথা পোককমমকন্থ খংদনা মৈতৈ হাঈবা অসি হাওনি হাঈনিংবন্ধ য়াওই। মাখোইনা হাঈ, মৈতৈনা মৈতৈ ওইখিবদি ভরাংদনি—ঐগী ইবুধো পুরেনবু পোকপা ইবুধো অহুদি হাও ওইরম্মী—য়ুথক লম্মী শা চারম্মী—থাজত্রগা খন্দুনা য়েংউ য়ুথল য়ু থক হাঈবা অসিগী মক্ল খিহুনা য়েংউ—অসিগুম্বা য়া অতৈস্থ য়ামনা লৈরি অসিনচিংবা। মাখোইগী য়া অহুস্থ ঐখোইনা য়ানিংদে। মাখোইগী নিঙাই করিনো—হাও চাঈবা অসি য়ু থকই, মৈতৈস্থ য় থকলম্মী অহুনা মৈতৈস্থ হাও ওইরম্মী। কনা নোকনিংবা য়ানি ঐখোইনা অমুক হাঈর-বদি হেন্না নোকনিংগনি—হাওদি য় থকপদা য়ুথল খন্ত্রে, ইস্ত্রি খুহুম চন্দুনা মতমগানা থকপা ঙমদে, তৌইগুম্বস্থং মৈতৈদি ঙাম্ম; অহুনা মৈতৈদি হাও নত্তে; হাঈরবদি করম তৌই। অহুগা মাসি পুখনমক কাম্নরিত্রা? ঐখোইদি কবুই কৈ ওইবদগী হৌহুনা নুংশ নাবগী য়ারী কাওবা অসিদা মৈতৈগা হাওগা শাগৈ ওইবগী প্রমাণ অমত্তা কংদে। হন্দক মৈতৈনা হাও ওইরম্মী হাঈবা অসিদি মরম অহুনা অর্থ অতোপ্পা অমনি।

মীরৈবাককী কনাগুম্বনা মাসিদি থাইনগী মণিপুর অহু নত্তে হাঈবা অহুদন্থ ঐখোইদি থাজবন্থ তৌদে, থাজদবস্থ তৌদে। মরমদি ঐখোইনা খোইনা তানিংঙবা লৈতে।

তৌইগুম্বস্মুং ঐখোইগী মরক্তগী অয়াম্বদদি মাহ্র তাহ্রনা চেংনা থাজখ্রে, চু পাইনগুম পাঙ্গখ্রে। মণিপুরগী য়া থংগে হাঙ্গিরবদা মণিপুরদা থিদনা মহীশুরদা থিরগা থোইনা কান্ন-রমগনি ঐখোইনা খনহ্রনা থোইনা তারুদে। মণিপুর অসি থাইনগী অহ্রবু ওইরবসু লাগাদা শাগংপবু ওইরবস্মু মাহ্রদি মণিপুরগী ইতিহাসদা লামাই তরাতরুক্তগী হেন্না মফম ফংফম থোকপ্রা? মাহ্রগীদমক থোইনা মিহৌরুহ্রনা করি কান্নবগে? ঐখোইনা পামজরিবদি— "মণিপুরগী অশেংবা ইতিহাস"।

তৌইগুম্বস্মুং হৌজিকতি মীওইবগী লৌশিংনা চাওখ্রংপগা লৌইন লোইননা মী পুমনমকনা থংনরে। নিংথৌনা থোই-দোকপা নত্রগা অথৌবা কনাগুম্বগী য়ারী থরতন' ইতিহাস ওইবা য়াদে। মাহ্র ইতিহাসগী শরুক অমনি। অওই-বমক জাং অমনা মতমগী মতুং ইন্না চাওথংপা, মাংথব মাগী মরম, মীগী হৌনগী, লৌশিং, ধর্ম্ম, লৌ উবা, মথুং মশা, হৈবা, লম্লোলবনচিংবগী য়া মাহ্র ওনথবা, মাহ্রগী মরম অসিনচিংবা থংবা অসি ইতিহাসগী চাওরবা শরুক অমনি মাহ্র ওইরবদি ঐখোই থুংশাশোর হোনবা থোকদে। মরমদি থিন্ন থিরবদি মণিপুরগী ইতিহাস লেংনবা মচাক লোইনমক নত্রবস্মু থরদি শোইদনা ফংগনি।

অপোকপা লোনস্মু পাও—চুমনা পাবনদি কান্নদে, অর্থ থংনা পাও। থানা নিংথেম পোকএ, লৈকক লৈয়াজ্রে

চম্নুনা মুমিৎ কোললে, পাখংগা পোকএ. কালেন য়ুমশকৈশ-নে নাওরোইবীদি য়াপিসোকনে. লিৎতুদ অঙাংপানে মচু লংএ। থাব্লপিচাকতি থাতোননে. ইরুপতি মুংচেংনে লৈদি থম্বাল অঙাংপনে শাদি চংশীনে অসিনচিংবা অসি ইতিহাসগী মচাশনি। অসুমনা থুমনলোন, সুরাংলোন অতৈ পূমনমক পাও কান্নগনি। চৈথারেন হংঙ—সনা ফম্মাং পাও, পেবেৎকী ব্ররী ফাওবা চীংথগন্নু। মাইবগী মনাকতস্থ মফম্মু. মথোইবু হাকনা থৌশাদবস্থ তৌরুগন্নু. মরী থদৎপা মী হাৎপনি হাঙ্গিহুনা পহাঙ্গিস্থ হাঙ্গিরুগন্নু, নংগী ডাক্তরস্থ মপুক থিল্লবদি মপুক নম্মোই হাঙ্গিবা ,য়ারোই। মকোক চিক্লবদি মকোক পাঙ্গিরোই হাঙ্গিবা ঙম্মোই। নার-বদি মরী শিংলী অমা মহৌশাগী ফীভম কাঙ্গ মাহ্র চুম্নাল্লগা ফৈ হাঙ্গিহুনা মৈতৈ অসিংবা অমনা হৌদোকলম্বনি। মাহুগী মমাংদা চরক সংহিতা ফাওবা কদাই মখে নৈনরম্বগে হাঙ্গিবা অহ্র থিহুনা য়েংউ সুবিকা লাইশাবা ফাওবা চীথগন্নু।

মৈতৈ পাঙ্গিগী মনাকস্থ ফম্মু। নোংমাইজিং পোকপদি মচু ঙাংএ। শমন্নুং শমক্র কৈএ অসিনচিংবা মথোইনা হাঙ্গিবা অহ্রস্থ ত্তাও। চহি মশীং থীও, অহুকনা পুরিও অহুককা তিকো অহুগা ৭না হোরিও। অনি লেমলবদি ইনাক থৃক্লে। ৬৯দা অপাঙ্গিবা লাংকমনে। ৯৭তা

মাখোই লেপ্পি। ১৬নি পানবদদি থুনমনা থরাইমি লৈএ। কালেনদি অরাংদা থা শিএ, নোংপোকতা হনলে ঈরাই তৎনৈএ ৩নি পানবনা অকাবনে। তরা কাকয়েল, কুন শামু, কুম্ভ্রা লিল, নিকু নোংশা হাঙবা অসিদগী হৌরক্নুনা চন্দ্রাব্দ শেঙবা কাওবা অসিদা নৈনরম্বা পাম্বিগী থবকসু থংগ্রবসু মতাও।

মৈতৈ কি শেৎতে হাঙবা অহুসু হাকনা থাজরুপর। শেন চংনবিয়িদৈদগী হাওগা মৈতৈগা কিগা লশিংগা শিন্ন-বগী রারী তাও। মচা ইবেম্মনা তুমদা "য়েংনা হল্লা ওইনা ওক, ওইনা হল্লা য়েংনা ওক" শাবা, থাও উতোং মঙ্গুংদা হাপলকপা কিগী রা অহুসু কদাই মথে চুম্বাগে থন্দুনা ময়েংউ। মাসি শকাব্দ ১০৪৯গী অহুরাইদা হাঙনরি। বাসক য়েংবগুমনা ইশৈ য়েংগনু ইশৈ মুননা তাও হৌজিককী লোকা, তেওট, তাঙ্গাও নত্রগা উজহার-নচিংবা থরদং থংলগা মৈতৈদি শৈথুংলমদে হাঙগনু। পেনাগী ওঝাশিংবুসু নোকনরুপনু, বংদেশবুসু থাদগনু। অহুগী মমাংদা ইশৈগী চংনরমবা পুমনমক মুননা থংনবা তৌ। ঐখোইগী ইশৈদি শাবী ইংবুতোদা পীরমঙ্গ হাঙবা অহু মুননা তাও মুন্না তারগা মুম্না থন্নু। মাহুসু হৈরবদি আংংগী তন্দন গুংখিলগী চেকলা ওইরগনি। পেনা ইশৈসু ছন্দ তরানিথোইতনি হাঙহুনা নোকনরুপনু। লৈপাক

অতৈনা লাউবা হৈখিবৈদগী মৈতৈনা বীণাগী ঝঙ্কার তৌহনা তাইবং শুঙ্কংপা চমলল্মী হাঙবা খংনবা থীরু।

মখুং মশা হৈবা অহৈদসু মৈতৈবু হাকনা খাদগনু, খুই নিঙোম্বা মহারাজগী হাক্তকগী চৌজিক ফাওবা অসি মৈতৈনা লোম্লবা লৈবাক কয়াগী মখুং-মশা হৈবগী খবক তৌবিরকপগে হাঙবা খন্দুনা য়েংউ। অসিদসু নত্তনা মৈতৈ য়াম্বী মৈতৈগী অরাপ্পা লম চত্তুম্না য়েংউ। তেখাওগা মৈতৈগা তোয়্নৌ কাছারগী ইপা ইপলগী মনাক্তা কম্মু; শিলটকী অহৈ অশিংদা হংউ লৈপাক তৌহনা খিয়্ন; চৌংদোল কাহনা য়েংউ। করিগী ইতিহাসগী মচাক ফংলোইদগে? য়ামত্রবসু খরদি শোঙ্গদনা কংগনি। অসুমনা লেংখ্রবা ইতিহাস অয়ুবু অশেংবা মণিপুরগী ইনিহাসনি হাঙনা খজহনা পুকনিং ঙুঙাইনা পামজবা অসি ঐখোইগী লোন অসিবু নংঙখিগত্রা?

---

## অর্জ্জুন অমসুং বভ্রুবাহনগী লানফম।

যুধিষ্ঠিরগী অশ্বমেধ যজ্ঞগী শগোল্লা মণিপুর থোরক্লুনা বভ্রুবাহনগী মনাইশিংনা ফাম্নবদা বভ্রুবাহন্না মমাদা তম্না।

বভ্রুবাহন—। ইমা। অশ্বমেধ যজ্ঞগী শগোল অমা মণিপুরদা লাক্কুনা লৈবাককী অঙম অথৌশিংনা ফাহুনা লৈরে। মাথোইনা ফাবা চুম্মি।—ক্ষেত্রিমচাগী হৌনবা নিয়ম ঙাকপনি। অদুদা—

চিত্রাঙ্গদা—। য়ামনা চুমই, ইবুংঙো নংসু ক্ষেত্রিগী ঈনা পোকপনি মমাম্নবা ক্ষেত্রিমচানা শীংলরবদা মাইথোকনহুনা থেংনথনা ক্ষেত্রিগী হৌনবীনি। লৈবাককী অঙম অথৌ পুমনমককা ঙাম্নহুনা লানগীদমক শেম শারো।

বভ্রুবাহন।—অদুদা পুকনিংদা চিংনবা অমতং লৈদুনা ইমাদা করম্বা পাপ্পে তৌগদগে নত্রগা মক্রুদি ইমানা করি হাঈগবা হাঈবা অদুগী কিবনা য়াথং লৌজগে হাঈদুনা লাকপনি। ইমগী অসিগুম্বা থৌজানবিবা য়াথং অসি কংজবদা ঐগী মুঙাইবা নত্তুনা অরাবা থোকলোই। যুধিষ্ঠিরগী অশ্বমেধ যজ্ঞগী শগোলনি হাঈ—ওইসনু, স্বর্গগী মপু সোরারেনগীসু ওইসনু। অর্জ্জুননা শগোল ঙাকলকই হাঈ—লাকসনু। মবোল অহম্মক অসিনা নামা ত্তাখ্রবসু ক্ষেত্রিমচানবু কিবা অমসুং লান্দা হনবা হৌনব্রা? অদুগুমনা ঐসু ইমাগী কৃপানা পুকনিংদা অকীবা লৈত্রি।

চিত্রাঙ্গদা।—করি হাঈবা, ইবুঙো! যুধিষ্ঠিরগী শগোল হাঈবা অদু ওইরবদি ফাবা চুমদে।

বভ্রুবাহন।—শগোল অতুগী মরাইবক্তা ইথুনা থেংলি শগোল অসি যুধিষ্ঠিরগী অশ্বমেধ যজ্ঞগী শগোননি, অর্জ্জুননা ঙাকপা চৎলিবনি।—ফাবা ঙমবা নিংথৌনা ফাও, অর্জ্জুনগা মাইয়োকনথুনা লান্থেংননবা শেম শাও, ঙমদ্রগা অর্জ্জুনদা যুধিষ্ঠিরগী, হৌনবী লোইপোৎকা লোইননা নশা কৎথোকলো।

চিত্রাঙ্গদা।—ইবুংঙো! খাণ্ডবন থাবা ঙম্বা—যদু শাগৈবু ঙমথুনা সুভদ্রাবু মুনবা ঙম্বা, ভারৎতা অনি শুদবা নিংথৌরেনগী ফমবাল তোংবা ঙম্বা পাণ্ডব শাগেদা নংসু পোকপনি। ইমানা অহানবদা খংদথুনা হাঙ্গবনি। নপা ইবুংঙোনা ঙাকতনা লাকলিবা শগোনবুদি নংনা করম ফাগনি?

অম্বুমনা পাণ্ডবকী শগোননি হাঙ্গবা খংলবদা চিত্রাঙ্গদানা শগোল অতু মপা ইবুংঙোদা কৎথোকনবা হন্না হন্না হাঙ্গরকই। তৌইগুম্বসুং বভ্রুবাহননা ক্ষেত্রিমচাগী হৌনবী ঙাকনবা অমদি অর্জ্জুননা মনুংগী মরোন পুমনমক খংবিদথুনা নত্রগা কাউথোক্কুনা অরেম্বনা ইকাইবা পীগনি হাইবগী কিবনা হন্না হন্না মমাগী রাহৈ অতুদা য়েথংলম্মী। তৌ-ইগুম্বসুং মতুংদা মমাগী য়াথংনা কন্দুনা অর্জ্জুনগী থূয়াদা চংজবা তারবদা বভ্রুবাহননা হাঙ্গরকই। তাবিয়ু, মাইকৈ ঙাকপা লাই পুমনমক! সুমিৎ থানা সাক্ষি ওইবিয়ু। "ঙসি ইমাগী য়াথং ঙাকনবগীদমক ঐনা মীগী মথা পোনবা য়াবা তাহে। ঐগী ইপা ইবুংঙোনি। হাঙ্গরিবা

অর্জ্জুননা থৌজানবিহুনা লৌশিনবিরম্নবদি কৈ; ইমাগী য়ানা অচুম্বনি হৌনবী পুমনমক থাদোক্কনি ইপাগী য়াথং ঙাকন-বগীদমক ইপা ইবুংঙোগী অকবা থবককী তেংবাংনবগীদমক চৎচরগে। মাসিদা ঐগী ঐগী জাৎকী হৌনবী কাঈবা লৈরমলবসু ঐগী দোষ নত্রে।" অসি হাঈহুনা বভ্রুবাহন নিংথৌনা মপাবু ঈরাৎপা হৌনবী পোৎলম পুমনমককা লোইননা অর্জ্জুনগী মফমদা চৎখ্রে। বভ্রুবাহননা লাকপা উরহুনা অর্জ্জুননা হাঈরকই। "মহারাজ। মহারাজগী অচৌবা নতিক নগুন অসি ভারত অপুম্বা শীনবা থুংনা তারে। হৌজিক মহারাজনা থৌজান্দুনা যুধিষ্ঠিরগা লাম্বীনবীবোই হাঈবিবা অসি ঐখোইগী লাইবক ফবনি।

অহু তারহুনা বভ্রুবাহননা ঙকতা ফি য়েৎলহুনা অর্জ্জুনগী খুয়াদা খুরমলহুনা হাঈরকই "ইপা ইবুংঙো! ঐনা শগোল অসি খংজদবা মরমনা ফারুবনি। হৌজিকতি ইমানা তাকপিহুনা খংজরে—ঐসু ইপা ইবুংঙোনা পোকপিবনি হাঈবা খংজরে অয়োনবা অরানবা লৈবা পুমনমক কোকপি-গনি হাঈনা নিংজে" বভ্রুবাহনগী বা অহু তাবদা অর্জ্জুননা ঙাইহক্ খল্লগা হাঈরকই "করি মহারাজ! অমুক নমথাক তৌদবসু চুমনা মহাঈবিয়্। কৃষ্ণনা পাম্বে ওইরিবা যুধিষ্ঠিরগী অশ্বমেধ যজ্ঞগী শগোলবু অমুকসু অর্জ্জুননা ঙাকলিবা শগোলবু কনানাসু ফাবা ঙম্মক্তি ঙম্মবসু মরু ফংনা মাংহৌবা ঙাক্কনি।"

অস্নমনা অর্জ্জুনগা বভ্রুবাহনগা ভাইচাক য়াহৈগী লানফম শোকনরে। মতুংদা অর্জ্জুননা চিত্রাঙ্গদাগী মরমদা নত্ত নত্তবা য়াহৈ ত্তাংভকপা তারবদা ক্ষেত্রিগী ঈ ওইবগী খাংবা ভম্মক্তবা অমস্তুং মমা নিংবগী অয়ুংবা পুকচেননা মরম ওইহুনা বভ্রুবাহননা অর্জ্জুনগী মাংদা পাপ্নোম্ব তিংহুনা নোংশাবু ভমজবা খোম্রেননা লাউরকপা অহু তাবদা পৃথিবী নিক্তবা ভমখিদে। "ঐবু পোকপা নভ্রবদি ফরে অর্জ্জুন! ঐনা ইমাগী য়াথং ভাকে তৌরুবদা ইকাইবা ফংবনি। ফরে, থোকথ্রবনি। তৌইগুম্বস্তুং হৌজিক্তি য়েংনসি, মণিপুরগী নিংথৌ বভ্রুবাহনদগী শগোল মুল্লগদৌবদি পাণ্ডবকী অর্জ্জুনগুম্বা লিশিংদি থস্নু থমথ্রো, স্বর্গ, মর্ত্ত, পাতালদা লৈরিবা লাই, মী, হিংচাবদগী হৌরহুনা তুমিং কাং ফাওবনা নামা লেপথিহুনস্নু ভম্মরোইদৌবনি।" অসি হাঙ্গহুনা বভ্রুবাহননা মনাইশিংদা শগোল পুশিনখ্রো হাঙ্গহুনা য়াথং পীরমলগা লানগীদমক শেম শাখি।

তৌইগুম্বস্তুং বভ্রুবাহন নিংথৌগী মমাংদা খাংগদৌবা কনা লৈবগে? বৃষকেতুনচিংবা পাণ্ডবকী অকনবা লানমী পূমনমক মথং মথং তুরে। মতুংদা অর্জ্জুননা থোরকপা উরবদা বভ্রুবাহন নিংথৌনা হাঙ্গরকই "অর্জ্জুন! নহাক্কী পাম্বে হাঙ্গববু কৃষ্ণনি হাঙ্গবা তাই। শ্রীকৃষ্ণ য়াওরমল্লবদি বভ্রুবাহনগা থেংনবদা মতিক চারমগদৌবনি। ফরে হৌজিক্তি

নশা কম্নবা লাকনরো—পৃথিবীদা প্রোকপ' জীবনা বভ্রুবাহনগী মাংদা লেপ্পা ওম্বা লৈরোই" অদু তারগনা অর্জুননা অশাওবগা লোইননা হাঙ্গিরকই "করি বভ্রুবাহন! নহাকনা তৌরিবা নাপল অদু অতৈ অমগী মফমদা তৌরবদি ফগদৌবানি। নহাককী মমিং তাবদা মরোল অছম্মক নিরুরবা, থাওবন থাহনা মৈ কৌবা লাইবু পেহ্লনবা ওমলবা. যদু শাগৈবু ওমহনা সুভদ্রা লৌবা ওমলবা অর্জুনগী মাংদা অদু-গুম্বা নাপল তৌবগী রাহৈ ওাংঙিবা নাহাক তোল্লবনি। অর্জুনগী মাংদা লেপ্পা ওমগদৌবা পৃথিবীদা কনা পোক্ল-বগে; ফরে নশা কপ্পনবা লাক্লরো।" অসি হাঙ্গিনহনা লবকুশগী লানফমগুমনা মপা মচাগী মরক্তা শকনবা লানফম থেংনরে। তেনগী নোং চুরে. থাংগী জগোই শানরে। তৌইগুম্বসুং বর য়াওরিবা বভ্রুবাহনগী মমাংদা থাংগদৌবা কনানো? বভ্রুবাহননা মাঙ্গ পাকলে, মরোল অছম ওমলবা অর্জ্জুনগী কোক মণিপুরদা তারে। মাসিদা গঙ্গাগী শাপ থুংলে।



# লৈবাককী রুহী।

তেংবানবদা মীওইবগী চৎনরিবা হৌনবী পূমনমক অসি থন্দুনা য়েংলুরবদি ঙক্কবা ঙমদে। হৌনবী পূমনমক অসিনা পুন্সুনা মাসিদা ঐখোইনা থবক অমতা ইনিং ইথা তৌনা তৌবা ঙমদ্রি। ঐনা পামজহুনা অমদি ঐগী লৌশিংনা নত্রগা ঐগী য়াথংদা অফবানি হাঙ্গনা নিংহুনা থবক অমতং হেক ফোংনা তৌরুবদা থবক অদুনা লৈবাককী হৌনবী কাঙ্গিরমলবদি ফবা ফনা ওইহুনস্তু মী তরানা, তৌকদে হাইহুনা হেকতা পম্থিংঙৈ। অদুগা ঐনা পামজবা নত্রগা ঐগী য়াথনদা ফত্তবনি হাঙ্গনা নিংহুনা তৌজনিংদবা থবক অদুস্তু লৈবাককী রুহীনি তৌদফদে হাঙ্গিহুনা লৈবাককী য়ায়েল চংঙরি। করি অমুক হাঙ্গিগনি,--তুম্বা চাবনচিংবা লম্নাইগী থবকতা য়ৌনা ঐখোইগী ইথকতা মীগী য়ায়েল চংবিরি। ঐনা চানবা লৈতহুনা 'ব্রত কৎপা' তারবদা পৃথিবীদা লৈরিবা মী কোটি কয়া অসিগী মরকতা অমতনস্থু ইহুৎ শিন্দুনা লামবিরবা য়াদে; তৌইগুম্বস্থুং হিরম অসিদস্থু লৈবাকনা য়ায়েলবিরি।—লৈরবদি অস্থুমনা চাও, অস্থুমনা শেৎলু। নংগী ইমুং মনুংগী নত্রগা বাড়ী সম্বন্ধ কনাগুম্বনা খিরবদি নপীমক তাবা ঙমত্রবস্থু কপ্তবা য়াদে; অসিনচিংবা

লৈবাককী রুহী পূমনমক অসিদি মীওইবগী মহৌশাগী তৌদবা য়াত্রবা থবকলা হাঙ্গবদি নত্তে; ঐখোইনা হরাওরগা নোকই, য়ারগা কপই মাসি মহৌশাগী হৌনবীনি। ঐখোইনা তৌরোই হাঙ্গবা ঙমদে। মাসি খেন্নবা লৈতনা জাৎ পূমনমককী মরকত্তা উই। তৌইগুম্বসুং মুপীনা লাইরিক তম্বা চুমদে, মুপানা কৈথেন কাবা হৌনদে, মৈত্তেলোননা লাই শোনবা লাইনা খংবিদে হাঙ্গবা অসিগুম্বা লৈবাককী হৌনবী পূমনমক অসিগা মহৌশাগী মীওইবগী হৌনবীগা করি মরী থোকপা হাঙ্গবা অত্তুদি ঐখোইনা খংদে। মুপানা পোৎ য়োল্লবদি মহৈ মরোং থোকতে, মুপীনা লাইরিক তমলবদি শগোল যণ মরাই তাই হাঙ্গবা মহৌশাগী হৌনবী অমা লৈত্রবসু ইকাইবা হাঙ্গবা পুকচেল অত্তুনা ঐখোইনা মাত্তু ইচং থোনা তৌবা ঙমদে; অত্তুগা মাসিগা ইকাইবগা করি মরী থোকক্কম লৈবগে হাঙ্গবা অত্তসু ঐখোইনা খংদে। মরমদি মাসিদা ইকাইরিবা অসি উবা অমসুং নৈনবগী য়াৎপা নত্তুনা করিসু নত্তে। অসিগুম্বা থূদম পূমনমক নৈনত্তুনা য়েংলগা খংবা ঙমগনি. লৈবাককী রুহী হাঙ্গবা অসি লৈবাককী মীনা থোকখ্রবা থোদোক খরগী মহৈ উত্তুনা মতম মতম অত্তুগী কান্নগদোবা য়েংত্তুনা শেম্বনি। মাসি মীওইবগী তৌদবা য়াত্রবা থবকমকলা হাঙ্গবদি নত্তে। মতম অমদা ইংরেজী তমলবদি মাংত্তি হাঙ্গরম্মী; পুকনিংগী অশেংবগা ইংরেজী তম্বগা করম্বা মুংনবা লৈত্রবসু মতম

অদুগী কান্নবা হিরম খরগী মরম মুন্না থন্মুনা লৈবাকনা হাঙ্গনখি। তৌইগুম্বস্মুং মতমগী মতুং ইন্না হৌজিক মীগী থাজবা পুমনমক অমুক ওনখিদুনা হিরম খসিমক মীগী অনৌবা পাউতাক ওইনরকলে 'লাই গুরুগী সেবা ওমনবা ইংরেজী কন্না তম্মু।'

লৈবাককী রুহী থুগাইরবস্মু মহৌশাগী মীওইবগী মরমদদি থোইনা কাঙ্গবা লৈতে হাঙ্গবদি চুমই; তৌইগুম্বস্মুং মাথু কাঙ্গনা চৎলবদি অরিং অরাংবা তাই। মরমদি মীওইবা হাঙ্গবা অসিনা ফনা চাওখৎপা নাঙ্গবা জীব ওইদুনস্মু মাখোইনা চৎনর বজবা. খংলবা হৌনবী অমবু থোওইদবা ওমদে অমস্মুং তৌনিংদে। মরমদি ঐখোইনা ইচং থোবা রাংপনবু ওইরবস্মু ঐখোইনা খংদ্রিবা অনৌবা হিরম অমদা থুং ঋিংজিংলুগদোবা কি। খংলবা, উরবা, লেপখ্রবা হিরম অদুদা য়েৎশিন্দুনা লৈনিংবা অসি মহৌশানি। চেন্নকলিবা ইচেল অদুদা হুঙ্গৎনা চৎসুদুনা করি নত্তবদা অরাবা নংডুগী ঋবি কান্নবা লৈবগে? লৈবাককী রুহী হাঙ্গবা অসি অফবস্মু য়ামনা লে, ফত্তবস্মু য়ামনা য়ামই। তৌইগুম্বস্মুং ফরবস্মু ফত্তবস্মু মাথুদা ঐখোইনা য়াদবা ওমদে; ফত্তে হাঙ্গদুনা ঐখোইনা থুং থাঙ্গৎলুবা ওমদে। অদুগা লৈবাককী রুহীগী অফযত্তবা খন্নবস্মু ঐখোইগী রারেংগী মরম অদু মরম অদুনা চৎনরিবা রুহী পুমনমক অসিগী

মরমদা য়াহৈ মঙা তরাদং ইহুনা য়ারে অসিগী পথৌ পীজরগে।

শমনা হাঈরবদা লৈবাককী রুহী পুমনমক মীওইবগী লৈতেং ওম্বনি। লৈতেং হাঈবা অসি শিনিংলগা শিবা য়াই, শিনিংত্রগা তোকপা য়াই; মাসিগা মীওইবনা মীওইরিবা অসিগা থোইনা নকনবা মরী লৈতে। লৈবাককী রুহীসু অহু মঙাই; মাহু কাঈনা চৎলুই হাঈহুনা মীওইবনা মীওইরোইদোবদি লৈতে; তৌইওম্বসুং এথোইনা মাহু কান্নদে হাঈরুবসু ওমদে। মাসিনা মীগী মনিং মথা ওম্বদি মাংহন্দুনা মীওইবগী পুনশিদা অরুম্বা অমা থোনবিই। মরমদি লৈতেং হাঈবা অসিমকতবু অরুম্বা ওাকুনি। মাহুদা মীগী মওং মতৌ কদাইমথৈ থেম্নহনবগে হাঈবা অহুদি য়াখন চাউবা মীনা থংডি। সিক কোল শিবনা হকচাং ফগগা নকনবা মরী থোক্তুবসু মাহু পুবগী অরুম্বা নত্রগা অরাবা খরদি মরেরে। অহুনা অমরোমদা মাসি লৈত্রবদি মীওইবগী মনিং মথা ওম্বা চাওখতুনা মুংডাইবা হেন্নৎপসু য়াই; হিরম পুমনমকতা থাইনগী সত্যযুগ হাঈবা অহু অমুক লাকপসু য়াই। তৌইওম্বসুং অরাবদি, থাইনগী ইপা ইপুশিং অহুনা তৌরম্বওমনা য়ুম কাউথোকতুনা উমংদা লৈবা, অশংবা উহৈ চাহুনা ফংলগা শেৎ, ফংত্রগা তোকতুনা পানবদি মীওইবনা তৌবা য়াররোই অমসুং পাম্মরোই।

# পুকচেল চাওরবা আলফ্রেড।

খৃষ্টগী মাপল ৮৭বা চহি চাগী ময়াই ৱাইদা ইউরোপকী দিনেমার কৌধা মাং অমনা মশীং লাকওমদ্রবা লানগী হি পুরদুনা ইংল্যাণ্ডগী নোংপোক থংবা তোর্ব্বানদা মতৌ করমনা খুন্দাবা খিবা অমসুং মতৌ করমনা ইংলণ্ডগী মী পুমনমকপু খিবা, খুদং পুমনমকপু খুত্তাক লান-শিহনবা অমসুং হুনা হাঙীবা থোক্লবা মুংশি হৈত্তবগা লোইননা মীগী থুম পুমনমক নমদুনা মুনদুনা লৌথিবা হাঙীবা অদু ইংলণ্ড ৱারী পরিবা মী পুমনমকনা থংলিগনি। ইংলণ্ডগী মরাইবদ ফবনা অঙ্গুষ্টা অৱাবগী মতম অদুদা আলফ্রেডকী শিংবা অমসুং ধর্ম্ম চেনবা নিংথৌনা পাম্লমদ্রেদা ভকী করম্বা অৱাবা দশা তারম-গবা হাঙীবা অদু হাঙীবা যনা লুই। আলফ্রেডনা মহাককী মপু এগবার্টকী মচাউগুমনা ফজবা অমসুং মথৌনা ফবা নিংথৌ ওইরম্মী, মংল মখা ময়াম্বা গুননা লৈতেংঙি হাঙীবগী ইংলণ্ডগী হাতহাসদা মহাকপু আলফ্রেড দি গ্রেট নত্তগা পুকচেল চাওরবা আলফ্রেড হাঙীনা থনৈ।

মাহাককী মচৈ তম্বা পামবগী মরমদা ৱারী য়ামনা লৈ। আলফ্রেডনা নহা ইরিবৈদা নোংমা মমাগী মখুৎতা ফজরবা লাইরিক অমা উরদুনা মপুকনিংদা পামলম্মী অমসুং মাত্তদগী

ঞেন্দোকতুনা মচিননা থোকনা নিরকলে। মমানা মচা পুম-নমক কোরছুনা হাঙ্গিরকই, "নখোইগী মরকতা অহানবা পাবা ওম্বা মীনা লাইরিক অসি ফংগনি।" অহুগী মমিৎতগী আলফ্রেডনা মপুকনিং মুংনা হোংনছুনা থুনমক লাই-রিক অহু পাবা ওমখী। অঙাংদি নিংথাদা থংভি হাঙ্গিছুনা মাসিনা আলফ্রেডকী তুংদা লাকদোরিবা পুনশিগী মরমদমু খুদম অমা ফংবা য়াই। আলফ্রেডনা ইশৈশমু য়ামনা পামলম্মী। আলফ্রেডনা ইশৈ শকতুনা মমানা মাগী মতুং ইন্না যন্ত্র খোংছুনা মাগী ইমুংদা স্বর্গগী মুংঙাইবা অহু ফংবা ওমখী।

তোইশুমমুং তমথিরবা দিনেমারশিংনা ওৎপনা আল-ফ্রেডকী মহৈ মশিং তম্বা অমমুং ইশৈ ঔরাইবগী য়ৈথাইনা ওইখী। নিংথৌগী সিংহাসনদা ফমছুনা রায়েনবা হৌরবা-মক্তমমু ইংলণ্ডগী মীনা দিনেমারশিংবু কিবনা মাহাকপু নিংথৌনি হাঙ্গিছনা ইকাই খুমনবা য়ৌনা ওমখিদে। মাহাকনা অচম্বা ফি শেংলহনা লোননা লৈবা তাখী অমমুং সমার সাম্বারগী মন্নুংদা যণ শেনবা মুপা অমগী মমুমদা লৈছুনা চান্নরবা মরুপ থরগী থৌজাননা লৈবাককী রা পুমনমক ফংছুনা ইংরেজ ল্যানম থিবা লাকনরম্মী। যণ শেনবগী মমুমদা লৈরিঙৈদা থগকতা মাই ওন্থোকপগী দমক যণ শেনবগী মছুনা মাহাকপু য়ামনা ঙাং-শকখী। রারী অমা লৈ—নোংমা যণশেনবগী মতু অছুনা তল থরা থাংদা

থোক্ষংলমলগা আলফ্রেডদা শিন্নরমহূনা থবক অতোপ্পা অমা তৌথিরম্মী। তোইগুম্বম্নং আলফ্রেডতি লানগী রাথল তৌরিবৈদা তলগী রাজি কাউথোকখিহূনা মাচ কাহূনা মাংথ্রে। মপশেনবগী মতু অহূনা চংলকলগা য়ামনা অয়াকপা রাহৈনা চৈরকই ; তৌইগুম্বমুং মতুংদা নিংথৌনি হায়িবা খংলকলবদা মাহাককী খুয়াদা তুরহূনা ভাকপিয় হায়িহূনা নিজরকই। "ঐগী দোষনা নংগী তল মাংখ্রিবনি ; নথোইনা ঐবু মুংভাইনা অমম্নং লুনা য়োকপিরিবা অসিগাদমক নথোইগী লমন তোন্দূনা লৈরিবনি" হায়িহূনা আলফ্রেডনা মথোই অনিমক্তুগী বিদায় লৌরগা লান চংখিরম্মী। অকনবা লানফ থেংনরবা মতুংদা দিনেমারশিংবু ভাম্থোক্নুনা লৈবাকপু মপানগী য়েকনবদগী কনবা ঙমখী।

আলফ্রেডনা অম্মুমনা দিনেমারশিংবু মাঙ্খীবা পীরবা অমম্নং লৈবাক মপুক তপনা থমলবা মতুংদা অমুক মহৈ মশিং তম্বগী মরমদা পুকনিং চংলকলে আলফ্রেডকী নহা ওইরিবৈদা মহৈ তম্বা পামশিনবগী হুনখিবা মরু অহূ হৌজিক পাম্বী ওইনা হৌহূনা মরৈবাককী কান্নবগী মশক ওইবা নিংথিবা শকফম ওইররে। মাহাককী মরুমদা থুগুনা ইংলণ্ডগী মীনা মপানগী য়েকনবগী মশক ওইরবা চাকলবা মৈশাদগী ইংনরে হায়িবদা নত্তে। মাহাককী মুংশিবা, অথুম্বা মহৈ মরোং চাহূনা ইংলণ্ডগী মীনা চাওখৎপগী লম্বীদা চংশিন্নবগী থুদোংস্থ চারে।

ইংলণ্ডগী মীবু মাহাকনা মহৈ তম্বদা হৈনিংবা পীবা অমস্থুং প্রজাগী মহৈ তম্বদা খুদোং চানবগীদমক শেল য়াম্না তিংনা মকম মকম খুদিংদা লাইব্রিক তম্ফমশং লিংখৎপা, লাটিন নত্তনা তমনিংঙাই লৈরমদবা ইংরেজশিংগী তম্বদা খুদোং চানবগী লাটিন লাইব্রিক পূমনমক ইংরেজীদা হন্দোকপা মশানস্থু অফ অফবা লাইব্রিক ইত্তনা লৈবাককী মীগী মরক্তা মহৈগী কান্নবা শনদোকনবা লাকনবা পূমনমক অসি থেল্লু-ববনি ইংলণ্ডগী নিংথৌশিংগী মরকতা আলফ্রেডকী ফম্বাননা কদাই মখৈ য়াংকন থোকপগে হাঙ্গৈবা অদু য়াখন চাউবা মী পূমনমকনা খঙবা লৈতে।

লম অসোমদদস্থু নত্তনা মাহাকনা সৈববাককী চাওখৎ-নবগী লম অতৈংস্থু থৌশাদবা তৌদে। ঈশিংগী লানফম থেংনবদা য়েকনবগা মাইয়োকনবদা য়ানবা অফবা হি শানবগী অহানবা পাস্থু শেস্থু আলফ্রেডনি হাঙ্গৈবদা লানবা লৈতে। মাহাকনা হি পূমনমক অদু ডিনেমারবু তাম্থোকনবগী থবক্তদা শিজিন্নদে ; ইটালী অমস্থু ফ্রান্সনচিংবা অতোপ্পা লৈবাকতা হি পূমনমক অদু থাত্তুনা ইংলণ্ডদা লৈত্তবা ইংলণ্ডদা থোক্তবা-ছাপা নম্বা লাইব্রিক অতৈ অতৈ কান্নগদৌবা পোৎ পূমনমক লৌরুনবা অস্থুমনা মরৈবাককী মীশিংবু অতোপ অতোপ্পা লৈবাকতা থাত্তুনা মীরৈবাককী হৌনবী 'আচার ব্যবহার' মহৈ মশিংনচিংবা তম্মুত্তনা হৈরক শিংলক-

নবগী থবকতম্ব শিজিন্নহুনা মরৈবাককী ওমখৈ লৈত্রবা কান্নবগী থবক পূমনমক তৌহুনা মী পূমনমককী তৌবমল থংবগী মক্ষম ওইখী।

অস্সুমনা নিংথৌ আলফ্রেডনা মথল মথা অয়াম্বা লৈপাক্কী কান্নবা থবক তৌবনা ইতিহাসদা অমাং-অতা লৈত্রবা ফিংচং পূমনমক থনমহুনা চহি কুনগা মাপল হংলগুগী ফম্বাল লৈ তেং-দম্লগা শিখী। মাহাকনা শিরমদাইদা মচা এডোয়ার্ডপু খৌরহুনা মরৈবাক অমস্যুং মাহাক্কী জাৎপু মুংশিয়ু অমস্যুং প্রজাগী মক্ষমদা অচুম্বা ব্রায়েল পীনবা লাকনৌ হায়বগী নরমদা হন্না হন্না পাউতাক পীরম্মী।

আলফ্রেডপু ইংরাজ জাৎনা মুংশিবগী মরম করিনো ? মরম অতৈ থংদে, মীবু নংনা পুকচেল তিংনা মুংশিবা হৈরবদি নংস্যু শোইদনা মীগী মুংশিবগী থুদোল ফংগনি। মাসি তেংবানবগী হৌননীনি, তেংবানবগী নিয়মনি। ঐখোইনা শিগ্রবা নিংথৌ আলফ্রেডপু কৌথহুনা অতৈমক ওমজবস্যু ভক্তিগী চন্দন মখৈদং নগা মুংশিবগী লৈরাং মখৈদং কৎপা পাম্মিবা অসি কারগী-নো ? মরম অতৈ থংদে মীবু মুংশিয়ু মীবু চান্নু, মীগী ফনবা মীগী কান্ননবা লাকনৌ; নংস্যু শোঈদনা মীগী মুংশিবা ফংবা ওমগনি। মীগী অফবা মিংচৎ হাঈবা অসি মীনা মুংশিবগী মহৈনি; নংস্যু মীবু মুংশিয়ু, মীনস্যু নংগী মুংশিবগী লমন খুম্মগনি—চহি লিশিং কয়াগী মতুংদস্যু থগোইগী লাইশংদা নংবু জৈরাংনরগনি।

# অতনবা

## অমস্মুং

# মপুগী শিঙ্গুং ।

তাইবংপানবা অসি অওইবমক মাবু শেম্বা মপুগী শিঙ্গুংনি। লৈতাও কারবা লৈপাকতম্মু লাংগোল য়োংলম ফাংতুনা মঙ্ক ছুন্দবা য়াদে। পাম্বীদগী লশিং ফংঙি হাঈতুনম্মু লং ওইনা হেকপা য়াদে; নাইতুনা মেৎতুনা মাতুনা মতিক চাবা ফি শাগ-দোবনি। লৈম্নুংদা ধাতু লৈ হাঈবদি চুম্মি; ত্তৌইগুম্বম্মুং মাতু ফুকতুনা শিজিন্নবা খুজু খুলাই অমম্মুং ফিজেৎ লৈতেং শাদবা য়াদে। অতুনা ঐখোঈনা হাঈনিংঙি— তাইবংপানবা অসি থাংগৈশেংবা মপুগী শিঙ্গুংনি। অতুগা য়েংঙু কোরৌ হনবনা লাঙ্গোই খুরুপ থৌতুনা তাইবং মালং কোঈরি। অমুক কোরৌ হনবনা নোংচুপ চীংয়া হেক থাঙ্খিবগা অহিংগী অতিয়াদা থা অমম্মুং থরাম্মিচাক লিশিং কয়ানা (চাকশিন্নবা) থোকতুনা মপুগী পুকনিং ফোংদোকলি। লোইবী চীঙ্খাং কাখৎলু, অমম্বা গুগাদা চংশিল্লু; উবা ফংগনি—তেংবানবা অসিমক্তবু মাবু শেম্বা মপুগী শিঙ্গুংনি। ককথেং খোইয়া পিকপদগী পিকলবা (পরমানু) য়োনা মপুগী য়াথং মখা পোল্লিবা তেংবানবা অসিদা মীগুমনা চাওখৎপা। চামগী মপু ওইরিবা জীবনা ফমনবা লাকপনি অমম্মুং ফমতুনা মিংশেম্বা

শকফম অমুক্তং য়েংলগা হেনগদৌবনি হাঙৈনা খনগদৌবদি খল্লুবনা লানবনি ।

অদুনা অতনবা হাঙৈবা অসি থম্মোই লৈরাংদা তোংবা তীনগী মশকনি। অপাংবশিংনা অতনববু অরা পোখানকমনি হাঙৈনা নিংবা য়াই; রাখস্নেনবা পাখংশিংনা মাসিবু অফ-মুঙাইগী থবকনি হাঙৈনা নিংবস্মু য়াই; পুকচেল লেপ্তবা অশিংবা মীনস্মু পুকনিংদা মাহাককী মুঙাইবা অদু ফাওদুনা মীচোল্দা পাউত্তাকনবা য়াই; তৌইগুম্বগুং ঐথোইনা খংজি, মাসিনা তোংখ্রবদি তীম্না চাবা লৈগুম্না কেন্দুনা থম্মোই অসি শোঙৈদনা লৈখা তাই। নহা ওইরিঙৈ, গুরুগী য়াথংনা কাউথ্রিঙৈ, মুঙাইবা নত্তনা অরাবা রাখল থিদ্রিঙৈগী মতম অদুদা মাগী লৌশিংগী মৈরানা লৈবাক ঙাম্নররনি হাঙৈনা নিংনরম্বা অঙাং কয়ানা অতনবদগী মীগী মচাক চাদুনা লৈখিবা, মাগী মরুমদা মনা পুংবা বটকী মতৌগুমনা অরা অনা তাবা মী পুমনমককী চংজনফম ওইররগনি হাঙৈনা নিংনরম্বা কয়ানা অতনবদগী মীগী মুখাক চাত্তনা লৈবা অমদি মাগী পাম্বোম শাস্তোক-লকপা মতিক মগুণ উবদা মী কয়াগী থম্মোইনা হরাওবনা জগোই শানখ্রবা, মাগী মিংয়েং অমতনা অত্তিয়াদা কুপ্পা নোংথাংগুমনা মী চামগী মিৎ কুপহংপা ঙম্বা, মাগী মচিন্দ-গী থোরকপা মরাহৈ খরতনা মী লিশিং কয়াগী পুকনিংগী ঈপাকতা অনৌ অনৌবা ঈথক হৌহল্লিবা ঐথোইগী নিংনফম

ওইবা মী কয়ানা অতনবদগী ভিক্ষাগী ঝুলি পুনা চৎপা নত্রগা কৈশুমশংদা ত্থানা লৈবস্থু উখ্রে। অওইবমক অতনবগী ব্রা অসিদি ফাগি জুগাই তৌদুনা হরাওনফম থোকতে; মরমদি অহানবদা মাগী ময়াইনা ফনা কন্দুনম্থু অশিংবশিংনা "পেম্মা য়েহ্লৌ ফবী, য়াঙ্গেন তোঙ্লোই যেংনশি" হাঈদুনা করেল্লবা অসি থাদোকপা ওয়দে।

অতনবগী মমিনা হেক তাবগা পুনশি অসিমগী হোৎনফম থোকপা পুমনমক অমুক্তা ওইন মাংই। ঈশ্বরন নত্তোন্দা মিৎ পাবিরমই; নংনা মিৎ অদুদ উফুল চাইশিনদুনা মিত্তাংবা ওইদুনা লৈরি। লাইনা নংত্তোন্দা নাকোং পীবিবম্মী তৌইগুম্বস্নু নংনা মাদুদা য়োংশিংডোং থিঞ্জিন্দুনা পংদুনা লৈরে। অহ ওইরবদি কনাগী অমাংবনো? লাইনা পীন-বিরম্লবা খুৎনা খুংকী থবক তৌব্রবা অদুগা ব্রাথন্না মাগী থবকতা শীজিন্নত্রবদি মাথোই অসি অওইবমক লেতেং তারে। অদুদা অমাংবনা কনানো? নহাক নশানা নশাগী চাওখৎ-পগী লম্বীদা শৌ থাকচরনি। নশাগী শকক খুদিংমক অদুবু নশানা শিজিন্নফম থংত্রবদি নশা অদু অরেম্বনি। তৌইগুম্বস্নুং অসি পুমনমক উরগা, অসি পুমনমক তাবগা ঐথোইনা থংম্ভি—"তেংবানবা অসি মপুনী শিঙ্গুংনি।"

ম'হুস্থু ফরি, অতনবনা মশাগী মাংনবতা ওইরবদি হাঈনিংঙাই অমস্থু লৈ—নোমদুনা নশা মুত্তাইজনবা হোৎনৌ,

নংনা ঐভেন্দা পৈশা য়োংতোংবা অমতস্থু নত্রগা চেং থুয়া অমতস্থু চাও হাঙ্গৈহুনা পীবিরগদৌবা লৈতে ঐনা তম্দুনা খিন্দুনা লৈজগে, ওকশমদা ছুরিনা থিনজগে, থুজিন্দা ফুম য়ৈশিঞ্জগে, নংমা নাবিক্রুরিবা করিগীনো? তৌইগুম্বস্থুং মাহু তাহনেস্থু ঐথোইনা পেনবা ওমদে। মরমদি নংগুম্বা মী অমমম কয়ামরুমনা জাৎ শসিমা থোকখিবনি। জাংকী মরক্তা অমনা অমগী মরেং পাংবা নত্তনদি পানবা য়াদে। লৌউবা য়াওদ্রবস্থু ফি শাবা হিংবা ওস্মোই অহুগা ফিশাবা লৈত্রবস্থু লৌউবা মীস্থু পানবা ওস্মোই। অস্থুমনা মহৈ মহৈ মানা মানা হৈবা, মানা মানা ওস্বা থবক তৌহুনা জাৎনা নোংম নোংমগী চাওখৎপগী লম্বীদা চংশিললিবনি। অতনবা নং হাঙ্গৈমু, ঐদি লৌ বা তল্লি—চাক চারোই। ফি শাবা হৈতে উকু শেংতগে। শম ককপিগমু জটা পুজগে। তৌইগুম্বস্থুং নংদি অহুদি নত্তে। নরৌশিংনা ওইরবস্থু, নপাঙ্গননা ওইরবস্থু তৌহুনা হোংবা অহুনা উবা ফৌ চারি, চাউবা অহুনা শাবা ফি শেংলি। অহুনা নংদি পীথোকপা কৌবা হৈতে, লৌশিনবদা থংলি। মীনা খংদনা মীনা উদনা জাংকী লম্ছুম মহেং তাহল্লি অমস্থুং চাওখৎপগী লম্বীদা শৌ থাকলি। ঐনা কালেনগী মুংশা ব্রাকচিংগী উন থাংহনা নোমলি; অহুগা নংনা লাঙ্গফাইরেন থাগী হৈনম লৈনমনা চূরবা মোন্দুম মোস্তক মথকতা হিপুনা ঐনা তাঞ্জবা অহু চাবা য়াওবিরি। অওইবমক

শাওনিংফম থোকই। চাকচমাং অমতং নোম্মুরগা ঐগী নোংমগী ওকনবা ফংজগদৌবা ঐনা নোংমা চুপনা নোম্বা তারিবা অসি নত্তাকনা অমস্তুং নংগুম্বা অতনবা য়াম্বননি। অরাৎপা লৈগত্রা হাঙ্গৈবগী কিবনা ঐখোইনা নোংজু মুংশা খাঙ্গদনা লাঙ্গল য়োংলম ফাংলিবা য়োংলৈ নোংথাং শারিবা অসি উরুরগা থম্মোইদা লনলৈমগী থৌজানগী মিৎয়েং ফংফম থোকই হাঙ্গৈনা নিংঙি; তৌইগুম্বস্তুং অহু মকুদা অতৎপা লৈতনা অরাবা অনংবগী চৈনাখোল ফংলিবা অসিগী মরমবু নহাকনা অমস্তুং নহাককী মরুপ অতনবা মী থরগী থৌজান্ননি। ঐখোইগী জাৎ অসি তাইবং মীগী হকচাং অমগুম্বনি। নংনা জাৎকী হকচাং অসিগী থোং ওইরো ফরে, ঐনা মাহুগী খুৎ ওইরগে। তৌই গুম্বস্তুং থোং নংনা খোংগী থবক তৌত্রবদি ঐনা খুৎকী থবক্কা লোইন লোইননা করিগী খোংগী থবক তৌরুগনি? মরম অহুনা অতনবা হাঙ্গৈবা অসিদি জাৎকী হকচাং অসিদা ঙকশমদা থুংবা ঘীগুমন্না য়ান্দূনা লৈরি কান্নবা মরম লৈতনা মাগী অরুম্বা অহু পুহ্নবা ঐখোইগী জাৎনা নোংমা নোংমগী কংশিল্লি।

মথকতা হাঙ্গৈখ্রিবা অতনববু মুডাইবগী খুৎমনি হাঙ্গৈনা নিংখ্রিবা মীশিং অহুগী মরা তারগা ঐখোইনা নোকনিংঙি। মরমদি তেংবানবা অসিদা থবক লৈতবগা মান্ননা রাবা থবক অমা লৈত্রে। অমৃত থকই—হুগুমনা থাই, তেরা মোম্পাকতা হিপ্পি তিঙ্খংনা থিল্লি। অতনবগী লৈনফম

লৈতে, মুঙাইনফম থংদে। ওলাংথাগী মৈবুন হৌরবা কোরৌহনবগী মৈশানা হকচাংদা হুমাংগী ঈরাং হৌরবদা নিংঙ্কি—নোংজুথাগী লাঈজ ঈনৌ লাংলগা চন্দন থিকপা লৈরাংগুমনা অরা মৈচাক কোকাথিগনি তৌইগুম্বস্নুং কুমগী ঈনৌদা নোংনংবা উচিগুম হেক নংবদা বসন্তগী খ্বাগী মুংশিং নামিবনা মৈরবদি অরা পোথোকনগনি হাঈনা নিংঙম্মী :তৌইগুম্বস্নুং মশানা মশাদা মুঙাইফম লৈত্রবদা মপানগী মালংবনা করমনা মাগী অরাবা কোকনগনি ঙালশ্মী মমখ্রে। মম্মুশ্মি ঙালকলে, চীংথৈ ফিরুপ হুম্লে, কাকী লানবাউ শিল্লকলে ; মপুগী থবককী লম্বীদা মুংঙাইবগী ঈচেননা চাংজৌ থুমনা চেন্নে। থৈরবদি পুকনিং তুজুং হরাওবা য়ারে। তৌইগুম্বস্নুং অতনবশিংগীদি মুঙাইবা শরুক তমদে। অমম্বা অহিংদা কুপ্পা নোংথাংগুমনা চিনবানদা অর্থ লৈতবা মীনোক লৈরাংনা পুঙ্গোই ফাদনা শাংলবস্নু মনিং হোবা উতোংগুমনা মফমদ করিমত্তা লৈহৌদে। অওঙ-বমক মতিক চানা নোমলবত্তদা তুম্বা মুঙাই, চাবা হাউই। করিনা হাঈববু মপুগী লোইশং অসিদা অতনবগী মফম লৈতে।

অদুগা অতনববু অচৌবা মুঙাই য়াইফবগী থবকনি হাঈনা নিংবস্নু লাল্লি। মরমদি, মাখোইনা মনিং মখা তম্বা, পুকহেল চাউবনচিংবা মীওইবগী অক্কবা পুকচেল পুমনমক অসি অচৌবগা নকনবা মরি লৈ হাঈবা খাল্লমলবদি অতনবা তোক্কনা থবক্তা খুৎ পাঈরমগদৌবনি। মরমদি—মাখোইনা

তা'বং মীনোক চংবা, মশাগী পো'লুম মীগী লেংবানদা থো'বিবা, ইমুং মচুং থাকনবগীদমক মীগী শাইগং তাংবা অসি অপিকপগী থবকনি হাঙ্গৈনা নিংলমলবদ লোম্বদা পুন্ননিং চংতুনা অতনবগী মরমদা তাথীরা ভাংলমগদৌবনি। মাথোইনা মপুগী য়াথং থৌশাদতুনা, লৈবাক রায়েল কিদতনা অতনবদগী পাপকী থবক হুরানচিন্থীবনচিংবা ভৌবা অসি মশা লৈথা তানবগী থবকনি হাঙ্গৈবা রাশল অসি ফংলম্লবদি নোম্বা কনবগী অর্থ অচৌবগা অমত্তনি হাঙ্গৈবা থংলমগদৌবনি। অতিয়াদা পাইরিবা বেলুন, মুংশিংকী মমাং থানা চেল্লিবা রেলগাড়ী তাইবং পুকনিং শুক্সংলিব। মুংশিবা রারেং অসি নচিংবা পুমনমক অসিগা নোম্বগা নকবা মরী লৈ হাঙ্গৈবা থংলমলবদি মাথোইনা অচৌবা হাঙ্গৈবা অসি নোম্বত্তনি হাঙ্গৈবা থংলমগদৌবনি!

অহুগা চহিদি নহা নত্রবস্থ লৌশিংদি নহা ওইরিবা মীশিংনা পাউত্তাকনবা তাই,— লাইনা য়াংপা খয়াংনি— পোকওমদনা পোকলবা মপোকনি. মুভাইহৌ। তৌইশুম্বসুং মাশোই অহুদা ঐথোইনা অমুক্কা হাঙ্গৈনিংঙি— তাইবংপানবা অসি মপুগী শিঙ্গংনি। নংনা হৈবোং মখাদা হিপ্পুনা লৈরগা নোংদম্বা বিধিনা লাইরৈবাকতগী কুমথরকতুনা ননাকতা নোংদম্মে হাঙ্গৈবা অসিদি য়ামনা লানবনি হাঙ্গৈনা ঐথোইনা নিংঙি। মীওইবনা অসুমনা পুনশিগী অরাবা ঈপাক্তা থোং নামতং

হেক থাংজিল্লকপদা মহৌশা হাঙৈবী লাইরেম্বীনা নাপচিক্লনা পাউতাক পীই—তনগন্নু, থবকতা মাঙৈ ওনশিল্লু; নত্রবদি নংগী থম্মোইগী পোথাকশ লৈবোই।. মীওইবনা অম্নমনা চংনা শিবা মীগুমনা ঈহৌরককপদা তাওব, নাপীগুম। তাউহুনা লৈরবা, হৌগংকে হাঙৈহুনা হোৎনবা য়ৌনা তোকলবা মতমদা ককচেং থোইয়া, উপান ল্লাপাননচিংবা পূমনমকনা নাপচিকনা মপুগী পুকনিং তাকপিই— তনগন্নু; মতমনা লৈ-রিঙৈদা হৌগংতৌ; হৌগংহুনা হুপা থোপাং য়েংহৌ। মপুগী শিঞ্জং অসিদা অতনবগী মফম লেতে।

---

# য়ুহারাবা অমস্তুং মৈগী চীং।

য়ুহারাবা হাঙৈবা অসি তেংবানবদা অঙকপা থোরম অমনি। পুকচং ঈফাইবনচিংবা অনাবা অতুগা অকনবা হুংশিংনচিংবগী মতৌগুমনা য়ুহারাবনা কদাই ফাওবা মীগী মাংনবা তৌবা ঙম্বগে হাঙৈবা অতু হন্দককী জাপানগী য়ুহারাবগী ল্লারম পারগা নত্রগা তারগস্নু থংবা ঙমগনি। মীওইবগী মাংনবগী মশক ওইনবা মহৌশাগী থোথোক অতৈ অতৈ অসি অয়াম্বদি থোকলরনি হাঙৈবা মাংজোননা খাংবা ঙম্মি, কিহৌনবা মতম ফংঙি অমস্তুং কিহুনা মাহুদগী

কনবা ওমনবা থৌরাং তৌজহৌবা ওস্মি; তৌইগুম্বসুং য়ুহারাবা হাঙৈবা অসিদি করম্বা মতমদা থোক্কদগে হাঙৈবা থংবা ওমদে; করিগুম্বদা লৈবাক মচেৎ অমা কাইদ কাইদ হাঙৈহুনা তোকই করিগুম্বদসু অকিবগী মশক ওইনা হাঙৈ-হুনা লৈবাক মাংতাকনবা তৌই।—করিগুম্বদা অচৌবা দোলাল, মন্দির পূমনমক লৈমুংদা ফুমজিন্দূনা মাং তাকহল্লি, করিগুম্বদা মমাগী তম্পাকতা হিপ্তুনা থোমল্লাং অমৃত থকল্লিবা অঙাংগা লোইননা লৈমুংদা ঈনশিল্লি, করিগুম্বদা মুঙাইনা তুমথুল হুন্দুনা লৈরিবা পূমনমক লৈমুংদা ফুম-জিন্দুনা থুম্বাক-ল্লানশি থোকহল্লি। ঐখোইগী ইপা ইপুশিংনা লাপনা থোকখ্রবা 'থরাম্মিচাককী মরমদা মুম্না থংলম্মী। করম্বা কানদা অতিয়াগী করম্বা মফমদা করম্বা গ্রহ থোক-লক্কনি হাঙৈবা ফাওবা চহি তরাগী মমাংদা উবা ফংঙি। তৌইগুম্বসুং ওঝা থেঙ্নাগী দোষনা ওইরবসু য়ুহারাবগী লাইরিকতদি থম্বিরমদ্রে। মরম অহুনা লৈবাক পুহুনা লৈরিবা ওক শননচিংবা লাইশিংদা শিন্নবা নত্তনা তৌনিংঙ'ই লৈদ্রে। ঐখোইনা ঐখোইগী লৈবাককী থাজবা অসিদা ফনা পামজবা লৈহুনসু মীরৈবাককী রাসু থরা মতানিঙি। মাসিদা ময়াংলৈবাককী অহল অমনা মতম অমদা ঐঙোন্দা হাঙৈথিবা অমা নিংশিংঙকই—ঐখোইনা অতিয়াগী মরমদা হেন্না থংঙি মরমদি ঐখোইনা শিরগা দাহা তৌবা অসিনা মৈথুনা অতিয়াদা পাইথত্তুনা মাহুগী মরমদা থংজিনবা

হেল্লি; সাহেবশিংনা লৈম্নুংগী মরমদা খংবা হেল্লি; মরমদি মখোইগী মপা মপুদি লৈম্নুংদা ফমুম্বা ঙাকতনি; মাসিনা ফনা ৱাহৈগী ৱাহৈ ওইদুনস্থু মফম অসিদদি ফনা মতা চাই। ঐখোইগী ইপা ইপুশিংনদি য়ুহারাবা অসিগী মরমদা মতমগী মতিক চাবা পাউথুমদি খম্বিরমত্রবনিনা মাখোইগী ৱাস্থু মথন্নসি।

মরম অসিনা হৌজিকতি ঐখোইনা খংবা ঙমলে, য়ুহারাবা হাঙ্গৈবা অসি থোশাদবা য়াবা থবকতি থোকত্রে; ঈশ্বরগী অঙকপা থৌরম অসি ঐখোইনা খাম্বামক ঙমদ্রবস্থু মাসিদগী কনজবা ঙমনবা পাম্বৈ থিদবদি অরানবা তাই; তৌইগুম্বস্থুং অরাবগী হিরমদি মাসিগী পাম্বৈ ঐখোইনা লাম্বা ঙংদ্রি। হৌজিক ইউরোপকী হৈশিংলবা পণ্ডিত-শিংস্থু মাসিগী মরীদা মিৎয়েং চংশিন্নবা হৌরকলে অমস্থুং মাখোইগী অকুপ্পা ৱাখননা ওস্লোক ওস্লোকপা মরু ওইবা হিরম কয়াস্থু ফোংদোকলে। মাখোইনা পাকলবা পৃথিবীগী য়ুহারাফম থোকপা মফম পুমনমক লৈই চিংদুনা তাকলে। তৌইগুম্বস্থুং অসি ফাওবা অসিদা ঐখোইনা খংবদি মাখোইনা হাঙ্গৈবা মফম পুমনমক ভশোঙ্গৈবা নাইদনা য়ুহারাগল্লি হাঙ্গৈবা চুপ্পি; তৌইগুম্বস্থুং ঐখোইনা ৱাবদি মফম পুমনমক অহু নত্তনা পৃথিবীগী মফম অতৈ অতৈদস্থু য়ুহারাদুনা য়ামনা মাং তাকপগী পাউ তাবা ফংঙি। চহি কয়া মরম শুরে

ইউরোপকী মমিং চৎলবা ডাক্তর অমনা য়ুহারাবগী মরমদা মুম্না থন্দূনা অচুম্বা হিরম কয়া মরুম কোংদোকলে অমস্নুং য়ুহারাবগী মমাং থরা মাংজৌননা খংননবা পান্বে শেমলে। মাহাকনা অহানবরা নিংথিরম্মী শা উচেকনচিংবদি মাখোইগী মহৌশাগী ওইবা লৌশিংনা য়ুহারাগ্রিউঙদনা মাসি খংহনা ওন্থোক ওন্থোকপা খুদম তাকই। তোইগুম্বনুং মাসি অশোঙবা নাই হাঙহনা মহাকনা ওন্থোকপা যন্ত্র অমা শারে; মাহু য়েংলবদি মাংজৌননা য়ুহারাগনি হাঙবা খংবা ঙমনৈ; মাহুদা মখোন খোকপা শরিকনচিংবা পান্দুনা মীবু চেকশিনজহৌনবা তাকপিরা ঙমলে।

ঐখোইগী ইরাইবক ফবনা মৈগী চীং হাঙবা অসি মিংনা উবমক ফংঙ্রবম্ব শিকলিঙদগীনা পৃথিবীগী ব্বারম তম্বদা খংবা ঙমলে। মৈগী চীংদগী মৈ খোকপা অসি য়ামনা ঙকপা থৌরম অমনি। করি করিগুম্বা চীংগী মৈথোকফম মখূনদি ক্রোশ অনিহুম পাকপস্থ য়াওই। মাহুদগী অতৎপা লৈতনা মৈথু, মৈরী ধাতুগী পোৎলম অতৈ অতৈ অতিন্নাদা কাথংলি পণ্ডিতশিনা হাঙ মৈগী চীং অসিগা য়ুহারাবগা য়ামনা নকনমা মরী লৈ। অহুনা মৈগী চীং লৈবা মফম পুমনমক অহু য়ুহারাগনি; জাপানদা ফুসিজামা হাঙনা কৌবা মৈগী চীংজাও অমা লৈ, অহুনা মফম অহুদা য়ামনা তোঙনা য়ুহারাই। তোইগুম্বনুং মৈগী

চীংগা লাপনবা মফমদস্থ য়ুহারাবা করিননো হাঙ্গগনি—লৈপাক-লৈমগী মমুংদা লৈবা মৈশাগী মরমদি ঐখোই পুমনমক অপং অশিং খাঙ্গদনা থাজবা ওম্মি। মেশা অহুনা করিগুম্বা মরম অমদগী হেন্দোরকপা নত্রগা করিগুম্বা অঙ্গংবগা খংহৌদনা .শাকনবনা মৈশা ফুদোক্লকলগস্থ লৈবাক নিকই অমস্থং য়ুহারাই। নোং কম্না তারগা মুংশা হেক শাবদা য়ুহারাগনবা মরম অসিনা ওইবস্থ য়াই, মাসিদা য়ুহারাবগা "চাকঙা" হোংবগা য়ুহারাবগা "চাকঙা" তাংবগা মরী লৈত্রে হাঙ্গহুনা শাওনিংবা মীদস্থ ঐখোইনা থেমজিন-জনিংঙি মাসিগা মহৌশাগী ফোথোক ঙাথোক্কা মরী লৈবা লৈতবদি ঐখোইনা খংদে পৃথিৱ পুবা ওকনচিংবা খোইম্নম লাহরেম্বা লাইরেম্বীগী দোষ নত্তে হাঙ্গরুবতনি। ওম্মোকপনি মঙমগী মতুং ইন্না মীগী থাজবস্থ ওনখ্রে।

হৌজিক্কি মৈগী চীংগী মরমদা য়ারী অমতং লীহুনা রচনা অসি তেংশিন্নগে। মৈগী চীংগী মৈ চাকপস্থ অহু মঙাই, করি করিগুম্বদস্থ মৈরী খোকনা চাকই, ধাতু মহি চেন্থদ্দনা চীথাদা তাবা খুজং মাংতাকহল্লি; করিগুম্বদস্থ মৈ মুত্তনা চিংজম ওইনা লৈ। ইটালীগী মনাক্তা, বিষুভিয়স হাঙ্গবা মৈগী চীংগী য়া খ্ৱাই পুমনমক তাররিগনি। থাইনা মতম কুইনা বিষুভিয়স হাঙ্গবা অসি মৈ মুত্তুনা লৈরম্মী। মাগী মখোংদা চীংয়াদা ফজ ফজবা সহর শেম-

গত্তুনা মী খুন্দাবা হৌখী; মাত্নুগী মরকতগী ফুরা দোলাননচিংবগী নিংথিজবদা পাম্পিয়া সহরগী মমিং পনবনা চুম্মি; নোংমা থংহৌদনা মাগী মৈ চাবপা হৌত্নুনা মাত্নুদগী থোরকপা ধাতুগী মহি, মৈরিকনা য়াকসবা গন্ধক্কী মনমনা, অমস্নুং মাত্নুগা লোইনবা অকনবা য়ুহ রাবনা সহর পূমনমক তারম্বা মীশিংগা লোঈননা লৈনুংদা ফুম'জখি। মাগী য়ারী তারবস্নু নত্রগা লাইরিকত' পারবস্নু হৌজিক ফাওবা মীনা পাম্পিয়ানচিংবা সহর পূমনমক অত্নুগী মরমদা থোইনবু নিংশিংনরুদ্রে। হৌজিকতা চহি জিশিং কয়া চংখ্রবা মতুং অসিদা পণ্ডিতশিংনা পাম্পিয়া সহরগী খূদম থিত্নুনা লৈনুংদগী ফুক্কংলে; মাগী ফজবা ফুরাদোলান অমস্নুং অপাকপা লম্বী থোংনচিংবা অত্নু উবদা লংফে চংপা মীশিংগী ঙকনফম ওইরি। ঈশ্বরগী খুৎশেম অসি অওইবমক অঙকপগী মশকনি।

———— —

# মোইরাংদা চয়োল অমা

অমস্যুং

## লোক্তাক।

বসন্তগী য়াচংবা মতমা। মহৌশা হাঙ্গৈবী লাইরেম্বীনা বসন্তগী অনৌবা লৈরাং পুমনমকনা লৈতেংলদুনা মশাগী ফজবা উবদা মশানা নোকচরি। কোরৌহনবনা নোংচুপ চীংয়া খাংখরে, তময়া কোরিচেন্না ভাংলে। ...শবা মলয়া নুংশিংনা লোইরোই শিত্তুনা নুংথিলগী মৈশানা চাকলম্বা পুমনমক ইংনরে। ঐখোইনা মতম কুইনা নিংঙকলবা মোইরাংনা — থম্বা থোইবীগী পোকনফম লমদমগী নিংখিজবা অদু মংদা উরদুনা পুকানংদা অমুক হৈনিংবগা লোইননা পোংকাপ লাওনা কাল্লদুনা চংশিললম্মী। কনাগুম্বনা মৈতৈগী, মৈতৈ লৈবাক্কী ফজবা হেংগে হাঙ্গৈরবদি ঐখোইনা হাঙ্গৈজরি. ইম্ফালদগী লাপনা কুমথবিয়ু। বসন্তগী য়াচংবা মতমনি। তারমদাই যৌরবা গুমিংকী অঙাংবা মশেকনা য়ৈবদা লৌবুক পুমনমক মচী চেনবা সনাগী মতৌগুমনা উরম্মী। অশংবা তিংথৌনা কুপলবা অচম্বা লম্বী পুমনমকনা খোই খোইনা লৈদুনা ঐখোইবু নিংঙকপা মফম য়ৌনবা লমজিংবিরি। লম্বীগী নাকল অনিদা অশংবা লৌবুক খাওদোকখ্রবা লৌবুক্তা মহৌশাগী ওইবা অশংবা নাপীনা লৌবুক অদুদা ঈথক লোইরোই হোবগুম তৌরি। লৌবুক্কী অকোঙ্গৈবদা লম্বীগীদি মনাক্তা উ মচা মচানা নেমনেম হৌরি। বসন্ত লাকপদা পাম্বী পুমনমক অদু অনৌবা ময়োল চোংলে। অয়াম্বা লমগী চেকলানা পোম্বা পোথাদুনা থোংলি। উনা উনা

ঙাম্বলরাই ত্থুংওইনৈ। হুমিংনা নোংমগী তৌগদবা লোইছনা ময়ম চংখরে। কাওরেল যজ্ঞর্ন লোইনখ্রে। অথাপ্লদা সন্ধ্যা আরতিগী খোঙ্গেন অমতং ত্তারম্মী। হুংখিলনা ঐঙোন্দা অমস্থুং অমমবদা ভেংবানববু শিন্নরমছনা অতোপপা মক্ষম তান্না পাইখিরম্মী। পুকনিংদা মহৌশাগী নিংখিজবগী রাখন খন্না খন্না কেগে লমদম' ফংলে।

কেগে উরে, মোইরাং উরে। পিকলিঙৈনগী নিংলকপা থুংলে। চীংয়া তময়া শুনা চংলে; হৈরাং লৈরাং শুনা উরে। তময়াদা তামনানা থোংবা ত'রে। মোইরাংগী অহল্লমন নহাস্থবী পুমনমককা হুংশিবা রারী শারে। পুকচেল তিংলবী মোইরাংগী ঈচনশিং পুমনমক্কী মতৌ উরে। নোংমাইজিং ঙাইহনা মাইকৈ ঙাকপা লাইনিংথৌ থাংজিং খুরমলে। অস্থুমনা মোইরাংদা হুমনি লেল্লগা মরিনি শুবা হুমিংতা ঐথোইনা চান্নরবা মরুপ অমগী থৌজাননা লোক্তাক কুম্মী।

অহিংগী মমৈ ওইরকলে, ক্বাক্কী লানবাও শীল্লকলে, চীংখৈ ফীছুপ হুল্লে। ঐথোইনা অয়ক্কা তৌবা হৌনবা পুমনমক লোইহনা অহানবা লোক্তাক য়েংনবগীদমক শেম শারে। ইখং খংহৌদনা কোরৌহনবনা কাঙ্খোং অমতা পানবা রথতা মাহাককী নাপুমানবা শগোল পাল্লহনা চীংখৈনা মাংওইননা ফাওরকলে। অয়ুক হাইবী লাইরেম্বীনা মোমোন নোকলহনা হৈকোন লৈকোন-গী হৈরাং লৈরাং পুমনমকপু শাংহল পাহল্লন্দুনা অমস্থুং নামিবা হুংশিংনা উমং পুমনমকপু ছাইহমহন্দুনা অতুম্বা জীবশিংবু হৌদোকলি। পোম্বী চেকলা পুমনমকনা অমৃতগী ঈচেনগা মান্নরবা খোঙ্গেননা নিংথিবা য়াকাইরোন শকলি। নিংথিজরবা অয়ুকনা খোংথাং য়াংনা থাংহনা, ফজরবা মশেকনা মাইকৈ

তারা ঙাহ্লন্দুনা জগোইগী থোংলৈ হাপলি। মুমিৎনা মাহাকী মিংথিবা উত্থনা অম্বুককি থুত্থং হনখ্রি। ঐখোইনা মহৌশাগী নিংথিজবা অত্থ য়েংনা য়েংনা লোক্তাকতা কুমলে। ঐখোইগী হি অত্থ হৈরবা মোইরাংগী থূৎনা থুনমক ঈয়াই তাননা পুশিল্লে। ঈয়াই হেক য়ৌবদা ঐনা টেনিসনগী য়ারেং অত্থ নিংশিংদবা ঙংত্রে।—

The sea, the sea, the open sea

*  *  *

I like, oh how I like to ride,
On the foaming bursting tide.

*  *  *

সমক্রুম্মু মিৎ মথৈনদি উরুরে; তৌইগুম্বম্মুং মথকতা চৎস্নুবগী থূংোংচাবদি ফংদবনা মাহাকী মুংঙ'ইবা অত্থ পূকনিং ফাওবা ঙমদে, ঙসি লোক্তাক মথকতা হেক চংশিনবা অসিদা মাহাককী পাদম অমদি অসি ওই রিগত্রা হাঈত্থনা শাবা ঙমলে। ঐনা নহা ওইরিভৈদা তাই লোক্তাককী ঈথকতি চীং মরুম রাংভি—থাজরমদে। হৌজিকতি ঈথকনা চীংমরুমদি রাংত্রবস্মু যুমমরুম চাউনা লাকপা উত্থনা পুকনিংদা অকিবা পোকলে। তৌইগুম্বম্মুং ঐখোইগী মরুপ অত্থগী মোইরাংগী মহৌশাগী ওইবা শিংলবা থূৎ অত্থনা ঈথকপু ানি থোকনা খাইদোক্তুনা। হিগী নাক য়েৎওইদ চৎহল্লি। ঐখোইনা পুকনিং মুংঙাইনা ইশৈ শক্তুনা থাঙ্গা তমনা চংশিল্লম্মী।

লোক্তাক কুমলবদা কনানা মাগী ফজবা অত্থ উত্থনা থাগত্তবা ঙম্বগে? ঐখোইস্মু নিংথৌ চীংথং খোম্বগুমনা মাহাককী ফজবা উত্থনা শুম্মাংখী। শংবানবা ঈশিংদা মিৎ তামনা লৈথিবা,

মরক মরকতা ঈশিংগী লৈনা শাৎপা, মফম মফম খুদিংদা লুকাই হি মচানা ঈনগা লোইননা জগোই শাবা পুননমক অত্থু উরবদি মিৎকী কুম্মৈ ওই হাঙ্গবদা মত্তনা থম্মোইদস্থু মুংঙাইবা পোকই। ঐখোইগী হিনা চংশিল্লর্কপগ' লোইনা লোইননা মখল মথা অয়াম্বা ঈশিংগী উচেকনা ... ... পাইনা উবগা কনাম্বসনা আমেরীকা থিবগী রা ... পুকনিংদা নিশি লকই। মাংদা থাঙ্গগী চীনা ঙাইত্থনা লৈরম্মী—ঈশিংদা তাউবগুম উই উনা উনা ঐখোইনা থাঙ্গগী তোর্ব্বানদা থুংলে। চীংদোন অমদা অমুক কাথত্তুনা লোক্তাককী মশক অত্থু নিংথিনা য়েংহৌরে। চহি তরুক তরেৎ অসি অতোপ্পা লমদা হোৎনত্থনা লৈরে; তৌইগুম্বস্থুং হৌজিক ফাওবা মাহাককী নিংথিজবা অত্থু পুকনিংদা য়েক্কনা লৈরি।

---

## শিদবদি মিংচত্তনি।

( কীর্ত্তির্যস্য সঃ জীবতি )

ঙসি শিনি পাউজেন্দ্রে, হয়েং শিনি পাউতাকতে। মসিদা থরনা হাঙ্গ, অত্থনা শিগদোবা থরাইনি শেৎলু চাও; শিরগা থরাইনা খোংপাকনা কাওথুরমত্থনা চৎখিগনি। অত্থুগা থরা অমনা হাঙ্গ, পোকওমদনা পোকলবা মপোকনি, শিদনবা তৌ। শিদনবা হাইবদি করিনো ? ঐখোইনা মুন্না খংই, পোকপু পোকলবদি শিবা লমন তোল্লে; রাঙ্গোনশংগী মতম ওইরবা তেংবানবা অসি অমরোমদা মোংফমগী মশকনি। মমাগী মতম্বাকতা হিগুনা খোমলাং অমৃত থকলিবা অঙাং অসিম্ন মোংমা শিরগদবনি। ইনাক খুন্দুনা, মহৈ

ঙৈহুনা তেংবানবগী মুংঙাইবা খিবিককী মপু ওইরিবশিং অসিসু নোংমা শোইদনা মৈতাননা রাখৈনরগদৌবনি। য়েংউ, কেগে মোইরাংদি কাঈদ্রি; কুম্বিগী তেরানা মতমগী পোইরৈ ইন্না য়েনিং হুল্লি; তৌইগুম্বসুং মুংশিনবগী শাইওন খম্বা খোইবীদি কদাই? লাইরৈবাক নবদ্বীপ অহুমক কাঈদ্রি; গঙ্গানা পোখা নাইদনা চেল্লি; তৌইগুম্বসুং নিমাই খাইনা মৈনা চাবলবী শচী, বিষ্ণুপ্রিয়াদি কদাই! ভক্তিগী লাইপোক গৌরাঙ্গ অহুনা কদাইদনো? অম্মুমনা মতমগী ঈরৈ ইন্না খংনরম্বা মুংশিনরম্বা কয়া চংখিহুনা উনদ্রিবা, চান্নদ্রিবা কয়া লাকলে। তেংবানবগী কুম্মৈগী ফম্বাবথকতা পোকপা শিবগী মতাং কয়া অতংপা চৈতনা শান্নরি। তৌইগুম্বসুং ঐখোইনা মুঙাইতবদি ইনখংলকইবা পাখং য়েনা পোকপা শিবগী অরাবা রাখন খন্দুনা সিদ্ধার্থগী মতৌগুমনা মাঈথোং মকশিনবা উই। চানব—পুক্কৈ চোল্লি, শেংনবা ফীরুক থল্লি; লন য়েংই—রাক্তে; মী য়েংই—নাপ্তে; তৌইগুম্বসুং খনফম থোক্তিবা অরাবা রাখননা ৎমোইবু অপাম মুংশি কাঈনবগুম লাংতকনহল্লি। য়োইহেনবা তাল্লিবা শাবী শানৌশা! নখোইসু নোংমা শিগদৌরিবনি। শিবদা নহে চেন্নবা য়াবরা? ঈচিক ঈশা খাংহুনা অরা মুংঙাই খন্দুনা লনলৈমগী (লক্ষ্মীগী) সেবা তৌরিবা! নংসু শিগদৌরনি। শিবদা লন পোৎনা পুবা য়াগদ্রা? ওস্তোকপনি! নোংদম্বা ব্রহ্মামকনা পোকঙমদ্রবা মীওইবগী মুঙাইরবা মপোক অসি ফংলগা অরেম্বদা মাংগদৌরিবোই। অম্মুপ চাউরিবা পুকচেল, অম্মুপ নিংথিজরবা হকচাং অসি নোংমা মৈদা কখোক্কদৌবনি; অরাবনি অসি খংলমলবদি পলেমগী খোমলাং থকলিহৈদা শিজরম্বনা ঋগদৌবনি।

হৌজিকতি ঐখোইগী যুগ নত্রে; কানগী পোইরৈ ইন্না ঐখোইগী থাজবসু ওনখ্রে। থাইনা মহাঙ্গৈরগে—ফুংনাক ন্নারীনবা তাঙ্গ—ঐনা লহান শিরুবদা লাইরৈবাকতা পীজ-পিথক তৈবা হোংবা অতুগী চাউবা অতুগী লনগৈ উরকই; মাগী পুক্নিংদগী চেং পুতুনা চারকই; অতুনা হন্দক অশুমনা তৌ, হল্লং অথুমকনা পোকলুগনি হাঙ্গৈতুনা পউতাকনরবদি হৌজিকতি ঐখোইবু মীরক তিন্দবা তারগনি। অতুনা ঐখোইনা অরাইবা পাম্বৈনা শিরবসু হিংবা য়ানবা পোথি খন্নসি। অতুগা ঐখোইনা থাজবা অমা লৈ—তেংবানবদা অমাংবা পোৎ হাঙ্গৈবা অমা লৈতে। লৈখোক লোঙ্গৈতুনা কেনখ্রবা লৈরাংনা অনৌবা হৈরাং পাম্বী ওল্লি। ওলাং থাগী মৈবুন হৌরবা কোরৌহনবনা পুখ্রি খোংবানগী ঈশিংবু মনিনগী মশক ওইনা মালংদা চিংখৎলি; মনিন অতুনা লৈচিনগী মশক ওইনা নোংমদোন আতিয়াথকতা মাইকৈ শিনবা থুংনা পাইরগা নোং ওইতুনা অমুক লৈথকতা তারকই। তৌইগুম্বসুং ঐখোইনা নিংই—লৈরাং অমসুং লাইজগী মচাক অতুদি অমাংবা লৈতে। মহৌশাগী তৌনবী মতুং ইন্না মাগী মশক ওল্লুই হাঙ্গৈবতনি। অতুনা চাউখৎপা চাযগী মপু ওইরিবা ঐখোইবু লোইবা থরাইনা শংখোং হেক চংবগা তেংবানবগী মরী ককথৎখিগনি হাঙ্গৈবদি শিংনফম থোক্তে। অতুগা শিবনা মাগী চাউখৎ চাউথগী লম্বী শেম্বতনি হাঙ্গৈবদি লান্দে।

অতু ওইরবদি শিবা হাঙ্গৈব' অতু কদাইবু কৌবগে? লাই-রিকনা লাউরি—ঐখোইবু লোইবা থরাইনা অমনবা ফীগী মশক ওইরবা হকচাং থাদোকলমতুনা চৎখ্রবদি মী অতু শিহৌই।

তৌইগুম্বস্নুং অপংবা ঐখোইনা থংই শিরবদি অচংবগা মান্নব্রে। অশিবগী তোঙানবা কাইদোংক্ষম লৈরম্বস্নু য়াই, শিরগা ওস্থোকপা চোংগৌ অমা ওনখিবস্নু থংদে; তৌইগুম্বস্নুং মৈতাননা হেক য়াখৈনবগা মাগা অচংবগা অমুক মরী থোক্কে। থুড়া অদু মমা অদু শিরে হাঙ্গৈরবদি ঐখোইনা থংই, মাখোই ঐখোই তরা-মচা তিম্নহনা লৈবাক্ষী ওইরবস্নু নব্রগা ইশাগী ওইরবস্নু অফব্রাতাম্নবা অদু মাহাকতি অমুক য়াওবা ঙম্মরোই। অপাম হুংশি কাঙ্গৈনরগা ঐখোইনা কপই; মরমদি ঐখোইনা থংই, মাহাককা ফম্মিন্নহনা নাপচিকনা থম্মোই মন্নুংগী অতিকপা য়া ঙাংনবা অদু অমুক ফংঙরোই; মথুং ইথুং লোনশিনহনা চিম্বান খোইরুম তৌনা চ'ম্নবগী থুদোল লাম্নবা অদু হন্দক্ষী মপোক অসিদদি মিং অসিনা অমুক উররোই; অদুনা মিংলুদা তরংগী লাইজা শিস্থে অসিনচিংবা।

অদু ওইরবদি ঐহাকতি শিবা য়াই, নহাকস্নু মতমগী ঈপাকতা তিনখিবা য়াই, তৌইগুম্বস্নুং তেংবানবনা মহাক্কা মরী ককথংপা ঙমব্রবা, যুগ লিশিং কয়াগী মতুংদস্নু মীনা মাহাকপু থম্মোইদগী থাদোকপা ঙমব্রবা ক্ষীবশিং অদুবু শি হাঙ্গৈবদি কনানা হাঙ্গৈরুগনি। হনুমানবু কনানা অমর (শিদবা) নত্তে হাঙ্গৈবগে? মপুনিংবগী অঙকপা য়ারী তাবদা মিং চামনা লাইজ মরী শিন্নহনা ভক্তিগী থুয়াদা কংলি। করমনা ভাগ্যচন্দ্রবু শিখ্রে হাঙ্গৈরুনি? বৈষ্ণব ধর্ম্মগী থুমলবা মহা থকপা ফংলিবা মীশিংনা কুম্বী কালেন থাঙ্গৈদনা "শ্রীগোবিন্দনা জয় ওইরি, ভাগ্যচন্দ্রনা সেবা তৌরি" হাঙ্গৈহনা মিংলুদা "প্রেমগী ধার" শিন্নহনা খোঞ্জেন য়াংনা শকলি। অম্নুমনা ইরৈবাকতা অমস্নুং মীরৈবাকতা শিদবগী চংনফম ওইরবা

মী অমস্মুং লাই কয়া লৈরি। হনুমান শিদ্রি হাঙ্গৈবস্মু চুমই, ভাগ্যচন্দ্র হিংলি হাঙ্গৈবস্মু লান্দে। মরমদি মাহাকপু নিংশিংনবদা পাপ কোক্নবগী মশক ওইরবা লৈপাক লৈমগী চান্নরবা মচাশিং অসিনা শিবা থোকপবদি তেংবানবদা অহিংবনা কনানো? মাথোইনদি শিরগা তেংবানবনা 'মা অমা লৈ' হাঙ্গৈবস্মু থংবিত্রবা চংনা শিরিবা ঐথোইবু হিংলি হাঙ্গৈরুগদৌরবদি হাঙ্গৈরুবনা থোইনা ইকাইবা পোংনি। হিংবনা তুক্কোইনত্রবদি 'হিংবা' রাহৈ অসি লৈতবনা করমগদৌবনি।

অহুদা, তেংবানবদা মী অমনা অমবু মুংশিনদে, হাঙ্গৈবস্মু করমনা হাঙ্গৈসিগে? মীগী কান্নবা তৌ, মীনা মুংশিনবা চংলু মীনা নংবু শোঙ্গৈদনা চানগনি। থম্মোইগী লাইয়ুমদা শোঙ্গৈদনা নিংশিংনবগী চাকলোন চনগনি। য়োক্ৎ-হেনবা তাল্লিবা শাবী শানৌশা! শিগনি হাঙ্গৈহনা করিগী অরাবা রাখল য়োকলুরিবা! ওহ্বামথৈ মীগী কান্নবা তৌ, মীনা মুংশিনবা চংলু।—মুমিং থানা সাক্ষী ওইহৌগনি। লনগী মপু ওইরিবা নংস্মু শিবদা লন চেন্নবা য়াদে হাঙ্গৈহনা করিগী অরা তেংথানরিবা। লন অহুনা মীগী কান্নবা তৌ, মীনা মুংশিনবা চংলু। মুমিংনা থানা লৈরিবা মথৈ নংবু নিংশিংবগী লাইশংদা লেংশিন্দুনা শোঙ্গৈদনা ঈরাংনরগনি। তৌইগুম্বস্মুং মুংমিংকীদি তানবা মৃতম লৈ; নিংথম চংখ্রপা কান্বী লাকই, লৈরাংস্মু মথোক লোঙ্গৈরগা কেনখি; মজবা মিংচংতি লির লিরগা থোইনা চন্দন চাইবা লৈগুমনা অইংবা মনম শন্দোকই!

# মহৌশাগী ভাবক

অমসুং

# প্রেমগী ধারা।

মীওইবগী মিৎকী পিগা করিগা পান্দমনফম লৈবগে? মন্দাকিনী গঙ্গানা শ্রীবিষ্ণুগী খুয়া থম্বানদগী চেম্থরকতুনা সগরবংশ লানবিবগা লোইননা চাকলবা তেংবানবগী অরাবা মৈচাক মুংপিবগুমনা মীওইবগী মিৎকী পিনা থম্মোইগী থুপলবা মফমদগী চেম্থোরক্তুনা মীওইবগী পুনশিগী অরা মুঙাইবা, তিন্নকাঙ্গনবা মতম পুথনমকতা তাইবং মীবু অরান খুভম ফংনবগী লম্বীদা চিংশিনবি। কবিনা হাঙ্গিবদা করি লানবা লৈবগে?—মিৎকী পি অসি মপাম্নাইদ্রবা মুংশিবগী অঙকপগী মশক ওইরবা রাহৈনি। রাখননা লাম্বা ফংদ্রবা, রাহৈনা ফোংদোকপা ঙমদ্রবা মীওইবগী মুংশিবগী মুঙাইবগী. অরাবগী, ভক্তিগী অথোইবা রাখন পুথনমক ফোংদোকনবা মতিক চাবা রাহৈবু মীওইবনা মাহাককী মিৎলু অনিদা শিন্থরকপা "প্রেমগী ধারা" নত্তনা করম্বা কংফম লৈবগে? থম্মোইগী রাখনগী ঈচেনদা মুংশিবগী ঈরৈনা তোর্ব্বান থুঙ্গংনা চেল্লবা মতমদা, অরা মুঙাইবগী জুররনা থাম্বা ঙমদনা কাথৎলকলবগা, থোইদোকপদি থম্মোইগী রাখনগী ঈয়াইদা মুংশিরবা ভক্তিগী ঈথকনা চাংজৌ থুমনা

জংগোই শারবা মতমদা কনা অমগী থোঈনশিন য়াওদবা মিৎলুগী নাপোমদগী তরংলাইজা খংহৌদনা শিন্থরকই।—মতম অহুদা ইকাইবগী পাউতাক, তাথিবগী ৱারক কনানা তারুগনি। অওইবমক মিৎলুদা পিগী ঈচেননা চেন্দ্রবা মী অহুগী মপোক অহু অরেম্বনি। অপংবা কনাগুম্বনা মীগী মিৎকী পি উরগা নোকনবস্থু য়াই; মরাইবক থীবা কনাগুম্বনস্থু তাংলবা মিৎকী পি উরগা নোকনবস্থু য়াই, মীওইবগী থম্মোই পান্দ্রবা নত্রগা থম্মোইদা অথোৎপা পুকচেনগী লৈবাংনা শাগ্রবা তমথীরবা কনাগুম্ব-নস্থু মিৎলুদা শিন্থবা প্রেমগী ধারা উরগা করেমনবস্থু য়াই; তৌইগুম্বস্থুং মীওইনা পোক্কুনা থাঙ্গে শেংনা মীওইবগী থৱাই অমস্থুং থম্মোই ফংলবা মীশিংগী মফমদদি মিৎকী পি হাঙ্গৈবা অসি নোকনফম, করেমনফম নত্রগা তাথোনফম থোক্কে—মাহাককী মফমদদি প্রেমগী ধারা অসি অওইবমক তাইবংপানবগী পাপ-কেকনরিবী ভাগীরথী গঙ্গাগী অনৌবা ঈচেননি।

কনাগী মিৎতা তাংলবা প্রেমগী ধারা অসি শিন্থবা ঙম্বগে? ভাগীরথী গঙ্গানা গোমুখীগী নাপোমদগী চেন্থরক্কুনা লম্বীদা যমুনা স্বরস্বতীনচিংবা ঈচেন চামগা তিন্নবনা ঈচেন মপুং ফানবগুমনা মীওইবগী মিৎকী পিনা মীওইবগী থম্মোইগী মুংশিবগী ইফুৎতগী চেন্থরক্কুনা মতুংদা থোজাল,

ভক্তি চান্নবা অমদি অন্না মুঙাইবগী ঈচেন চামগা তিন্নদুনা মপুগী মুংশিবগী ঈপাকতা তিটৈ। মিৎকী পি হাঈবা অসি অমরোমদা থৌজালগী ঈচেন অমনি। মাহুবু নংনা থৌশাদবা চুমদে। মরমদি মাহু অতোপ্পগীদমকনি; মাহাককী নিংথিবা ঈচেন অহু মীগী মুংঙাইনবা, মীগী ইংনবগীদমকনি। অন্নাবগী লৈচিননা মাঈকৈ তন্না কুপথ্রবা, অন্নাবা নত্তনা মুঙাইবগী মনম ফংদ্রবা অসিগুম্ব খাংঙমদ্রবা, য়েঙমদ্রবা তাঙমদ্রবা মফমদা নহাক ঐহাককুম্বা কয়ানা চত্তুনা মিৎকী পি শিন্থরবা ঙম্বগে? অওইবমক থৌজানগী পি হাঈবা অসি মুংশি-থংনদ্রবা মলংগী পোং নত্তে। অমুক অমরোমদা মিৎকী পি হাঈবা অসি ভক্তিগী অনৌবা ঈহৌনি। মাহাককী মরিক অমতং তাবদা কল্লবা মুং য়ৌনা মহী চেন্নি। মাহাককী মরিক অমতং ফংজবদা মীওইবনা ব্রাহ্মনা ফোংদোকপা ঙমদ্রবা লাইরৈবাককী মুঙাইবা ফংদুনা মী ওইনা পোকপগী মহে য়ান্নে। মাথোইনা তেংবানবা পুমনমকতা অদ্বৈত অমসুং নিত্যানন্দগুমনা থম্মোইগা থম্মোইগা তিন্নদুনা, নোক্তুনা, কপ্তুনা, ইশৈ শক্তুনা, জগোই শাদুনা তুরেল ঈচেনদা তাউথবা কৌবীশিংনাংগুমনা অন্নাবা লৈতনা ভক্তিগী ঈচেনদা তাউথৈ। মাথোইনা পোকপা অহু তেংবানবগী মঙ্গলগী মশকনি। নংনা মাথোইবু উন্নগন্সু থৌশাদবা তৌগন্নু। অহুগা অমুক মিংকী পি হাঈবা

অসি মুংশিবগী খোঞ্জেন খোক্তবা তেংথারোননি। রাহৈনা মুংশিবগী মতিকচাবা থেংথ'রোন ফংদ্রবদা মিংলূদা প্রেমগী ধারা শিস্থরকই কন'না মাগী ইচেন অহু খাম্বা শুমগনি? মুংশিবা অহূনা অমতা পোকপী মচা ইবেম্মগী থম্মোইদা মক্তূবা ঈথককী জগোই শাহন্দুনা মশাগী মুঙাইবা অপূম্ববু মুংশিবগী থুয়াদা কথোকপা শুমহনশিবা, মুংশিবা অহুনা জনককী তাংলবী মুংশিবগী শাইওন ওইরবী লাংলেনবু চাকনিবগী যেজেং শংপহূনা বন বনদা পুথিবা অহুগুম্বা মুংশিবগী মরিক অমমমদং মরক মরকতা ফংবনা তাইবং-পানবা অসিদা অমরাবতীগী নিংথিবা শকফম উবা ফংলিবা অহুগুম্বা জমৃতগী মশক ওইরবা মুংশিবগী ঈচেন অহুবুস্নু নংনা থোওইদবা তৌরগনু। থাইনবগী অরাবনা মিংলূদা শিস্থবা তরংগী লাইজা উরগস্নু বরেমনবা তৌরুগনু; জয়ূককী থরোদা শিস্থবা লিকলাগুম্বা মাগী প্রেমগী ধারা অহু অওইবমক রাখন চাউবা মী পুমনমককী মিহৌনফমনি। থম্মোইপানবা মী পুমনমকনা, মাংাকনা মুংশিবগী মাইকৈ তমহূনা চিকনা পুকমংগী থেংথ'রোন শক্তূনা মিংকী পিনা লাইজা খূজোক বংচবা অহু উরগা হরাওবা নত্তনা মুঙাইতবা শুমদে।

অসিগুম্বা তাইবংমিংকী মমল নাইত্রবা লৈতেংগী মশক ওইরবা প্রেমগী ধারা অসি থাংখন চাউবা কবিশিংগী মিংলূদা

বুম্বী কাপ্পেন খাঈদনা শাৎলবা লৈরাং থম্বালগুম্বনি। অয়ুককী ওাংঙুবা অনৌবা মুমিৎ, য়াচংবগী কোরি চেনবা তময়া, থাবনগী মুংশিবা ঈপোম, ওলাংথাগী অনৌবা লৈরাং বসন্ত চেকলাগী অথুম্বা কোলোই পুমনমক অসি মাহাককী মিৎকী পিগা মরী থোক্কবা লৈতে। মাহাককী য়াথননা মাগী মায়াগী মশক ওইরবা মশা ফম্দোক্কনা করিগুম্বদা নোংমদোন মালং লোমনা পাইখৎলি, করিগুম্বদা অমম্বা গুহা ভানা পাইশিল্লি, করিগুম্বা অমদা মপাম্না্ইত্রবা ঈপাকতা চোংথরনা মুঙাইনা শান্নবা ঙম্মি। নাকোং পানবা মী পুমনমক বসন্তগী কোকিলশিংনা খোংবা পঞ্চম স্বর নত্রগা শরৎকী থাবনদা তময়া পামেল য়েনা খোংবা তমনাগী ভরেৎশুবা খোম্থাং ভাদুনা পূকনিংদা নুঙাইবা ঙম্মি। মরমদি নাকোংনা মুংশিবা খোঞ্জেল তারগা পূকনিং মুঙাইবা হাঈবা অসি মহৈশানি। মমিৎ পাল্লবা মী পুমনমকনা শংবানবা উনা মরকতা মথল মথা অয়াম্বা মচুগী নিংথিবা লৈরাং শাৎপা উরগা পূকনিং পেল্লবা ঙম্মি। মরমদি ভাইবংমিৎ অসিনা মহৈশাদগী নিংথিবা, ফজবা উননবগী দমকতা লাংতকনদুনা লৈরি। ওলাংথাদা হৈকোন-লৈকোনদা কাঈবশিংনা হৈরাং লৈরাংগী অনৌবা মনম ফংদুনা পূকনিং তুজুং হরাওবা ঙম্মি। মরমদি মীওইবগী ইন্দ্রি মঙা অসিনা মহৈশাদগী মুঙাইবতা থিদুনা লাকলিবনি। তৌইগুম্বসুং

থেম্নবদি—বসন্তগী কোকিলগী নিংথিবা খোঞ্জেল অহ্ ঐখোইনা চেকলা অমগী নিংথিবা মপাউখোনদগী হেন্না তাবা ফংদে। মী কয়ানা মৃতমগী নাইতোম লাকপা চেকলাগী কোলোই-নিংথিবা মহু খংহুনা নজ্রগা খংনবা লাকনহুনা মিংলুদা তরং লাইজা শিন্থবা ওম্বগে? কনানা মলয়াগী নামিবা মুংশিংনা থৈবদা নিংথিবা লৈরাংনা উনাগা লোইননা জগোইশাবা, পামেল উ'ফ মথকতা খোঞ্জেল মুংশিরবা পোম্বী চেকলাশিংনা জগোইগী তান চানা নিংথিবা কোলোই শক্কুনা মপুগী অওকপ' কুম্মে তৌবা অহুগী অওইবা অর্থ খংহুনা মমিং অনিমক থুমনা প্রেমগী ধারা শিন্থবা ওম্বগে? মাহুদি থম্ব থমখ্রো, ক'লেন-মুংশাগী চাকলবা মৈরি, রাকচীংগী তমধীরবা উল অসিনচিংবা মহৌশাগী য়েকনবা পুমনমককী অকিবগী শকফম উরগা কনাগী পেনবা নাইদ্রেরা খোরাংলবা মিংফমনা চিংনা চিংন' য়েংবা ওম্বগে, কনাগী মহী চেন্নবা রাখননা পুকনিং তুজুং হরাওবা ওম্বগে খোইদোকপদি কনাগী মিংলুদা মুংশিবগী ঈপোম লাংবগে?

ফনা লুবা পাউখুমনি! ঐখোইনা খংলবসু খংদ্রবসু অসিগুম্বা পোকপদগী অরান খুভম ফংলকলবা কবিশিং অহুবু কল্লকউবা মথৈদি ওম্মি। প্রেমগী ধারা চাঈবা অসি অসিগুম্বা কবিশিং অসিগী মিংলুদগী তত্তনা শিন্থ-রবা ঈচেননি। কবিগী মশিং য়াম্মি, মথল য়াম্মি, মফম

য়াম্মি। ভৌইগুম্বসুং পুমনমককী মকোকতি মিৎলুদা প্রেমগী ধারানা লৈতেংলিবা কবিশিং অচুনি। মখোইনা পোকপদি তেংবানবগী মঙ্গলগীদমকনি। মুংশিংনা মাহাককী মনম হুম্বতনা চাকলবা ভাইবংপানবদা উপায় লৈত্রবা মীওইবনা অইংবা খুভম ফংবা ঙমনরিবনি। মাখোইনা শিজিন্নবি হাঙ্গীবদগী মীওইবগী লোননা অরা মুংঙাইবা মতম পুমনমকতা মীওইবগী মনিংথুংনা পূকথেম পাউত্তানবা ঙমনরিবনি। অসিগুম্বা কবিশিংগী মপোক অচু অওইবমক থাগৎনফমনি।

# খাগিগী লানফম।

হসি মৈতৈগী লাইবক্তা মনিং মখা তম্বগী চাংয়েংবা হুমিৎনি। নিনিগুবা মাঙ্গীথীবনা নীংবা কাঙ্গীরবা মৈতৈমচা পুমনমক অরোইবা নিপা থৌদাং য়েংনবগীদমক মত্তিকচাবা য়েকনবগা মাইয়োকনবদা ম'তক চানবা লাম্থোংশিনবা হৌরকলে। ইমুং ঙালে, কাককী লাম্বাউ শীলে, চীংথৈ ফিচুপ হুলে; অকনবা লানফম হৌরে। অমরোমদা খাগিগী হৈশিংলবা লাম্মী মপৈ, অমরোমদা মৈতৈগী মাঙ্গীএনবা চৈত্রবা অকল অথৌ পুমনমক অকনবা লানফম হৌরে। নিংথৌগী মনাও ইবুংঙো অনিগী ইঙ্গিত ফংবমক্তদা মশিং নাইত্রবা মৈতৈগী অকল অথৌনা নোংজুথাগী থাম্বা ঙমত্রবা ঈচেনগুমনা য়েকনবগী পনমাং

চংলকলে। 'দুর্গামাই' লাউবগী খোঞ্জেননা মাইকৈ তরামক নিনখরে। লুচিংবশিংনা তোঙ্গনা লাউরম্মী " ৈলবাক মচাশা। ইরৈবাককী ইকাইখুধনবা ঙাকনবগী, মৈতৈগী মিংক্ষম মক্তুনবগী ঙসি থৱাই পাম্মুবা তৌনগ্নসি! খামেল চৎপা শেংপিয়, দোলাই কৈনা তোংবিয়ু! ঙসি শিবদূর্গাগী নাম শোন্দুনা য়াশকনসি—থবক পাংলগা পাংবা নত্রগা থৱাই থাবা।" মৈতৈ মচা পুমনমক থৱাই থুবাকত্তা হাপ্তুনা নোংশাগী ল্যাল্লাউ লাউদুনা চংশিল্লকলে। মাইকৈ অনিমককী লাম্মীনা তেনমৈ তেনকোক লোন্ননা অথৌবা অশোঙ্গবা লৈত্রবা তেন কাপ্লরকই, ঈনা মাংলেমথক অপুম্বা ঙাংখ্রে। থাং, তা, লম্মু, মুংশুক হুম্নরকলিবা কনানা শীংথারুবা ঙমগনি?

থাগিগী লাম্মী পুমনমকস্নু মৈতৈগী থৌনাফবা, মথৱাই পাম্মুদবা উদুনা ঙক্তেগা ঙমখিদে, মাথেৎইগী অৱাবা তাগ- দৌবা উদুনা অঙাওবগী পান্দম ওইখ্রে। পৃথিবীদা মমিং চংলবা থাগিনা করিস্নু লৈত্রবা মৈতৈগী মফমদা মাইথীবা ফংদুনা জাংকী ফত্তবা অথীবা চিংচৎ ওইখিগত্রা. হাঙ্গবগী কিবনা থাগিগী লাম্মী ·পুমনমক অতিয়া অমস্নুং পৃথিবী নিকনবগী মশক ওইবা অকিবা ফংলবা লাল্লাউ লাউদুনা মৈতৈগী মথকত্তা লান্দাবা হৌরকলে।

মতম অসিদা নিংথৌগী মনাও ইবুংঙো থৱাইরাকপস্নু থাগিগী লুচিংবা পুত্রেনগী মাইকৈতমনা থাংগী জগোই

শারহনা ফুজিল্লকলে। খাগিগী মশীং নাইদ্রবা খুংল্যাই পাইবনা মৈকৈ অথৌবগী পান্দমনিঙাই লৈত্রবা লাঞ্জং অহু উরহুনা থিংনবগীদমক থল্লাই খুবাকতা হাপ্তুনা হোৎনরম্মী। তৌইগুম্বসুং ঈচেনফল্লবা তুরেননা নোঙ্খুথাদা তোর্ব্বান নম-থাঈহনা চেনবগুমনা মনাও ইবুংঙোনা য়েকনবগী পন পুমনমক খুগাইহনা চংশিল্লকলে।—কনানা ঈচেন অহু থিংবা ঙমগনি? মৈরা থোকলবা থাংগী মমাং অহুদা কনানা থাংবা ঙমগনি? খীন্দনা পুক্লেনগা মনাও ইবুংঙো খ্বাইরাকপা অথৌবগা মাঈয়োকনরে। নাকন অনিমককী অকন অথৌ পুমনমক মাথোই মাথোগী মবুংঙোবু কল্লবগীদমক চংশিন্নরকলে। মতম অহুদা থাংগী খুথেংনবা অকনবা লানফম শোকনখিবা অহু কনানা ইরুবা ঙমগনি। য়েকনবনি মীচংদি হাঈবা খংনদ্রে নাকন অনিমক্কীমক মশীং নাঈদ্রবা অকন অথৌ য়ামন তুরে। ঈনা লানফমদা তুরেল্ল ওইনা চেনখী। অরাপ্পদগী য়েকনবা ভমনা কাপনরকপা তেননা অতিঙা কুপথিরম্মী।

মতম অসিদা মহারাজ খগেন্দ্রজীৎসু তুমিননা লৈরমদে। নিংথৌ অসিগুম্বা অকনবা, থৌনাফবা, থোকলগদৌবা মীনা লাম্হোং শিন্দ্রবদ মৈতৈনা অহুগুম্বা অরাবদগী লাম্হোকপা ফনা লুরমগদৌবনি। ইন্দ্রি খুহুমচনবা ঙমলবা সন্ন্যাশী ধনঞ্জয় লাইবুনিংবা মহারাজ খগেন্দ্রজিৎকী পাউতাক পীবিনবা

মন্ত্রীগী মশকনি। মাহাককী অকনবা থৌঈনশিনমক্তনা নিংথৌনা নিংবা কাঈরবদা কৈনিংবা পোকখী; নিংবা কাঈরবা মৈতৈনা পুকনিংদা অনৌবা মরৈবাক ষুংশিবগী রাথল পোকখী।

অসোমদা অমুমনা মনাও ইবুঙো খ্বাইরাকপগা খাগিগী লুচিংবা পুন্সেনগা অকনবা থাংগী কদম তৌনরিবৈদা মনাও ইবুংঙো অতোম্বা শানোংবগা ম্বাইস্কুল লাকপনা পম্লিংগী লাম্মী মখে পুত্থনা মযাম্বুংগী লানবাংবা চংশিল্লকলে। অদু উবদা খাগিগী লাম্মী পুমনমক চিনবান কংখী। মৈতৈ অথৌবা অমমক শোকনবা ওমদত্থনা লৈরিবৈদা অনৌবা লাম্মী মপৈ অমা অমুক থোমজিল্লকপা উত্থনা খাগি পুমনমক তৌনিঙাই পাম্বৈ অমা অমুক উত্রত্থনা শমজি খাইত্থনা অফংবা মাইকৈদা চেনবা হৌরকলে। অমুমনা খাগি লানফমদা মাঙ্গ পাক্কনা নিংথৌগী মনাও ইবুংঙো খ্বাইরাপনা মৈতৈগী বারীদা খ্বাইরাপা অথৌবা হাঙ্গনা ফাওখী।

---

# ভরত।

ভরত হাঈবা অসি রামায়নগী নাইতোম থোকপা তাংথক নাইত্রবা থাগুম্বনি। রামায়নগী অফবা লমচৎ, অফবা লৌচৎ, অমকপা লৈতবা ফিদম পুমনমক্কগীসু ভরতকী মফমনা মকোক থোংবনি তেংবানবগী হৌনবীগুমনা রামগী, সীতাগী, দশরথকী, কৌশল্যাগী, লক্ষ্মণগী, কৈকয়ীগী লমচৎ পুমনমক থিক্লরবদি :দোষ কোকফম লৈতে; দোষনা হাপ্লদা য়্রদবা লৈতে। মনম মুংশিরমলবদি সনাগী মগুণ শকক চামা হেনগৎলমগদৌবনি অমকপা য়াওরমত্রবদি থাগী ফজবা চাউথৎলমগদৌবনি। তৌইগুম্বসুং দোষ লৈতবা লৈতে। মপাগী রাশক ওাকনবগীদমক অযোধ্যাগী নিংথৌ-রেনগী সিংহাসনবু নাপীগুমনা হুপ্লেকলমদুনা উকুশেং, জটা পুদুনা চহি তরামরি নারকতা উথোংদা লেনবা ওমলবা রামগী লমচৎতসু মীনা দোষ হাপ্লা পাম্মি—বালি হাৎপা সুগ্রীববু নিংথৌগী থুভম পীবনচিংবদা মীনা—মীগী মরান থিবা পামলবা তাইবং মীনা লূরবা রামগী লমচৎতসু দোষ পীনরি। অরাবগী শকফম ওইরবী সীতাবু মীনা থাকপা তৌদে—মপুরোইবা নত্তনা অতৈ থংত্রবা, নিংথৌগী মচা অমসুং নিংথৌগী মমৌ ওইদুনা সুতাইবগী মরকতা লৈদুনসু মপুরোইবগী থৌগল তৌবনা সুপীগী সুতাইবনি

হাঈদুনা পূৎনমক থাদোক্লুনা উমংদা মপুরোইবগী থৌগন ইনবা ভমলবী সীতা অতবু তাইবং মীনা দোষ পীবা ভম্মি। সীতানা শেংলবা লক্ষ্মণগী লমচৎতা, তাবদা তুজুংলবা মরাল পীবা তারগা মীনা সতিগী মকোক ওইরবী সীতাগী লমচৎতস্থু দোষ পীবা ভম্মি। অস্থুমনা দশরথকী, কৌশল্যাগী, লক্ষ্মণগী, কৈকয়ীগী, স্থুমিত্রাগী, মন্থরাগী, স্থুগ্রীবগী, বিভীষনগী, হনুমানগী, য়োংনাউ অমগী ফাওবা মীনা দোষ থিবা ভম্মি। তৌইগুমস্থুং ঐথোইনা মীওইবনা হন্দূনা হন্দূনা নমথুনা নমথুনা থিদুনস্থু ভরতকী লমচত্তা দোষ হাপনিংঙাই ফংদে। উকুশেং জটা পুদুনা খুরুমগী মথকতা সনাগী শেকপীন থাল্লিবা ভরতকী লমচৎ য়েকপদা 'অমরকবি' বাল্মীকিগী অমাং অতা লৈত্রবা মিংচৎ অসি ভমুক হেঙ্গংনফম থোকই দশরথনা হাঈখী— "রামমকতগীস্থু ধর্ম্মগী মরীদা ভরতনা হেনবা নত্তনা রাৎপ তৌরম্মোই।" গুহকনা ভরতপু য়েংলদুনা হাঈখী "হাঈ-জবা নাঈদনা ফংলবা লৈবাকপু হনবা ভস্বা নহাক অসি পোকপগী মহৈ য়াল্লবা হাঈবা অদুনি। নহাককুম্বা পৃথিবীদা অনি গুদে।" অওইবমক ভরতকী অমকপা লৈত্রবা লমচং অসি ভারততস্থু নত্তনা পৃথিবীগী লাইরিকতস্থু অতাংবনি।

রামায়ণগী ফম্বাকতা ভরতকী শকফম উংনবগীদমক অহানবা য়ুথল হেক হাঈগংপমকতদা কবিনা অঙকপগী মশক অওইবা 'অরাবগী ঈচেন অমা চেলহন্দূনা ভরতপু মাদা

লুপহল্লি। মাংদা জগোইশাবীশিংনা 'তান' গা লোইননা নিংথিনা জগোই শাহুনা য়াকাঈরোন শকলি। চান্নবা মরুপ মপাং পুমনমক া অথুম্বা খোঞ্জেননা মুঙাইবগী য়ারী চৌ-দোকলি। তৌইগুম্বস্থং ভরতকী মাঙ্গখোংদি য়াবনা লাংশিল্লে; মমাং মমাংগুমনা তরাম তরাম তৌহুনা চংলক-ইবা মীগী পুকনিং পেন্নবা তৌবা, করিগুম্বা অরাবা অমগী য়াথননা অনৌবা থম্মোইবু কুপথিবা মরমনা ওমল্লে। তুমলিঙৈদা করিগুম্ব অরাবগী মশক ওইবা মং অমা উবনা অযোধ্যাদা করি থোকলমলগবা হাঙ্গহুনা য়াহুনা লৈরিঙৈদা অযোধ্যাগী পাউ পুবা মুপা অমা মাহাকপু লৌবা লাকলে। মাহাককী মচিন্দগী অযোধ্যাগী মঙ্গলগী য়া পুমনমক তারবস্থু পুকনিংগী চিংনবা কোকহনবা ওমখিদে।

অম্বমনা অযোধ্যা য়ৌরকলবদা মংগী অরাবা মতৌ শারুহুনা থম্মোই লাংতকনরকলিবা অহু অচুম্বনি নত্রগা মংগী মুঙাই-তবা অহুদি থোকখ্রিবা অরাবগী অহানবা মমি তাবতনি হাঙ্গবা অহু থংহুনা ভরতনা মপাল নাইত্রবা অরাবগী ইপাকতা লুপথিরম্মী। অযোধ্যাবু থুস্লাংলিবা অরাবা ঈচেল পুমনমক অসিগী চেম্বফম মরুবু মহাকপু পোকপী মমানি হাঙ্গবা থংহুনা থম্মোইগী অরাবা মৈচাক অহুবু থম্মোইদা থুপ্তুনা থম্বা ওমখিদে; মচানা মুঙাইত্রবদা, মমাগী মরমনা হৌনবী কাঈনা করিগুম্বা ওইথোক্লবা অরাবা অমা খেংনরবদা

মমাদা মচানা হাঙ্গৈবা ওম্বা রাহৈগী মথৈ শীংজিন্নবনা মমাবু ওাংলকই। শত্রুঘ্ননা মস্থরাবু মনাই মুপীদা ওাংবা হৌনবদগী হেন্দোকনা চৈরাক তৌগে তৌবা অমদি কৈকয়ীদা মমাদা চৎপা হৌনবী কাঙ্গবা উবদা ভরতনা থাম্বা উরগস্থু ঐখোইনা মাহাককী অশেংবা লমচৎ অচৌদা চিংনফম লৈতে; মহাকপু ওাকপিহৈ হাঙ্গৈদুনা মাহাককী লমচৎকী অমুক হেন্না শেংবা মতৌ উৎপনি হাঙ্গৈবদি লাক্দে।

নিংথৌনা শিবগী মুমিৎ তরাগামরিনি অদু বশিষ্ঠনচিংবা অযোধ্যাগী লুচিংবা পুমনমকনা অযোধ্যাগী লৈবাককী থবক পুন্দবা য়াদে হাঙ্গৈদুনা, হন্না হন্না হাঙ্গৈবা ওাদুনা ভরতনা পুকানংগী থাজবা অদু অমুক হেন্না চেৎহন্দুনা হাঙ্গৈরকই "হন্দককী মফম অসিদা ঐনা 'গুরুজন'গী য়াথংগী মগুণ অদুবু ফনা ইকাইখুম্ননিংদুনস্থু ঐগী পুকনিংনা অচুম্বনি হাঙ্গৈনা নিংদুনা, পুকনিংনা থাজরিবা অসি থাদোকপা ওম্মোই। রামনা নিংথৌ ওইগদৌবনি; চৎলু অযোধ্যাগী জীব পুমনমকনা শ্রীরামগী খুদা থম্বাল অনি কোন্দুনা কপউ। থৌজান হৈরবা রামনা পেনবিরক্কলবদি ফরে, নত্রবদি ঐস্থু চহি তরামরি বন চৎপা নত্তনা ঐগী পাম্ফম লৈতে। ঐস্থু ইক্ষ্বাকু শাগৈদা পোকপনি, শাগৈগী হৌনবী থুগাইবা ওম্মোই। অযোধ্যানা উৎ ওইহৌগে ওইহৌসন্থ; ঐবু পোকপী ইমানা হুই লাংজা ওাক্তুনা পালহৌগে পালহৌসন্থ; ঐদি ঐগী শাগৈগী হৌনবী থুগাইবা ওম্মোই।"

অসি হাঙ্গৈদুনা ভরতনা অযোধ্যাগী মী পুমনমককা লোইননা শ্রীরামগী খোঙ্গুল লীবা শাল্দোরকলে। অহানবদা ভরতনা গুহকক্তা উনৈ। থবককী থোৌদোক মতুং ইন্না গুহকনা অহানবদা ভরতপু চিংনবা অদু পুকচেল তিংবগী অশেংবা শকফম উবদা তুঙ্গোইবা ওমদে। অদুদগী ভরদ্বাজ মুনিগী লাইনিংফম তান্না লাক্লুনা শ্রীরামবু থিরকই। মফম অদুদগী মুনি অদুগী য়াথং মতুং ইন্না চিত্রকূট তমনা লাকলে। চিত্রকূটকী চীংথক্তা শ্রীরামসীতানা চীংগী নিংথিবা উদুনা অরাবা পোথোকনরিঙৈদা অযোধ্যাগী মীয়ামনা লাকপগী খোঞ্জেল তারদুনা শ্রীরামনা লক্ষ্মণদা হাঙ্গীরকই "লক্ষ্মণ! চীকলবা চীংথক অসিদা থংহোৌদনা মহোশাগী অইংবা পুমনমক থুগাঙ্গীরবিবা অসি কনানো য়েংউ; কনা-গুম্ব নিংথৌ নত্রগা নিংথৌমচানা শাতানবা লাকপরা, নত্রগা করিগুম্বা অকিবগী মশক ওইবা শানা চৎপগী খেঞ্জেননা বনগী অইংবা থুগাঙ্গীরিবরা?" লক্ষ্মণনা উ অমদা কাথক্লুনা য়েংলগা থুনা কুমথরক্লুনা হাঙ্গীরকই "ফরে, ওসি অযো-ধ্যাগী অরাবা পুমনমককী মরূ ভরতপু মাংহল্লগে। হে রামচন্দ্র য়েংবিয়ু—নিংথৌগী ফম্বাল তোংবনা পেনবা ওমত্রদুমা ফত্রবা ভরতনা অযোধ্যাগী সিংহাসনগী তিঞ্জংনি হাঙ্গৈনা নিংলিবা ঐথোইবু মরূ ফংনা মাংহনগে হাঙ্গৈদুনা লাকলে।" লক্ষ্মণগী ৱা তাবদা শ্রীরামনা হাঙ্গীরকই "লক্ষ্মণ! ভরতকী মচৎ পুমনমক ঐনা মুন্না থংজি; নংনা মাহাককী মরমদা

অরেম্বদা চিংনরুবদি অরানবনি। ভরতনা ঐখোইবু লোগে হাঈদুনা লাকলিবনি। পুকচেল তিংলবা শেংলবা ভরতকী মফমদা নংনা তাথীরা ভাংভবা অচুম্বা নত্তে। নংনা লৈবাক পাম্বামক্তনা মরম ওইদুনা মাসি হাঈবা ওইরবদি ঐনা ভরততা হাঈদুনা অযোধ্যাগী সিংহাসন নভোন্দা পীহনবা ভমগনি হাঈবা অদু ফাওবা ঐগী চিংনবা লৈতে।

অম্মুম তৌরিঙৈ অসিদা ভরতনা অযোধ্যাগী মী পুমন-মককা লোইননা শ্রীরামগী খুয়াদা তুররদুনা হাঈরকই "ঐনা মীরৈবাক্তা লৈরিঙৈদা ঐ, পোকপী ইমানা ঐগী দমকনি হাঈদুনা তৌবিরমলিবা থবক অসি ঐগী অপাম্বা নত্তে; মহৌশাগী ওইবা লৈবাক পাম্বদগী নত্রগা করিগুম্বা অকনবা থৌঈনশিন অমদগী ঐগী ফননবনি হাঈদুনা ইমানা ইংলবা অযোধ্যাদা য়ুমগাঈবগী ঈশৌলাংহল্লমলিবা অসি শ্রীরামনা মহৌশাগী ওইবা ভাকপিহৈবা মগুণনা কোক্লবা পাম্বি শেম্বিগ্রবদি লৈবাক মক্ক ফংনা মাংবা তাখ্রে। মরম অদুনা হে রামচন্দ্র! হৌজিক অযোধ্যাদা লেংরিদুনা লৈবাক্কী সিংহাসনবু লৈতেংবিরো। ঐদি ননাওনি, ইপাগী রাশক ভাকনবগীদমক ঐনা চহি তরামরি বনদা চংচরগে।" অসি হাঈদুনা ভরতনা শ্রীরামগী খুয়াদা ওন—থোইরদুনা কপলকই। শ্রীরামনা কোনখৎলদুনা অথুম্বা রাহৈনা ভরতপু থেমজিল্লম্মী। মচিন মনাও শুমনা অযোধ্যাদা হল্লবা অমনা

বনদা চংনবা তকনরবা মতুংদা ভরতনা ময়াক্রবা উরব্রনা শ্রীরামনা মনাওদা খুরুম অনি পীরদুনা হাঙ্গৈরকই "ভরত! খুরুম অসি ঐগী ইছুংশিনবনি। চহি তরামরি হেক শুবগা লাক্কনা ঐনা অযোধ্যাদা হল্লক্কনা পাল্লগনি।" ভরতনা খুরুম অদু কোকথক্তা থাঙ্গৎলদুনা হাঙ্গৈরকই "ফরে ঐনা চহি তরামরি অসি খুরুম অসিদা হঙ্গক্কনা লৈবককী থবক শীন্দুনা পুগে; চহি তরামগী শুরকপগী অহানবা নুমিত্তা শ্রীরামবু উবা ফংব্রবদি শোঙ্গদনা মৈদুংদা চোংশিন্দুনা শিগদোবনি। অযোধ্যাদি হাল্লগী অযোধ্যা অদু নত্রে। ঐনা অমুক মোংফমগী মশক ওইরবা অযোধ্যা অদুদা হল্লিন্দুনা লৈবা ঙম্মরোই" অসি হাঙ্গৈদুনা ভরতনা খুরুম অদু পুরক্কনা নন্দিগ্রামদা লৈদুনা শ্রীরামগী মছুংশিনবগী মওং ওইনা চহি তরামরি লৈবাক ঙাকখী।

# মধু-মালতী।

শরৎঋতুগী সন্ধ্যায়াচংবা মতমদনি। নোংমা মুমিংনা নোংচুপ চীংয়া থাংবদা মহৌশা হাঙ্গৈবী লাইরেম্বীগী হৌনবী মতুং ইন্না মেরা থাউমৈ মুংপগী নোংমু থিকলি থিকলি চুই। উনা উনা লৈচিননা মাইকৈ মরিমক কুপখ্রে। ওম্ভোকপনি! পম্বুংঙমদাইগী কোরৌহনবগী ছাঙ্রাবা মশেকনা নোংচুপ তময়া অসি কোরী চেনগত্রা নিংঙম্মী। তময়াগী নামিবা মুংশিংনা য়েবদা পূকনিং হুকচাং অসি পেন্নগত্রা নিংঙম্মী। উনা উনা লৈচিনা মাইকৈ তরামক কুপশিনখ্রে। অসুৈঙগী মতম অসিদা মুমিদাংবাইগী নিংথিবা পূমনমক মতম থরদংগীদমক পুম্মাং মাংথিরমম্মী। মেরা থাগী নিংথিজরবা থাবননা অহিংগী অতিয়াবু লৈতেংবা তৌদ্রে। হৈরাং লৈরাং অপুম্বনা মহৌশাগী অকিবগী মশক ওইবা শকক্ষম অহু উংদা ওমন তুমথুন হুন্নখ্রে। লৈরাংগী মুংশিবা মনম অমতসু মালংবনা হুম্বা তৌখিদ্রে। মালংবগী ফোরৌঙ্গ য়েংহুনা হৈরাং লৈবাং অমতমু জগোই শাবা লৈত্রে। উনা উনা লৈচিননা মাইকৈ অপুম্বা পুম্মমমশিনখ্রে। ইথং খংহৌদনা নোংনা য়োংশুক তাবগুম তারকলে, লেননা কবোক চাইবগুম মালেমথক অপুম্বা কুপখ্রে। মুংশিং নিংথৌনা মাহাককী থোংলোই হুম্ফ মরিমক শুনা পুহুনা পামেল অপুম্বগা

অকনবা লাঙ্গাও থেংনররে। ওস্থোকপনি! অম্ভুমনা মুংঙাই-রগদোবা মতমদা মতম চাদনা প্রলয় থোক্কদোবা উঙ্কনা তাইবং অপুম্বা অৱাবনা মুংবংনথী।

মতম অসিদা মোড়াল থুন্দোনদা অপিকপা থাংপোক কৈশুমশং অমদা মধু অমসুং মালতী অনিমক নাপচীকনা অথুপ্পা ৱারী শারম্মী। মাংগী চাকশিব জাতিগাইগী মঙানসু অকনবা দুংশিংনা হুম্বগা শকফম ফাওবা। উনবা ফংরে। মালতীনা মোমোন নোকলদুনা হাঈরকই 'লানবু কদোৱৈ থেংনগদোরিবগে?'

মধু—লানগীবু অরেপ্পা মতম শৈবরা? য়েকনবনা লান্দাৱবা মতমদা ঐথোইসু ইশা ঙাকথোকপবা গোংনদবা য়াদে; লান হাঈববু অহুনি। অহুমনদি ওইরবদা ঐনা অহুক থাজবদি, ঙসি হয়েং অসিগক মৈতৈ লাম্মী পুমনমক খেবু চীংখোং য়োরগত্রা হাঈনা নিংঙি:

শাবী শানৌ অনিমক ঙাইহাক পুন্সোই তুমিননা লৈরুরগা অৱাবা থংনবা মুংশামপী হোল্লকই। কনানা করি খল্লিবা কনানা খংগনি?

অৱাবা মীনোকপা লোইননা মধুনা হাঈরকই 'মালতী! নংদি মৈতৈবু ঙস্কান্নিংঙিগনি, নত্রা?'

মালতী।—মরৈবাক অমসুং মাহাককী লাংনা মাইপাকপগা মুঙাইরোইদোবা কনা য়াওবগে? ইপুকথোকনা নত্রবসু

মোড়ালগী চেং চাত্নুনা কোরৌ শীংবুম কয়া অসি লেল্লকলে; তৌইগুম্বস্মুং মৈতগী ঈনা ঐগী শিংলিদা চেল্লিঙৈ অসিদদি মুপীমক ওইরবস্মু ঐনা ঐগী জাংকী মু'শিবা করমনা থাদোকলুবা ঙমগনি?

মধু।—নংগী নফমদগী কান্নবা পাউতাক অসি তারগা ঐনা পুকনিংদা ইকাইদবা ঙমদে' তৌইগুম্বস্মুং মৈতৈনা মাঙ্গপাকতবদি ঐগী দি তাইবা চাক কোইরবা হাঙবা অত্নুনি। দোলাই ময়াম্বা ফংলে; শগোল ভদ্রসিংহ ফারে হাঙ্গৈনা পুকনি দা হর'ওরম্মী; তৌইগুম্বস্মুং মাত্নুগী মরাননা মোড়াল খূনদা অরাবা দশা তারিবা অসি খল্লুরবদি ঐগী পুনশি অসি কোমগদৌবা কুইন্দ্রমাল্লে নিংঙি।

মালতী।—ইবুংগী রাহৈ, শকযমনচিংবা অসি উরগা পুকনিংদা নোংমা নোংমগী জাংকী মরমদা চিংনবা পোকই। পুকনিংগী চিংনবা অসি কোকপা ঙমলবদি ঙসিগ্নক পুকনিং তকচাং অসি কডুনা মুঙাইজবা ঙমগদৌবনি। মাসি হাঙ্গৈরগা মালতীগী মিৎসনা অনিমকতা তরং লাইজা শিন্থরকই।

মধু।—ঐনা হাঙ্গৈরিবা অসিনি, ঐবু মোড়ালগী অথৌবা অমনি হ'ঙ্গৈনা থংঙ্। হাওগী জা'তা পোকলবস্মু ঐদি মীগী তৌবিমল থংঙি, মুংশিবগী লমন খুম্বা হৈ, ইরৈবাককী

নমক থরাই থাবা পাম্মুদে। ঐনা হিংহুনা লৈরিবৈদা মৈতৈনা মোড়াল খুন লৌবদি-ওইথোকতবনি।

অম্মুম ভাংনরিবৈ মতম অসিদা ইথং থংহৌদনা চীংখোংদা নোংশাগী লাল্লাউ লাউবা তারম্মী—'জয় জয় দুর্গামাই কি জয়'। মাহু তাহুনা মালতীনা ইথং ইথংনা হংলকই 'করিনো?'

মধুনা অমুক থুমলম্বা নংদনা থুনা য়াংনা চেম্হোকখ্রে।

মহৌশাগী হৌনবী হাঙবা অসি অঙকপগী মশকনি! তৌজিকতা নোংহুংশিংনা তেংবানবা অসিদা মতম চাদনা প্রলয় থোক্কাদৌরমাল্লে হাঙনা নিলম্বা অহু মাংখ্রে। শরৎকী মালংদা তাংথক নাইত্রবা থাবুংনা ভাম্হোকললকলে। থরাম্মিচাক লিশিং লিশিংনা অহিংগী অতিয়াবু লৈতেংলে। নামিবা হুংশিংনা লিরি লিরি শিংললকলে। তামনানা মঙা. শুবা খোম্থাংগী অথেংবা হুংশিবা য়ৌনা খোংলকলে। মতম অহুদা মালতীনা কেশুমশং অহুগী থবাই থোঙাল য়ৌনা থোকলহুনা মহৌশা হাঙবী লাইরেম্বীগী নিংখিজবা অহু মাইকৈ থুংনা য়েংলম্মী। মপাম লমদম মণিপুর সনা লৈবাকলোমদা ওল্লগা মিৎসনা মনিদা তরং লাইজা শিন্থরম্মী। ফনেকনা খোইগা শেংলিবৈ কুমলংনা নাদা চিল্লিবৈদগী তৌরকপা অয়াম্বা হুংশিনবা, চান্নবগী থবক পুমনমক থল্লুহুনা শোল্লবা নুপী ওইবগী থম্মোই অহু মরাবনা থুহুম চনখী।

মাসি য়োরবদা ঐখোইনা মালতী হাঙবা অসি কনানো হাঙবা অদু ঐখোইনা খংজবা খরদং তাকচগে। মালতা হাঙবা অসি মৈতৈ অঙম্বা অমগী না ইতোম শাৎপা মমোমান। মতম অমদা মোড়াল হাওশিংনা মণিপুর লান্দাহুনা মুপী অঙাং শেম্থুম য়ামনা লুট তৌহুনা পুথিরম্মী ফারকপা মুপী নহা অতৈদি হাওগী ময়ূমদা থমথিবা মরমনা মাখোইগী জাৎকী ধর্ম্ম ঙাকপা ঙমখিদে। মালতীবুদি মোড়ালগী লুচিংবা অমনা তোঙানবা শং অমা শাহুনা থম্বিরম্মী, হাও অতৈনা নত্তবা লমচৎ অমা চৎপা ঙমদনবা মোড়ালগী লুচিংবা অদুনা শং অদুগী অকোইবদা মতিক ওকপা শন্ত্রী থনম্মী।

মধুনা চৎখ্রবদা মোড়াল খূলাকপগী শঙাইদা লানবু থীল্লকলে। মোড়ালগী অকন অথৌ অপুম্বা থাংতা পাঙহুনা তিল্লরে। থীনবা তৌদনা মোড়াল লৈবাকতা লানগীদমক শেমশাখরে। মধুনা মাইকৈ মরিমক চক্লুনা ল্যাম্থোং শীল্লি।— থুনমক য়েকনবনা চংবা য়াদনবা লানবন শাখরে। লমনাই-ত্রবা মোড়াল লৈবাকনি; কনানা চংবা ঙমগনি?'

মৈতৈ লাম্মী পুমনমক খেবু চিংখোং য়োরবদা তৌফম খংদরে। চীংথকতা মোড়াল থুনদা হাওগী লাল্লাউ নিন-খোংবা ভাঙ্গ, তৌইগুম্বস্থং য়েংথৎপা নত্তনা মৈতৈনা করি-মতা তৌবা ঙম্বা লৈত্রে। মরক মরকতা হাওশিংনা চিংথকতগী মুং উ হুম্থরক্লুনা মৈতৈ লাম্মী মরকতা য়ামনা শোকনরে। হাও

পুমনমক মৈতৈগী পাম্বৈ লৈতবা মতৌ অহু উহুনা হরাওবুং পুথোকতুনা হরাওবা হৌরকলে। শা য়ুনচিংবা চাহুনা থক্কুনা ঙমনা নগ্নাঈ কানরে। অমুম তৌরিবৈ মতম অসিদা মধুনা মালতীনা লৈরিবা শং অহুদা চংলহুনা ফমলুই।

মধু।—"মালতী! হৌজিক ফাওবা নহাকনা নিংথিনা থংবা ঙমদ্রিবমাম্মে; ফরে হৌজিকতি খংদবনা ফরে। লগান মথে ঐনা নঙোন্দা হাওনি হাঈহুনা ঐগী পরিচয় পীরম্মী, নংনস্মু ঐগী মপানগী ফিজেৎ অহুগা ঐনা চৎশিন্নরিবা লমচং পুমনমক অসি উহুনা ঐবু হাও অমনি হাঈনা থাজরি। তৌইগুম্বস্মুং হৌজিক্তি ঐনা তৌরুবা ফত্তবা বককী মহৈগী মশক ওইনা ঐগী মাংগদবা মতম লাপ্লে।—মরম অহুনা ঐগী অশেংবা পরিচয় নঙোন্দা তাকলগে। ঐস্মু অশেংবা মৈতৈগী জাৎতা পোকপনি অমস্মুং মতম অমদা নংগা ম্নামনা চান্নরম্মী, মুংশিনরম্মী হাঈবা অসিমতং খংহৌ: অতৈদি নঙোন্দা হাঈররোই; নংস্মু অমুক হংবা তৌরগন্নু।" অসি হাঈরগা মধুনা থোং মপাদা থোকলিবা থোমজোংম্নবী তরুকমকপু য়েংলহুনা হীকনা হীকনা কপলকই। "নংবু অতোপ্পা শংদা থমহুনা ঐ নত্তনা অতৈ চংহনদবা উরগা নংনা নপুকনিংদা ঐবু ফত্রবা হাওনি হাঈনা চিংনরিগনি। তৌইগুম্বস্মুং ঐগী

পাপনা মাংখ্রবা ঐগী জাৎকী ধর্ম্মবু, ঐগী ইরৈবাকপু ঐনা মহৌশাদগী মুংশিজে। ভৌইগুম্বস্মুং নহা ওই. রিভৈদগী পোকনথরবা নংগী মুংশিবগী লমন অমুকত খুম্বা ওম্বা য়েংগে হাঙ্গীবগীদমক ঐনা মোড়াল নিংথৌদা তোংতুনা মৈতৈ লান্নাবনি। অসিদগী হেন্দুনা ঐনা নঙোন্দা তাকপা তৌররোই নংনসু হংবা তৌগনু। ঐনা মমাংঙৈদা হাঙ্গীখিবা অদুনি ঐস্মু ইরৈবাককী মুংশিবা থংঙি। নংনা মৈতৈবু ওক্সান্নিংলবদি মৈতৈ লান্মীদা থংল্লু—নোংচুপকী লোকথা তমনা কুমথরগা অপিকপা হাওরম অমা ফংগনি; অদু নত্তনা মোড়াল খুল চংনবা লম্বী অমা ফংঙোই।

অসি হাঙ্গীরমলগা মধুনা থুন য়াংনা চথোকখিরম্মী। মালতীনা হংনিংবা রা অমসু হংবা নংহৌদ্রে; পীনিংবা পাউখুম অমত্তসু পীবা ঙমহৌদ্রে।

মধুনা চংখ্রবদা মালতীদি রাখনগী চাংজৌ নাইদ্রব টপাকতা তাখিরম্মী। 'হাও অস্পিবু কনানো? মাহাকন ঐহাকপু অসুক লুনা তৌরিবা অসিনা করিগীনে? মাহাক মশানমু মৈতৈনি হাঙ্গৈরি, ঐনসু মতম অমদা, মফম অমদ মাহাকপু উখিবগুম তৌরে। মাহাককী মুংশিবা কোনো অসিসু মতম অমদা তাখ্রে হাঙ্গৈনা নিংশিংঙি। মাহাকন হাঙ্গীরম্মী মৈতৈবু ওক্সান্নিংলবদি নোংচুপকী লম্বী অ

তাকউ। ফরে, লম্বী খংলবদি মৈতৈগী ইপা ইপুশিং অসিস্ত অসিদা শোঙ্গদনা লাকনি। মৈতৈনা ঙমলবস্থু ঐনা মৈতৈ নিংথৌগী খুয়াদা তুংনা মাহাককী মথৱাইদদি নিগে। ঐনা হাঙ্গজবা মৈতৈনা তাবিগদ্রা? করিগী তারোঙ্গদগে — মৈতৈনা ল্যান ঙমগদৌরিবদি মাহাককী থোজাললনি। তৌইগুম্বস্নুং ঐহাকনা মতৌ করমনা মৈতৈশিংবা লম্বী তাকপা ঙমগনি। লাউঙনা হাঙ্গরবদি তাগনি হাঙ্গবদি খংজি তৌইগুম্বস্নুং মাতু তৌরুবদি হাওশিংনা ঐবু শোঙ্গদনা হাংলগনি। শিস্তু মশিজরগে হাঙ্গববু মাতুনস্থু থবক কান্নরোই। মৈতৈনা লম্বী খংখ্রে হাঙ্গবা অসি খংলবদি হাওশিংনা শোঙ্গদনা লম্বী অসিস্তু খিংনবা লাকনখিগনি। অস্তুমনা ঙাইহাক খল্লগা মালতীনা মাহাকপু শংলিবা হাওশিং অদুদা য়েংলদুনা হাঙ্গরকই " ইপাখোই! ঐনা স্তুমদাং স্তুমবাং চরা হেল্লকইবা অসি মতম কুইরকনে। ঙসিদি খরা চানিংবগুম তৌই; অদুদা ইপাখোইগী হাওচেং অসি ঐখোই মৈতৈদি চাবা হৈনবে। মপানদা ঙাইহাকতা চোইথোকচগে।" অসি হাঙ্গদুনা মালতীনা মপানদা থোকলদুনা চেং চোইরকই অমস্নুং মৈতৈ তেঙ্গোন শারিবা মাইকৈ অদোমদা মমাঙ্গ ওন্দুনা ফোগু ইশে শকলকই।

চহা চবু চলোইবা
খেবু চৌখ্যাং য়োরকপা
কনাগী মতিক লৈবগে ?
নোংচুপ লোকতা কুমদনা
অথুবা হাওরম খিদনা
কনাগী মতিক লৈবগে ?
হয়ুম য়ানবা থোদাংকোক
হাওয়াম তুমথুন হুনথরে।
লখি থিহৌরো কানসদা। অসিনচিংবা।

মৈতৈ নিংথৌ।—ইপুথোই ! কনানো চীংথকতা ফৌগু ইশৈ শকলিবা অসে ? তাও, অমুককা নিংথিনা তাও।

(ভাইহাক তুমিন্না লৈরগা) অহল ওইরবা লাম্মী অমনা হাঙ্গিরকই "লহাল হাওনা ফাখিবা কনাগুম্বা মৈতৈ মুপী অমনা ঐথোইনা লম্বী শংদবা অসি উহুনা তাকলকলিবনি; মহারাজ! থীনবা তৌদনা নোংচুপকী লোকতা কুমথহুনা মুপী অসিনা তাকলকলিবা হাওরম অসি থিবনা থোকই।"

অসি তাংনহুনা মৈতৈ লাম্মী পুমনমক হাওরম অহু থিহুনা চীংদোল য়োনা কাথংলে। মতম অহুদা হাওয়াম অপুম্বা মুগী নেশানা অসিবগুম তাহুনা লৈরম্মী। মৈতৈ লাম্মীনা 'দুর্গামাই' লাউই ; তৌইগুম্বম্মুং হাওগী লাম্লাউ

অমতনস্থ মাহ্ন ওকপা তৌদ্রে। মধুনা লানবুং থীল্লি; তৌইগুম্বস্নং হাও অমতস্থ চোংথোরক্কুনা তাগী জগোই শাবা লৈত্রে। চুমদনা লান্নাবা হৈত্রবা মৈতৈনা কনাগীস্থ মাংনবা তৌদনা অহিং অহ্ন পোত্থাহুনা লেল্লে।

ইন্নুং ঙাল্লে; চীথ্খে ফিহুপ হুল্লে; অয়ুক হাঙ্গৈবী লাইরেম্বীনা মথল মথা অয়াম্বা লৈশুনা লৈতেংলহুনা জগোই শারে। মালংনা লোইরোই শিজুনা অয়ুককী থৌগল্লরে। মহৌশানা অয়ুককী নিংথিজবা উহুনা তরং লাইজা শিস্থরে। পোন্বী চেকলা পুমনমকনা অয়ুককী নিংথিবা উহুনা কোরৌ-হনবগী য়াকাঙ্গৈরোল শকলকলে। ক্বাক্কী লানবাউ শীল্লে; চরোই তেতু থোংলে। তাইবং মীমী অতনবগী মরীদা কাক্কা চরোইপা লাস্থিনরে। কোরৌহনবা লেংখৎলে। সনাগী দোলাই নেত্তনা চীঙ্খেনা মাংদা থা, অয়ুককী খুহুং শীরক্লে। মতম অসিদা মোড়াল হাও পুমনমক লীচিং অমতা ওইনা হৌগৎলে। মধুনা লান্থোং শীন্দুনা হাওয়াম পুমনমক মৈতৈ লাম্মীগী মথক্কা লান্দারে।

নোংশাগী লাম্লাউনা পৃথ্বী অসি থক থক নীকথিরম্মী। মৈতৈ অথোবস্থ থাংগী জগোই শারে, হাওগী অকনবস্থ তাগী খোশারম্মী। মোড়াল লোইগননি, অচম্বা হাওখুল নস্তে। ঈনা পৃথ্বী ঙাংলে। মাকন অনিমককী লাম্মী মথল্লাই খুবাকতা হাপ্পুনা অকনবা লানক্ষম থেংনরকই।

তৌইগুম্বসুং লাইনা থারকপা মৈতৈ নিংথৌগী মমাংদা কনানা থাংগনি? হাওগী লাম্মী পূমনমক য়েন্দেম শোই-বগুম শোইরকলে; হাও পূমনমক শমজী খাইহনা চেন্নরকলে। তৌইগুম্বসুং কনানো. হাওগী লাম্মীদা থাংগী জগোই শারিবা! মাহাককী থাংগী মৈনা অমুবা লানফি মরকতা ফুইনা হৌবা নোংলকতা নোংথাং কুপ্পগুম নিংখি-জরি। লম্মৈ চাকলকলবদা লমগী শা উচেক পূমনমকনা অঙংবা মাইকৈদা চেন্নবগুমনা মাহাককী থাংগী মৈরিনা থাংবা য়াদহনা মৈতৈ লাম্মী পূমনমক চেন্নবা হৌরকলে। তৌইগুম্বসুং মৈরাননা মৈরিদা চোংশিন্দূনা শিবগুমনা মৈতৈ অথৌবা কয়াম্মু মাগী থাংগী মৈরীদা চোংশিন্দুনা শিখ্রে। হাও পূমনমকনা চেনখ্রবদা মাহাককী অথৌবা মতৌ অহু উহনা অথৌবগী মগুণ খংবা মৈতৈ অথৌবা পূমনমকনা মাহাকপু থাগৎনরকই। তৌইগুম্বসুং মাঙ্গ পাকউ হাঙ্গৈহনা থারকলবা মৈতৈ লাম্মীগী মমাংদা মতম কয়া কুইনা থাংহনা লৈবা ঙমগনি। খীন্দনা মৈতৈ অথৌবা অমগী থাংনা শোক্তুনা তুরে। মণিপুর নিংথৌনা তুরবা মোড়াল অথৌবা অহুগী মথকতা খুলাই থাফদে হাঙ্গৈহনা থাম্মি।

অমুম তৌবিভৈগী মতম অসিদা অরাপ্পদগী মুপী অমনা "মহারাজ! তুরিবা অথৌবা অহুগী মথক্তা খুৎলাই থাফদে,

মহারাজ। তুরিবা অথোবা অতুগী মথক্তা থুৎলাই থাফদে” হাঈনা লাউরতুনা মৈতৈ নিংথৌগী মাইকৈ তমনা চেনশিল্লকই। মুপী অসি কনানো হাঈবা অতুদি পাবীরিবা মী পূমনমকনা তাকনবা নাইদবস্মু খংবিররিগনি হাঈনা নিংজৈ। মাহাক অসি ঐখোইগা মমংদনা খংনখ্রবা মালতী অতনি। মালতীনা মৈতৈ নিংথৌগী মনামাং য়ৌরবদা মখুৎ লোম্নরতুনা হঙ্গৎচরকই “মহারাজ। ননাইনা থৌগল্লোন কাঈবদি ঙাকপিগনি, হন্দক নৈতৈনা লানভমবদি খমরোমদা তুরিবা মোড়ালগী অথোবা অসিগী থৌজান্ননি। মাহাকনা মোড়াল থুনদা চংবা য়াবা লম্বী তাকপীতুনা ননাই ঐহাকনা লহান ফৌগু ইশৈ শকপা শাতুনা লম্বী তাকচখিবা অতুনি।”

মৈতৈ নিংথৌ— “নংদি কনানো? অসিদা করম তৌনা লৈরম্মিবনো?”

মালতীনা মৈতৈ অঙম্বা অতুগী মচানি হাঈদুনা তাকলবদা নিংথৌনা মশক খংলতুনা মাহাকপু য়ামনা তরাম তরামনা তৌবিখী।

মালতী:—“মহারাজ! তুরিবা মোড়ালগী অঙম্বা অসিনা হাঈরম্বা অমা ননাই ঐহাকনা খংজবা ভমদতুনা লৈহৌই।— মাহাকস্মু অফবা মৈতৈ জাৎতা পোকপনি। মোড়াল থুনবু লান হৌহনবদি মাহাকনা নীংবা থুংদবা অমগী লমন খুম্বগী মশক ওইনা হৌহনবনি। ননাই ঐহাকনা মাহাক্কী অওইবা পরিচয় লংবদি তাকউ হাঈবা য়াখিদে।”

মহারাজ।—অদুদি লাও, ঐ হঙে।

মৈতৈ অহুম জথৌ পুমনমকনা মনাক য়ৌরকলবা ফাওবা মধুদি থাংগী চৈনাখোননা ওন্থোইদুনা লৈরম্মী। মালতীনা তৌবিখিবা থৌজানগী তৌবিমল খংবগী মশক ওইনা ঈশিংনচিংবা চাইরদুনা মাগী মতিক ওকপা সেবা তৌরবদা মধুনা মমিৎ পাংথোকলদুনা য়েংলকই। মাংদা মণিপুরগী য়াইফরবা নিংথৌরেনবু উবদা থুৎ লোম্নরদনা থুরমলকই।

মধু।—মহারাজ! নিংথৌশেম্বগী দণ্ডি পীফম লৈরবদি ননাই ঐহাকসু মতিক চানা ফংফম থোকই; নৈমনিংথৌ লংজবনা পাপ পুই হাঙৈবা অসি অচুম্বা ওইরবদি ননাই ঐহাকসু শোঙৈদনা নরককী কোমদা লুপ্তুনা লৈরগদৌবনি। মহারাজ! ননাইবু কনবিরগনু। লৈমনিংথৌদা লংজরবা মরৈবাককী মাংনবগী মশক ওইরবা ঐনা হিংদনা করি কায়গনি।

নিংথৌনা য়া অনিশুনা ওাংদনা মধু পুশেমদুনা লাকনৌ হাঙৈবা ইঙিৎ তৌরমলগা লেংথোরকলে। মোড়াল খুল লোই চল্লে। হৌনবা লোইপোৎ, দোলাই ময়াম, শগোল ভদ্রসিংনচিংবা পুমনমক লৌদুনা মাঙৈ পাকলবা মৈতৈ নিংথৌনা মণিপুর সনা লৈবাক তমনা লেংলকলে।

লাইরিক মচা অসিদা ঐখোইনা ব্বারীগী হৌনবী পূম-নমক ঙাক্তুনা পাবিরিবা ইবুংঙো, ইবেম্মশিংগী পুকনিং থুংনবা থৌগন তৌবা ঙমজদ্রে হাঈহুনা পুকনিং ব্বাহুনদি লৈরি। তৌইগুম্বস্নুং তৌনিংঙাই লৈত্তবনা শাবীশানৌ অনিমক অসি পাম্নহন্দুনা ব্বারী অসি তেনশিঞ্জরগে।

নিংথৌগী থৌজাননা মধুস্নু থুনা অনা লাইকোকলে। হংনবদ থংলে—মাহাকতি মৈতৈ জাৎ অফবদা পোকপনি। মপামপুস্নু পজেংফিরান থেৎপা অঙস্বা অহুগী মচানি। নহা ওইরিঙৈদা মালতীবু ফংগে লাকনবদা মালতীগী মপানা মহাকপু লৈমনি থৌ থংনা তাম্হোকখিবনি হাঈব-নচিংবা পূমনমক নিংথৌ সনাপুকনিংদা মথং মথং ঙমনা নিংশিংলকলে। অদুনা নিংথৌনা মালতীবু মধুদা থাজবিরে। অস্নুননা অনিমক অসি ব্বানা শীংজংনা থাঈ, মনানা কাত্তিনা চপ, সনা লুপাগী মথকতা নেত্তুনা মুঙাইনা পানখী হাঈদো।

———— —

# প্রলয়।

'প্রলয় তৌগনি, প্রলয় তৌগনি' হাঙ্গৈবা অসি ঐখোইনা নহা ওইরিঙৈদগী তাঙ্গৈ; তাহুনা কিদবস্মু ঙমদে। প্রলয় তৌরবদি পৃথিবী অপুম্বা ঈশিংনা থুম্মৎখিগদৌবনি—মাহুদগী ঈশিং অহুনা থাউ ওইহুনা অহুগা পৃথিবীনা দোশী ওইহুনা চাক্কদৌবনি! পূমনমক চাকথেকখিগদৌবনি। পূমনমক মাংখিগদৌবনি—কনাগী ইপা, কনাগী খুড়া, কনাগী য়ুম, কনাগী স্কুল। পিকলিঙৈদা থাজরম্মী, থাজহুনা কিরম্মী। লাইরিক তৌরিঙৈদা নিংশিংলক্কু্ন ঔরাইবা তল্লি, কোঙ্গৈরিঙৈদা নিংশিংলক্কু্না পুকনিংহল্লি। হৌজিকতা অনৌবা লৌশিং পোক্কু্না হন্থরি—অহুমকস্মু ঐখোইগী লু তোংদা পকখ্রবা থাজবনি—কিদবা ঙমদে—তৌই গুম্বস্মুং অহুক হন্থবা য়াবদি থোকলবদস্মূ ঙসি হয়েংমকতি থোকলোইদৌবমাল্লে হাঙ্গৈবা খংহুনা ফবনি। মাসি ঐখোইগী অহল্লমনগীদস্মু নত্তনা লাইরিককী য়ানি হাঙ্গৈবস্মু ঐখোইনা ফংঙ—প্রলয় তৌগদৌবনি, নোংমা মহৈমরোংনা কুপলবা শংবানবা পৃথিবী অসি শোঙ্গৈদনা মাংগদৌবনি। ঐখোইগী অমস্মুং জীবগী খুদম অসি নোংমা শোঙ্গৈদনা পৃথিবীদগী মুৎখিগদৌবনি অসিনচিংবা। হৌজিক ঐখোইনা থাজরিবা অসিগী মরমদা বিজ্ঞাননা করি হাঙ্গৈরিবগে হাঙ্গৈবা অত্ত য়েংসি।

ঐখোইনা মমাংদনা হাঙ্গখ্রে ঐখোইনা থাজরব্বা পুমনমক বিজ্ঞাননা ইথুথুগাঙ্গরে। থাজ পাজদবগী রা থাদোক্কুনা মীগী কান্নবগীদমক লিংখৎলবা বিজ্ঞানবু ঐখোইনা টকাই-খুমনদবা ভমদে।

ঐখোইনা কিবগুমনা বিজ্ঞাননস্তু লাউরি — চুম্মি, পৃথিবী অসি নোংমদি শোঙ্গদনা মাংগদৌবনি। হৌজিক খংদে, হোরেল খংদে, ওসি খংদে, হুয়েং খংদে; নোংমদি শোঙ্গদনা মাংগদৌবনি। ঐখোইদস্তু নত্তুনা বিজ্ঞান মশামকস্তু কি-খংহৌদনা পৃথিবী অসি হেক উফুল ওইনা তোইত্থনা চাউখৎলবা বিজ্ঞানবু থাগৎপিনবা লৈতত্থনা মাংগব্রা? ঐখোইনা পৃথিবীগী হিরম পন্থদা ফংভি—মুমিৎকী অকোঙ্গ-বদা পৃথিবীনা মাগী মরম অমদা তত্তুনা কোঙ্গরি, তৌই-গুম্বস্নং বিজ্ঞান খংবা পণ্ডিতশিংনা অচুম্বা খুদম পুমনমককা লোইননা উৎলি— পৃথিবীনা মাগী মরম অত্থদা মতম পুমনমকতা চপ চানা কোঙ্গ হাঙ্গবতগী হাঙ্গনিংঙাই লৈতে; করিগুম্বদস্তু মাগী মরম অত্থদগী লাপথোকনস্তু নত্রগস্তু নকশিন্নস্তু চৎলি—নিউটনগী কান্নরবা মাধ্যাকর্ষণ ফোংদোকভৈদগী বিজ্ঞাননা চাউখৎপা খুভম ফংত্থনস্তু অমরোমদদি রাথনগী লাং অসি য়ামনা য়েংনরে, মাহু মহৌশাগী হৌনবীস্নুনি। মরম অত্থনা বিজ্ঞাননা কিরম্মী—পৃথিবীনা মাগী মরম কাঙ্গনা চৎপা মতমদা খংহৌদনা গ্রহ অতৈ অমগা হেক থেংনত্থনা

ঐথোইগী ইমা পৃথ্বীনা মচা পুমনমকক্তা লোইননা মাংথি-গত্রা? তৌইগুম্বসুং লাপ্লাস কৌবা পণ্ডিত অমগী রাথনদা ফাওজনা মাহাকনা লৌদবা গুমত্রবা প্রমান পুমনমকক্তা লোইননা বিজ্ঞানবু অমুক থেমজিল্লি "মা ভৈষী" লংদা য়ানবা লৈতুমনা মফম কাঙ্গিরবস্থ হাম্নগী মফমদা শোঙ্গিদনা ত্তারবগুমনা পৃথ্বীনা মতম থর থরদং মাহাককী মরম কাঙ্গি-রবস্থ হাম্নগী মফমদা ল্যাক্লুনা চংলগাদৌবনি।

অনিগুরকপদা ঐথোইনা কিগা অমা লৈ— পৃথিবীগী মনাকতা নকনা চংলবা ধুমকেতুশিংগা মাগী মরম কাঙ্গিবা মতমদা নত্রগা কাঙ্গিরবা মতম্মক্তস্থ কারিগুম্বা থেংনজনা পৃথ্বীদা প্রলয় তাগত্রা? তৌইগুম্বসুং বিজ্ঞাননা ধুমকেতুগী মচেৎ অমা ফকস্তুনা পৃথিবীগী মচেৎ অমগা থেংনহন্দুনা য়েংলে—মাংবদি ধুমকেতুদনি। ধুমকেতু হাঙ্গিবা অসিদি য়ামনা য়াংবা পোৎনি। মাহাকক্তা থেংনবদা মশাগী মাংবা নত্তনা পৃথ্বীগী কিরিস্থ মাংক্ষম লৈতে। ধুমকেতু থোকপা কুমদা পৃথ্বীগা থেংনগল্লি চুম্মি—মরম অজুনা মাগী মচেৎনা থরাম্মিচাক মথীনচিংবা ওইজুনা পৃথ্বীদা তারকই। মাজুগা লৈবাক্তী অফ ফত্তবা, ভাহোং চাকাহাংবগা করি মরি লৈবা মাজুদি থংদ্রে।

মাসি ঐখোইগী পৃথৗনা কোঈরিবা হুমিৎ অসিতগী য়ানি। মালং অসিদদি অসিগুম্বা হুমিৎ কয়া খোকলি হাঈবা কনানা শীংখাবা ঙমগনি। বিজ্ঞাননা মপানগী গ্রহ অতৈদা খোকপা থৌদোক অমস্থু উরুহুনা পুকনিংদা য়ামনা চিংনরি। করিগুম্বা গ্রহ অমা মহৌশাদগী য়ামনা হেন্না লংনা চাকলমলগা মতম খরগী মতুংদা পুমউ উখিদ্রবা য়াওই। মাহুগী মরম বিজ্ঞাননা হাঈ—গ্রহ অহুগী হাইড্রোজেন চাক্তুনা মাংখ্রবনি। হাইড্রোজেন চাকলবতদা ঈশিং থোকই।—মরম অহুনা পৃথিবীগী সমক্রু লৈরিবা মতৌ অসি উরপা পণ্ডিতশিংনা পৃথিবীগী হাইড্রোজেনগী শরুক মতম অমদা চাকখিবমাণে। মাসি লুমনি হাঈরবস্থু গ্রহ অতৈনা চাকথেক্তুনা মাংবগুমনা পৃথিবীদি য়াদে হাঈবা কনানা হাঈরুগনি।

পৃথিবী মপুং অসি য়ামনা শাহুনা লৈ হাঈবা অসি ঐখোইনা থাজে। মপানদা হুং অমস্থুং ঐখোইনা লৈনরিবা লৈবাক অসি শীহুনা পৃথিবী অসি জ'বনা লৈবা য়াবা মফম ওইখিব্রনি। মরম অহুনা মমুংদা লৈরিবা অশাবা মনিল অহুনা মপুং ফারক্তুনা পোকখাঈহুনা নোংমা পৃথিবীবু উজার শাহল্লোই হাঈবস্থ কনানা হাঈবা ঙমগনি।

থানা পৃথিবীগী ঈচেন পুমনমককী ওন্না তৈনবা মাইকৈ-য়ামদা চত্তুনা মহৌশানা পৃথিবীনা ওনবদা পাল্লি; অহুনা

পৃথিবীনা ওনবা অসি তপথরকই অমম্বুং থানা মথং মথং লাপথোকখি। ঐখোইগী হৌজিকতি পুং কুনমরিনা নোংমা শারি—তৌইগুম্বনং বিজ্ঞাননা হাঙ্গৈরি, পৃথিবীদা অসিগুম্বা মতম অমা লাকখিগনি, পুং কোটি কয়ামরক্কমনা নোংমা ওই-রগ'ন। মরম অসিমকতনা পৃথিবীস্ব হুমিংতগী লাপথোকখি। মরম অদুনা পৃথিবীনা নোংমা গ্রহ অতৈগা থেংনদুনা মাংবস্ব য়াই।

মমিং চংলবা হেল্‌ম্‌সাহেবনা হাঙ্গ—ঐখোইগী হুমিং অসি কুম কুমগী অস্থুম পিকথরকপগুম তৌই। হুমিংনা অস্থুম পিকশিল্লকপগা লোইননা মাগী মঙালস্ব ময়েং তাই। মঙাল ফংত্রবদি মথরাক পানবা জীব পুমনমক হিংবা ঙম্মোই হাঙ্গৈবা অদুদি হাঙ্গৈদুনবু অরেম্বনি। মরম অদুনা অসিগুম্বা মতম অমা লাকখিগনি হুমিংনা মাগী মঙাল পুমনমক মাংখিদুনা অমম্বা মতুম অমা ওনখিগদৌবনি। মতম অদুদাদ পৃথিবীগী জীব পুমনমক মাংখিগনি হাঙ্গৈবা অদুদা করি চিংনফম লৈবগে?

লর্ড কেলবিন হাঙ্গৈবা অসি মতমগী বিজ্ঞানগী লমজিং-বনি হাঙ্গৈরবস্ব থোইনা লানবা থোকলোই। মাহাকস্ব পণ্ডিত অতৈ অতৈগী রা পুমনমক নৈনরগা মশাগী রা অমা ফোংদোকই—গ্রহ উপগ্রহনচিংবা পুমনমক অসি মাখোইগী মপাঙ্গল মাংবগা লোইননা পুমনমক হুমিংতা তিনখিদুনা

নোংমা শোঙ্গদনা মহাপ্রলয় থোকলগনি। নহাদা নহা ওঙ্গৈরিবৈঙদা অহল্লমনদগী তাদ্বুনা কিরম্মী, ময়াইদা লৌশিংগী মঙান থরা ফংলকপদা য়াখননা লাম্বা ফংদহুনা কিরমদে; হৌজিক অসিদা অমুক বিজ্ঞানগী য়া অসি তাবদা কিদবা ঙমদে।

লোইরবা।



# অর্থ ।

## মীওইবা ।

মহোশানা শনগী মখোং মরি ........হাঈনদি শনগী মখোং মরি পাল্লিবা অসি মহোশানি, মখোইনা হোৎনজুনা মাহু ফংবা নত্তে ।

পোথি—থবক পাঈত্রিভৈগা মাগী পোরম হান্না খনবা অমসুং শীনবা ।

অঙাওবগী রানি............মশাগী শুঙাইনবা লাকনবা নত্তনা অতৈগী হোৎনরুবদি ঙম্মোই হাঈবা খংলে ; অদুগুমদা অরেম্বদা মাহুগী দমক ঙাঙ্ঙবা অমসুং হোৎনকুবা অসি অঙাওবনা বুদ্ধি তাদনা কান্নগনি কান্নরোই খংদনা হোৎনবগুম্বনি, অরেম্বনি ।

দিল্লীপ—কালিদাসগী মমিং চংলবা রঘুবংশ কাব্যগী নায়কনি ।

---

# ভাগ্যচন্দ্র ।

ভাগ্যচন্দ্র হাঈরিবা অসি মণিপুরগী মমিং চংলবা কার্ত্তা মহারজবুনি । রারেং অসিদা ফিদম ওইবা অমসুং রাখনগী মতিক চাবা লোন ঙাকনবগীদমক খোগন লোন কাঈবা লোন "মাহাক" অসিনচিংবা অসি শীজিন্নদবা য়াদহুনা শীজিন্নরে । মাহুমক নত্রবদি রারেং অসি থাক অমা চন্থবা তাই হাঈবা অদু খংনরবা রাগুম্বনি ।

ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা মৈতৈগী জাৎতা ··· ভাগ্যচন্দ্র হাঙ্গৈবা।
অসি মহারাজগী মঙ্গল ওইনবা থোঙবা নত্তনা অমরোমদা
মৈতৈগী ভাগ্য হাঙ্গৈবদি শাইবক্তা চন্দ্র থাগুমনা থে কপা
হাঙ্গৈবা অসি মৈতৈ জাৎকী ফনবা পোকপনি হাঙ্গৈব থংনৈ।
অহল্লমম্না হাঙ্গৈনবা লৈ-ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ হাঙ্গৈবা অসি
নরোত্তম ঠাকুর মহাশয়গী অবতারনি, লোইহৌত্রিবা
বৈষ্ণব ধর্ম্ম শন্দোকনবা ( মৈতৈদা ) পোকপনি অসিনচিংবা।
ন কাঙ্ক্ষে বিজয়ং কৃষ্ণ ·· ········লান ভম্বম্ন পামদ্রে
লৈবাক অমম্নং মুংভাইবম্ন ফংজনিংদে।

থোঙ্গৈবা অমম্নং মশাগী ইকাই খুমনবা।
তময়া পামেল য়েনা—চীঁয়াগী মনাক্তা হৌবা উ পাম্বা খুদিংদ।
পোংগী মশকনি—পোংনা ঈশিংদা কাম্নবগুম্না মশাগী ইকাই-
খুমনবা পুকচেননা অরাবা তারবদা মীগী কান্নে।
নাপন, থোঙ্গৈবা, চাউথোকপা হাঙ্গৈবা পুকচেল অহুম অসি তিনৈ
হাঙ্গৈনা খনবা চুমদবা মান্নে।

খম্বা অমম্নং নোংবান।
যথা ধর্ম্ম তথা জয় ধর্ম্ম লৈবা মফমদা জয় ওই। পাউতাক অসি
খম্বা থোইবীগী রারীগী মতাং খুদিংদা উবা ফংনৈ।
লোইরোই—তপনা।
কাক্তা- কুম্বী মনাক্তা লৈবা লমদম অমা।

লাঙ্গোই শগোল—লাঙ্গোইগী অর্থসু শগোলনি। মৈতৈ লোন অরিবদা অসুমনা অনি লোইননা চৎপা য়াইহৈ অসি য়ামনা য়াম্মি। মাহুদি কাওরেন ষষ্ঠী, নোংমদোন অতিয়া অসিনচিংবা।

মৈহুম মোরোক—মমাংঙৈদা কৈবাউ চৎপা অসি মোরোক য়াওবা পাম্বৈনা মৈহুম শেমহুনা মৈ থাহুনা চংনরম্মী হাঙ্গনা অহন লমম্না তাকপিই। মজা ইবেম্মনা লোইকারবা মত্তুংদা খোইরেন্তাকী লমথাইদা (ফুবালারোমদা) লৈশাবী মচা অমা কৈনা শোকলে হাঙ্গহুনা নিংথৌদা কৈবাও হুঙ্গৎলম্মী। মোই-রাং নিংথৌনচিংবা পুমনমকনা কৈ অসি ফাবা মীদা মজা-ইবেম্মা পীসি হাঙ্গহুনা লেপনখি।

ধর্ম্মগী কৈনি— হন্দকী কৈ অসি থম্বনা মমাংদা ফাখিবা কাও অহুগী শাইওন্নি। কাও অহুদি খম্বু পোকপী ভাংথরৈনগী আউনখম্নি। পাম্বা—কৈ।

...ঈশিং ফংফম থোক্কে— শাম্নুখোং চেৎঙৈদা খম্বনা ঈশিং থুজোক অমতং নিবদা নোংবাননা পীখিদে।

নপা ইতাও পুরেনবা...... পুরেনবা হাঙ্গবা অসি খম্বগী মপানি অমসুং থোংলেনগা মতাও শাম্নরম্মী। মত্তম অমদা মোইরাং নিংথৌনা শাতানবা চৎপদা থেংনরবা কৈ অমা নাম্বোক-খিরম্মী মাহুগী চুংঙাইতবনা নিংথৌ তুম্বা ফাওবা য়ারমদে। অহিং অহুমক্তদা চৎখিহুনা পুরেনবনা কৈ ৭ নমহুনা ফাই। অসুমনা থৌনা ফবগীদমক মোইরাং নিংথৌনা নিংথৌগী লৈমা অত্তোনবী ভাংথরৈমবু পুরেনবদা পীখী। ভাংথরৈমমা খম্বগা থমম্নগা পোকলগা শিখী।

থোইবী মরোল ময়োল—লমজেনঙৈদম্ব থোইবী পীগনি হাঙ্গৈথী কাওফাঙৈদম্ব পীগনি হাঙ্গৈথী।

তালোই—মতু।

---

হরিশ্চন্দ্র অমস্থুং শৈব্যা।

ভারতকী চিদাই অসি—মণিপুর।

---

থোজাল।

য়োহেনবা—চাউখৎপা।

শানৌ—অঙাং, নহা

কাকনা খোংবগুমনা—থোইনা তানিংদবা।

গোমুখী—হিমালয়গী চীংশা অমনি, মাসিদগী গঙ্গা চেম্থরকপনি।

---

মোইরাং থোইবী।

অমত্তা পোকপী থাদোই—থোইবী হাঙ্গৈবা মসি মোইরাং নিংথৌ পুরিকলাইগী মনাও ইবুংঙো চিঙ্খুবগী অমতা ঙাইরবা মচানি নৌদা নৌবী অনৌবী থাওদন মানবী তথোৎপী হাঙ্গৈবা অসি য়ামনা কে-মৌরবী মুপীগী বিশেষণ ( adjective ) ওইনা শীজিন্নৈ।

শেম্ন—শেম্ন হাঙ্গৈবী অসি থোইবীগী চান্নবী মনাইনি।

শন্দ্রিক চংনংখোম্বী—মাসি তুমুরাকপগী মচা মুপীনি। মতম অতুদা তুম্ হৌজিক্কী টামু ফাওবা অসি মোইরাংগী লম ওইরম্মী

---

## মণিপুরগী ইতিহাস।

অপোকপা লোন—মাসিদা শলাই ৭ মক্কী রা প্রমান ওইনা য়াওই। অসিগী জাং খূমন লোন. লুরাংলোননচিংবা লাইরিক থরম্মু লৈ।

মুবিকা লাইশাবা—মসিদা খূদম থরনা অনাবা পুমনমক থংনবা হিরম ই। মাসিদা বাইকেমিক ট্রিটমেন্ট কুম্বা হিরম হান্না ইরম্মী হাঙবগী প্রমানস্মু ফংই। থেবরোননচিংবা অসি অসিগী জাংনি।

পাঞ্জিগী রা থরা হাপলিবা অসি সুবিকা তারোন অচৌবা হাঙবা অহু তমজরুবদগীনি।

মুংথিনগী চেকলা অহিংগী তন্দন—য়ামনা কান্নবা।

---

### অতনবা অমস্তুং মপুগী শিঞ্জং।

কোরৌহনবনা লাঙ্গোই শগোল থোহুনা—চুমিংনা শগোল তোংহুনা তেংবানবা অপুম্বা থুংনা মঙাল য়েল্লি হাঙবা অসি সৌবল লাইরেম্বীগী লাইরোনদা য়াওই।

গুরুগী য়াথ না কাউদ্রিবৈ-হাঙবদি মহৌশাগী হৌনবী কাঙদ্রিবৈ।

লন লৈমা—লক্ষ্মী।

---

### শিদবদি থিংচৎতনি।

ঐবু লোইবা থরাইনা............বাসাংসি জীর্ণানি...............
..........নবানি দেহী। ( গীতা ২য় অধ্যায় )

## মহোশাগী ভাবক।

ভাবক - ইশৈ নোংমাইনচিংবা তারিবা য়েংলিবা মী অহুবু ভাবক কৌনৈ। মাসি সংস্কৃত ভাবুক হাঙৈবা অসিদগী থোরকপা ওইরম্মাল্লে।

মালং অসিগী পোং নত্তে—পৃথিবী অসিগী পোং নত্তে।

কোল্লোই—ইশৈ।

---

## শাগিগী ল্লানফম।

ঋারী অসি ঐনা ল্লাইরিক অমদগী ক'ঙবা নত্তে। মাসি ঐগী ইপা পোকপা ইবেননা থরোইগী ল্লান তোইহল্লগা ঐথোই পুমনমকতা ঋারী অসি ইতঙ্গত্না লৌবিই। ঐগী শাগৈগী মৈহৌ-রোননি হাঙৈহ্নুনা লৈরিবা ল্লাইরিক অহুগা মসিগা য়ামনা নকনবা মরী থোকপনা মসি ঐনম্মু ইতঙ্গত্তনা নিংশিংই।

---

## মধু মালতী।

ল্লাইরিক অসিদা ঋারা সংতং য়াওদ্রবদি ল্লাইরিককী মমিংগী অওইবা ওকপা য়ারোইদবা মরমগী খল্লনি। ল্লাইরিক মচা অসদা ঋারীগী হৌনবী ওাক্তনা শ্রেণীগী মতিক চাবা ঋারী লেংবাদ ওইথোকতবনি। থবু নাবগী ঋা অহু করাই মথৈ কাইদনা থন্না ওম্বগে হাঙৈবা থংদরে।

ঘোড়াল—ময়াং লম্বাদা লেবা হাওথুল অমগী মমিংনি।

---